# প্রেম-লৈরাংগী নাচোম অমা



গুরুময়ুম—শ্রীরাজেশ্বর শর্ম্মা

# প্রেম-লৈরাংগী নাচোম অমা

অইবা--

গুরুময়ুম শ্রীরাজেশ্বর শর্ম্মা।
নারানখুল, ত্রিপুরা।

মমল—লুপা। ৪ তনি।

# কচ্চবা

লাপ্পা লৈবিরিঙৈদা লাইন-লাংঙমগ্রবা লাইগুম্মা লৌজরম্বা, হাকৃথেংনঙ্গবদা থৌজান্ন-থম্মোই-থল্লবা থৌবুরেন অমনি হায়না থাজ-জরম্বা, খংনঙ্গরবদা মীয়ুংশি-খংলবা মরূপ অমা ওয়বিরম্লবা মনিপুর ষ্টেট কলা একাডেমীগী মতিকচারবা সেক্রেটারী শ্রীযুত এলাংবম নীলকান্ত সিংহ ইবুঙোগী মফমদা ঐগী "প্রেম-লৈরাংগী নাচোম অমা" কৌবা লাইরিক মচাসি নোল্লুক্কা উৎসর্গ তৌজরি।

শ্রীরাজেশ্বর শর্মা
২০/৩/৭৮ইং

## ছিরম লমাই তাকচবা





# ওয়াহৌদোক

বিজ্ঞানগী সাধনা তৌজহুন মনিপুরগী মপান্দ লৈরবস্মু ইশানা মৈতৈ ইমালোনবু পামজবন মনিপুরী কবি-সাহিত্যিক কয়ামুক্তা ইবা লাইরিক পানবগী খুদোংচাবা ক্ষেস্ফম ঐহাক থরথর ফংজই, অহুবু অতুকী-মতিক অওয়াংব-থাক্কী মৈতৈ লোনগী লাইরিকতি য়াম্না ফংজদে। কন্দক ত্রিপুরাগী গুরুময়ুমগী ঐগ্যা শ্রীযুতঃ রাজেশ্বর শর্ম্মানা মৈতৈ লোন্না ইবিবা 'প্রেম লৈরাংগী-নাচোম অমা' হায়বা লাইরিকসি পাজবদা মৈতৈ লোনগী অওয়াংব-থাক্কী লাইরিক অমনি খনজৈ। শ্রীযুক্ত ঐগ্যা ইবুঙোগী লাইরিক মচা অসি মনিপুরী সাহিত্য লৈকোন্দ নাইতোম ওয়না শাংকনি হায়না নিংথিজনা পাজজৈ। মতুংদ অতৈস্মু ঐগ্যা ইবুঙোগী মুক-চৈদগী ঈফুং ওয়না থোক্লকখিগনী হায়না পুক্লিং-হকচাং অমত্তুং ওয়না ভায়জরি।

কলিকাতা, তোনাস্বম (ডাঃ) বীরেন্দ্র চন্দ্র সিংহ
২২ই মার্চ্চ ১৯৭৮ এম. এস, সি. পি, এইচ ডি, এফ, আই সি ( m, sc, ph, D, F I C )

Head of the chemistry Division
central glass & ciramic Research Institutc
অমসুং ইউনাইটেড নেশনসকী প্রাক্তন বিশেষজ্ঞ।

# এক

পদ্মরাগ মনিগী মচুমাল্লবা নুংগীকাখৎনবা থাকলৈরিবা অমদি বৈদুর্য মনিথাম্নবা লিক্লাইয়ুম্বীশিং পরেং পরেং য়ুংলিবা বিদর্ভ নিংথৌগী মিংকীপেম্নবগী মশক ওয়রিবা কোন্নুং-দালানগী লিক্লাইনা ইংগ্রী-শিংলবা কা অমগী মপুংদা অতেং অথম-লৈতনা জগোঈ শারি মথোং তানিদা মনিনূপুরণ লৈতেংলবী নোংথাংগী শক্তম পুরবী কুমারী অমা। চীঙ-লৈহাউ কোটিমগী কান্তি মঙালগী অমৃত-ঈচেন্দা চামরকহন্না চামথোক্লবা সনাগী মচুবু মশাগী কুচুনা মাইথিহল্লবী বিদর্ভনিংথৌগী মমোম ইবেমা লোপামুদ্রা কৌবীনি। শক্তিঅয়োম মমিৎ হেন্না নিংথিজবা মমি'শিংতুদা কাজল থারতনা অতৈম্ভ হেন্না নিংথিহল্লবী শামান্নবী মীনাইনূপী চামগী অথিং-অপন লৈতবা মীনোক মীরাউখোল মরক্তা অতৎ-অথম নায়দনা জগোঈ শাবনা লাংতক্লবা ওয়রিবা লোপা-মুদ্রাগী তথোংলবা হকচাং-অতুমক অতুগুম্বা কা অদুগী মমুংতুদা মিংকুপ খুদিংগী জগোঈগী খুথেক-শাথেক্না লীলাগী মত্তুং ওয়রবা মঙালগী শক্তম অমগুম্না উবা ফংই। সনাখুজিগী মঙাল, সনাখোংজিগী মুংশিবা মখোল, সনানাইনগী ইংলবা মঙাল্লা তাশিন্দুনা শারবী শক্তম অমগুম্না নিংথিরবী লোপামুদ্রা কৌবী কুমারিসে বিদর্ভ নিংথৌগী লনথুমপুম্নমক্তা অভিষেক তৌরবী লৈতেংগী লাইরেম্বী অমনি হায়বদা থোয়দোক্ল। চিংনফম লৈতে।

কা অতুদা জগোঈ শারী থোইন মথোংকারবী লোপামুদ্রা, অতুগা মাগী মথুৎকী খুথেক, মথ্বাংগী শাথেক, অমদি মখোংগী থোংথাং—পুম্নমক্তুগী মুংঙাইবা কুমৈতুদা য়াত্তজহুনা মুংঙাইজগে হায়বগী ওয়াখল্না লাংতক্লবগী মত্তুং ওয়রি লোপামুদ্রাগী মনিথেৎলিবা শম্নাংগী লিলমত্তুং ঙমজরবা বেনী, কোমথরকই মাগী পবারবা থবাকুয়েৎ, তত্তুনা তারকই পেরেদগী কাপথোরকপা ঈশিংমরিকুম্না মঙকী লংলবা মনিগী লিক্লাং পরেংগী লীক্লুশিং।

তথক্লবা মুংশাশোর নেমহনগে থঞ্জহুনা অমুক্তং তপথহুনা লেপই লোপা, হকচাং তনিক্লবী অমদি থোইন থোয়চংনবী নূপীমগী মতৌগুম্না

ফুংঙাই-ঈরাংনা অহীওয়না চেল্লবা মমিৎকী মিৎচীনা পৈরগঙ্গেংলহুনা মীনাইনূপীমদা হায়,—অনৌবা লৈতেং পুরক্কুনা ঐবু নৌনা শাজোন তৌরখো ; শুরকউ ইন্দ্রনীলমনিগী মকুপ-শাবা অনৌবা খৎবাংনপ অমা।

মীনাই নূপীনা হায়—হৌজিক জগোঈশাবা তঙাইরো রাজ কুমারী। লোপাহুদ্রানা হায়—ঙস্মোই, ঐবু থিংগনু। তোজিকমক ঈখোং অনিদা শিরো ঙানু কাংঙাগী মখোলদগীসু মুংশিমখোলহৌরবী সনাখোংজীঅনিদো। ঐ হৌজিকমক জগোঈশাবা তোক্লগে হায়না থম্লি।

মীনাইনূপীনা হায়—অশুমতৌনা মনিগী লৈতেং পুম্নমকপু মখোল হৌহন্দুনা করম্না নমংগী দেবতাবু লৈশিলৈথোল্লিবগে লৈতেং পায়বী রাজকন্যা।

থংহৌহুনা মিংয়েং হোংদোক্কুনা শংবানবা অতিয়াগী মথক্তা য়েংলুবদা চিন্তাগী ঈচেল্লা থম্মোই থুম্মংলবী অমগী মতৌঙ্গয়া ওয়ামচেং-মতম্ভ ঙাংদনা মেপ্পা লৈথি লোপামুদ্রা। তনিক্লেদি হায়রগা য়াম্না থোংলবা ওয়াহৈনা লোপানা হায়—নংগী ওয়াখলদো ওয়থোক্কবদি নত্তেকো অচাম্বী। উবা ফংল্লে ঐগী পুক্কিং-ঈমুংগী চিক্লবা কা' অমদা কুম্মৈগী থাত্তমৈ ঙাল্লিবসে। লাইমচাগুম্না মশক মতৌ চংখোল্লবা প্রেমিক অমগী য়াম্না খৌরাংলবা মমিং অনিগী মমাংমক্তদা ঐসে নেপ্পুনা লৈবগুম্না তৌরী। অদুবু থংহৌদনা খো-খোৎপা মাংখিবগুম্না তৌরে ঐগী রত্নগী মুপূর, খুজি, খোংজী,খবাংলি অমসুং মুক্তাগী লিক্লাং-পরেং। ঐগী অসিগুম্বা খোইথুম্নদা অকিবসিগী অর্থদদি তশেংনা থংবা ঙমখিদ্রে অচাম্বী।

অকী-অথংগা লোয়ননা তফিং তফিং লাক্কুনা লোপামুদ্রাগী মমাংদা লেপ্লরে মাগী নিংথেম নূবীদো। মমিংনি-ঈরান-থুম্বী নিংথেম-নূবীনা হায়—কুম্ভ তৌবা তোক্রে। লাইবকচাউবী রাজকন্যা।

লোপা—করিগীনো ?

ধাত্রী—তুম্মিন-লৈয়ু, ওয়া-ওাংগনু, চিনকপী চনূবা। চোকশিল্লু, হৌহল্লকনু নংগী খোংজীগী মখোল। থুমজল্লু নংগী শমজিথেং মনি।

লোপা—করিগীনো ?

ধাত্রী—তুম্মিন লৈয়ু হায়রগা। মখোল খোকহল্লকনু নংগী মখোল ফবা লৈতেংশিংদগী—অগস্ত্য মুনিনা তাখি—লাকখিগনি, নংগী শমজিথেং মনিগী মঙাল অগস্ত্যনা উথোক খিগনি।

ঙকচাননা লোপানা হায়—অগস্ত্যমুনি ?

ধাত্রী—মানি ; লাইরবা, লাইনিংবা, ফদি-ফরানা মরল ওয়রিবা অগস্ত্যদো নপানিংথৌগী বত্ত কোম্মুংগী থোংজিন্দা থুংলরে।

অরাবনা নক্কংলবী নূপীমগী মতৌঙয়া অকীব-পক্লবা খোঙ্গেল্লা পাউ খংহল্লমতুনা অমুকহন্না কোম্মুং মন্নুংদা চংশিনখে ধাত্রীদো। লাইরবা, লাইনিংবা ফদি-ফরানা ফিজোল ওয়রিবা মুনিমনা লাক্কুনা লেপ্পরবা কুবেরগ। মান্ননা মরম মথুল লৈরবা বিদর্ভনিংথৌ-কোম্মুংগী বৈদুর্যমনি থাম্লবা য়ুম্বিরেলশিংগী মরুমদা ; অতদা থোইনা কীহৌরুবগী মথৌ তারবগে ? মন্নুংগী মরোল তশেংনা খংবা ভমজদে মীনাইনূবীশিংত্সু, নোক্-শ্রবা তোক্লহুনা মাইথোং শাংশিন্নহুনা লোপামুদ্রাগী অঙকপনা শুন্দ্ধংলবা মাইথোংদা ঙাইঙাক য়েংলহুনা লৈখি। কাইনখংদা অঙকপগী মশক ওননা খুদোংখীবহগী অথুপ্পা মরোল খংগে খল্লহুনা মীনাইনূপী পুয়মক অন্তঃপুর মন্নুংদা চংশিনখি।

অশংবা অতিয়ারোমদা অমুকন্সু খোইমুঙ্কন্নমুরবা মমিংনা য়েংহুনা শে ফাওবা খোঙ্গেল্লা মপুক্লিংগী অঙকপা ফোংদোক্কুনা লোপামুদ্রানা মতোমতা হায়—অগস্ত্যমুনি !

লাইরবা, লাইনিংবা অমা লাক্কুনা লেপ্পবা ঈপা নিংথৌগী সনথোংদা অহুগা মহুগীতমক মতৌঙয়া তুজুংলিবনা করিগিনো লম্পুয় থম্নলেংবা চাউংবা নিংথৌ অমগী কোম্নুংগী থম্মোই-মন্নুংদা ঐগী শমজিথেং মনিগী অঙাল লোংশিন্দোরিবনা করিগী ? সনাখোংজীগী মখোল থোকহল্লোয়দবনা করিগীদমকনো ? মীন্নুং-

শিথংজবা ভাকু অমগী মতৌগুম্না লাইনিংবা অগস্ত্যগুম্ব মহাক্না নিজবতুনা মরম ওয়তুনা দান-মান পূণ্য পামজরবা ঈপানিংথৌগী কোনু'সিদা লৈরিবা লনপুম্নমক পুমথোম থোম্না পুখিগে হায়না লাকইত্রা ? অতুমক্না থুকচানতুনা তথকপা মত্তং ওয়রিত্রা ধাত্রিগী থম্মোই ? মাগী ম'মৎ অনিদগী ঈরা শিঙ্গরিবনা কন্সিগীনো ?

য়াম্না য়েংনিংনা তৌথে, লোপানা অতুগুম্বা রত্ন পামগল্লবা মুনি অদুগী শক্তমদো। মাগী আশ্রমগী চীক্লবা অমদি ইংন-মু ভাইরবা মফমদগী লাক্লে হায়রগা অতুগুম্বা মুনিতুনা পামগল্লবা অমদি নিগল্লবা অমগী মতৌগুম্না নিংথৌ অমগী কোনুগী সনথোংদা ঙসি থুংলরবকো। লাইনিংবদগী লনপাম্বনা মাগী মফমদা অপোয়বা ওয়না থোক্লবা, অতুগুম্বা অঙকপগী মতৌওয়বা লাইনিংবতুনা হায়জনিজবদা করিকীকম থোকপগে ? অতুগুম্বা পামগল্লবতুনা চেংন-হায়জবতুদা কম্ন কম্বোক্তুনা পীত্রবদা পৃথিবীসিগী দানতৌগল্লবা নিংথৌরেন অমগী পূণ্যবু করিগী পুংমা--মাংথিগদৌগে ?

থংনিংবনা লাংতক্লবী ওয়তুনা জগোঙ্গ শাকমদগী চেনশিনখে হায়রগা তিংথৌ অনৌবনা থম্নগৌরিবা কোম্ভংমমাংগী গুমাংগী চিদাইদা লোম্লুরে লোপামুদ্রা। কেথোক্লবী ওয়াংগোং অমোমগী মতৌগুম্না মঙক হৈক পৈরপ তৌবনা নোংরক্তগী হাইদোরকপা মুমিংমঙালগুম্না থংহৌদনা মাগী শমজিথেং মনিদগী হাইদোরকখি অঙকপগী মতৌ ওয়রবা মঙাল অমা, মুংশিংকী শটম ফংবদা লেং-লেং তৌথি মাগী কত্রংশারীগী ফিজি, শাম্নবদা ময়াইকারবী কা ভাগী মুংশিখোলগুম্না থংগৌদনা মখোল থোকখি মাগী সনাখোংজী অনিদগী। পৃথিবীসিগী য়ায়-মীপোৎ পামজরবা লাইনিংবা অমগী মমিৎ-মনাকোংবু উশিং-থৌওয়দনা য়েংথোক্লে হায়বগী মতাগুম্ন। ইরেপন্লেপত্রবথোংথাংনা মমাংদা চংথংনি অকীব মচেংম-মশাদা পক্ত্রবী লোপামুদ্রা।

লৈরেহেনো : উরিশং অসিগী মনাক্তা লেপ্লনা লৈরে লনপাম্বা

লাইনিংবদো। খঙ্গেংজাক্কী খোংখাংগুম্না খাংলম্বা লোপামুদ্রাগী মখোং অনিমক্তো খংপ্রেক-খংনা লেপখি অমস্তুং মম্নিংকুপ্পলৈতন য়েংহনা লৈখিঅগস্ত্যদা। ঈশিংন চাংজোচোল্লবী নোংজুথাগী তুরেলনা মাগী মপান্দা হৌরিবা দেবদারু পাম্বীদা মাগী ঈথক ঈপোম কোল্লোনশিংগা লোয়নননা য়েংবগুম্না অঙকপ অকীব হুংঙাইব তুজুংবা-পুম্নমকসিনা থুম্মুংলবী, লোপামুদ্রাসু অগস্ত্যদাম্বেংবদগী মিংয়েং হোংবা ঙমখিদে। ব্যাধ-শাদাম্বগী মচিলপারবা তেলনা থম্মোইথুম্না পাল্লবদা মনিংতম্না খোংজরম্বী চৌংগী চেক্লা অমোমগী মখোলনা খংহৌদনা লেপখিবগুম্না মখোল থোকপা লৈখিদে লোপামুদ্রাগী সনাখোংজী অনিগী খোঙ্গলব। খনাউদগী। ইকাইব অকীবনা থুদক্তা খুহম্চনখ্রবী লোপামুদ্রানা মখুং অমনা খংখুম খুমখি মাগী শমজিথেং মনিদো, অতোপ্পা মখুৎ অমনা ঈকাইবলৈতনা পারবা শাড়ীগী ফিজ্জি শং পায়শিল্লি। বিদর্ভ-নিংথৌ-কন্যাগী মনিমুক্তাগী লৈতেং পুম্নমক্কী নাপলগী মঙালশিংদো ঈকাইমন-খিহনা পিক্লবা তগুলগী মতৌগুম তৌখিহনা মফম অহুদা লোংনবা লম্বী থিবগুম তৌখি।

অতৈসু নিংথিজনা য়েংনিংঙি লোপা। অঙকপগী মতৌ ওয়বা খংনিবনা থম্মোইদা হৌরক্লিবা মাগী ওয়াখলগী ঈপোমদো খিংবা ঙমজখিদে লোপা। যৌবন মখোং কাবগী অহাম্বগী ইকাইবনা মশাদা তোংলবদা খোংখাং তপচরবী বনগী শজি অমোমগুম্না লাগুনা লৈরিবা অশংবা উরিশিংরোমদা কায়দ-কায়দ চংশিবগা লোয়নননা খৌরাংবা মিংয়েংনা য়েংখি লোপামুদ্রা। অহুবু, অতৈদি মাংদা চংশিম্বা ঙমজখিদে। নৌন-হন্দোরক্লিবা উনা অনৌবশিংনা মশাগী লৈতেং ওয়রিবা কোবিদার পামেলশিংগী পরেংগী মরুমহুদা লেপ্পুনা লৈখি। মুংশিবা মিশকপু পংজুংদি মুংশিজবী অহুগা অভিসার চংকদবগী কিগল্লবী নায়িকা অমদি মতৌগুম্না নারৈহনা লৈরগা লাইনিংবা পাখং অহুগী মুমিংকী কান্তি-মঙালগুম্নবা হকচাংগী মপান-লৈতবা কান্তি-অমৃতবু অপেম্বলৈতনা থকলি লোপামুদ্রাগী অঙকপনা

শুম্বাংলবা মমিং অনিগী থৌরাংবনা।

অগস্ত্য! লাইরবা, লাইনিংবা ফদিফরাণা ফিজোল ওয়বা অগস্ত্যা। থাজবা ওমদে, জগত্তা ফংওমখিদ্রবা করম্বা রত্নগীদমক করম্বা অপাম্বা অমা মাগী অতুগুম্বা মঙালপুরবা মমিং অনিতুগী মসুংদা লোংনা লৈরমগনি হায়বদো। থম্বা যাম্ন, অতুগুম্না মশকমতৌ চংখোল্লবা পাথং অদূগী থুমাথম্বাল হেক শক্লুবদদা মমললৈথবা রত্ন স উফুংগী মকোল ওম্বনা থোকখিগনি। অতগদি ভিক্কানিবা মী অমগী মতৌহম্ন করিগী নিংথৌগী খাংজিন্দা লেপ্পরিবনো অগস্ত্য মহাক্লা?

নগাক্মক্কি—বিশ্বসংসার অসিগী ফজবা পুম্নমক্কী থম্মোইনা নিং-ফ-দি, অতগা, নংনা করিবু নিজনিংতুনা লেপ্পরিবনো? কাবিদার লৈরাংগী সুংশি-লৈরিক মশাদা পক্লবা থোইমশিংগী সুংশি-থোঞ্জেল তাবা ফংই, মশামক্কী থৌরাংলবা থম্মোইগী থংওমদবা থোঞ্জেল অমা তাবহুম্না তৌখিতুনা নৌনা শাস্ত্রোক্কে তৌরিবা থম্বাল লৈরাংগী মতৌহন্ন তৌংকই লোপামুদ্রাগী থম্বাল মাল্লব মাইথো।

লোপামুদ্রানা মপুক্লিংদা লেপশি, মসিমক্কি মাগী থম্মোইগী অচীকপা মফমগী অতুগুম্বা জগোঙ্গশাফমকাগী থাওমেদো—উরিশংগী অশংবা উরিশিংগী মনাক্তা মঙালগী মশকলৈতুনা লেপ্পরবনি। মপুক্লিংনা হায়—থরতংগা চংশিল্লু বিদর্ভ নিংথৌগী মমোম, হঙ্গোইবা হুন্দোক্লুনা মাগী মমিংকী মমাংদা অমুক্তংদি লেপ্পুচো, অদুগা মন্দির-সেবা পুবী জগোঙ্গশাবীগুম্না জগোঙ্গগী থুথেক শাথেক্কা লোয়নন্না নংগী লৈত্তেং পুমমক্কী মথোল হোইন্দুনা মাবু লৈশি-লৈ থাঞ্জরগা হল্লকউ।

অদুদি ওয়থোক্তবনি, ওমস্নুওম্মোইদবা অমস্নং হৌম্ন-হৌনদবনি। হেক উবদদা লোপামুদ্রানা শংবা ওম্মি, ওরাম্না কৌরক্তনদি মনাক্তা পাক চংশিল্লুবা যাগদবা মূর্ত্তিনত্তে—লৈরিবা মূর্ত্তিঅসে। অতগা, চংশিন্দুনা মনাক্তা লেপ্পুরবম্ন থোয়দোক্লা কাম্নিংতাইম্ন লৈতে। মাম্না থয়াক্লনা লংলব, তথক্তবা, মত্তং হোংবা লৈংত্ত্রবনি তপস্বী অদুগী মমিং অনিম্নক্লো। মমিং অনিতুগী থৌরাংবা লৈতে, লৈরিবদি

অচেংপা ওয়াশকৃমতনি। কনানা খংথনি, করম্বা ওয়াশক্ পুরিবা মমিং অনিনো ?

হন্দোকই লোপামুদ্রা। মাগী জগোইশাকমগী ক্লাহদা অমুকা চংশিন্দুনা লেপ্লুই। মপুক্লিংদা খাংওমদবা খোরাংবমগী চৈনাখোল খাংজগে কোংনই লোপামুদ্রা, অদুবু ওমজদে। মমিত্তগী খংহোদনা শিন্থরকপা ঈরা খিংজগ্লবা ওমদে। খংবা ওন্মি লোপা, মাগী মপুন্সিদা অহাঙ্গী ওয়না ফজ-মাইথোং উজবদি মসিনি। মাগী খুয়াখাদা থাকচরা লৈতনা কখোল্লুয়ে মাগী লৈজবপুম্বা। অদুবু অসিদি অতিয়াগী শংবাল্লবা লাইয়ুমদা মাগী তেল্লবা মখুংনা খোর্জে পায়হুনা খোংচগে খঞ্জবগুম্মি, চিম্বালনা চুপ্পগী রসনা সমুদ্রগী মথওয়াইবু চোংহনগে খন্দুনা পিল্লবা চিম্বাল অনিগী তুজুংবগুম্মি, ফংলরোম্রদবা পোংশকপু ফংনবগীদমক পাংদবা, অপংবা অমস্থ পামগম্বা অমনা পামজগুম্মি।

নিবা লাকইবা লাইরবা লাইনিংবসিদি রত্ন খুরাম অমতং ফংবগা চংখিগে হায়গনি, অদুগা মানদি করিস্থ খংবিরম্মোই মহুদি মাগী পান্দমনিংঙাই লৈতব প্রেমবু পামজরবী মনি নূপুরনা মথোং অনিদা লৈতেংলিবী নূপীজা অমনা ওসিগী মুমিত্তা মমিত্তা ঈরাং শিন্থহুনা সংসার অসিগী চীক্লনা মফম অমদা লেন্‌ন-য়েথংলবা কো-চরোংগুম্মা লৈমায়দা তাহুনা লৈহোই হায়বদো।

বিদর্ভ নিংথৌদি করি ওয়াখল তৌরি ? অগস্ত্য মুনিগী মনিং থুংহনগে খন্দুনা মাগী মপুক্লিং লাংতক্লবগী মওং ওয়রিব্রা ? মপুক্লিং ফাজন্দুনা চিন্তা তৌরম্বদগী খংহোদনা লাংতক্লবগী মওং ওয়খিহুনা লেপখংলি লোপামুদ্রা। খংনিংবনা খোরাংলিবহুবু নমথহুনা ওয়াহং অমথক্কুনা মাগী থম্মোইদগী চিনকম্বা ওয়না চোংথোরকই। করি পোংপু নিথ্ বগে অগস্ত্যনা ? খো থাং য়াংনা কোম্মুংমন্থুং তম্না চংশিল্লী লোপামুদ্রা।

মপা নিংথৌগী থোংজিন্দা হেক য়োথিরদা অওকপনা অখুংবা ওয়হুনা খংপেক-থংনা লেপই লোপামুদ্রা। তাবা ফংই মনানা,

হৌখোইশোক্লা হুংঙায়তবগা লোয়ননা অওয়াবগী ওয়ারী শাগ্নরম্মি মপানিংথৌগা মমা মহারাণীগা।

নুংনাংবগী খোম্থোক্লা মহারাণীনা হায়—ওয়খোয়, ওয়ত্রবা ওয়াকম্মি. হুংঙাইবগী তমপাক্তা চাওরক্লবী মনিমুক্তানা লৈতেংলবী ইচানুপী লোপামুদ্রাবু লাইরবা উকুফিজেন্নবা শজি খউন থাওন্নবা, মকোক্তা জটাপুবা মুনিগী মখুত্তা পীথোকপদি ঐ ঙম্মোইএ। মুনিদুম্না হায়বদো পীবা ঙম্মোই হায়দুনা মহারাজনা হায়বিখ্রে।

অওয়াব-হুংঙাইতবনা থম্মোই থুঙ্কৎলবা নিংথৌনা অওয়াবগী খোম্থোক্লা হায়—উপায় উদগনিনে মহারাণী, অগস্ত্যগী মফমদা ঐদি ওয়াশকপগী য়োম্লহিংনা পুন্দুনা লৈখ্রবনি। মসিদগী নাম্থোকপদি ইয়ায়াদ্রবা জাংনি ইবেম্মা।

—করি ওয়াশকনো মহারাজ?

—ঐনা হায়খিরম্মি অগস্ত্যদা. কমিংম্না মতম্দদ মুনি মহাক্না য়ুম্না লম্বীগী লমচংপা ওয়ংগে হায়না থল্লক্লবদি ঐগী ইচানুপী লোপামুদ্রাবু মঙোন্দা সম্প্রদান তৌগনি—অসিনিদনা। তুক্কচঙ্গদা হায়না অমুক্তা অওয়াবনা কুপশিল্লবা খোম্থোক্লা মহারাণীনা হায—মমুম পাঙ্গসন্নু অগস্ত্যমুনি, অমদি মাগী পুক্সিগী পোয়নবী ওয়জসন্নু কনাগুম্বা মীচম অমগী মচানুপীনা। লৈত-লাইরবগী য়ুম্বান-পুন্সিগী অওয়া-অনংবগী শরুকয়াবী ওয়জরুসন্নু অচম্বা মী অতোপ্পমগী কন্যা অমনা, ঐগী ঈরল ঈথুম্ মরক্তা হৌরক্লবী ইমোম্না নত্তে।

বিদর্ভ নিংথৌনা হায়.—অদুবু ঐনা ওয়াশকখিবগী ওয়ারিদি নংদি নিংথিজনা থংদ্রিদো মহারাণী! নংগী লোপামুদ্রা হায়বীসিদি অগস্ত্যমুনিগী কল্পনাদগী থোকখিবনিদো।

—অদুগী অর্থদি?

—নিংশিংলিত্রা মহারাণী? ঈচা অমতং লৈতবগী অহাংবা মকম মেম্নবা অমদি অওয়াবা কোক্নবা হায়দুনা ঈচা অমতং ফংননবগী দমক ঐনা মমাংঙৈদা ব্রত ঙাকখিরম্বদো?

—হুঁম, নিংশিংজৈ মহারাজ !

—ব্রত ভাক্লহুনা গঙ্গাস্নান তৌজরুবগী মতুংদা ঐনা ভকচাননা উথিংরম্মি—লাইনিংবা নহা অমনা অতুগুম্বা নোং-ভাল্লকপগী নৌন-হুন্দোর ক্লবা হুমিংকী মঙালদা হৈনৌপাম্বী অমগী মপাল থল্লশাররবা মশা অমা পায়রুনা লেপ্লুনা লৈরি, অদুগা মাগী মমংনা অভিবেক তোরবমিংয়েংনা চেক্লাশিংগী খোইমুশিংগী শক্তিশিংগী শাম্লবা য়েংলি।

—লাইনিংবহুবু কনানো ?

—অগস্ত্য অসিমক্নি। "নয়ুম পাল্লু ইবুঙো, য়ুমলৈমগী থোগন ফংলহুনা নচা অমত্তং ফংজোকো, অদু ওয়রবদি ঐয়োয়গী থওয়াইশিংসি ইংগনি।" নোংগাখ্ বা মপামপুশিংগী অসিগুম্বা য়াথং মমংদা ভাব্রিপ্রম্বা অগস্ত্যনি। মহাক্কী ব্রত ভাক্লহুনা অমদি গঙ্গাস্নান লোয়রহুনা মহুগী অয়ুক অদুদা আশ্রমগী হৈনৌপাম্বীমগী মপাম্লথহুবা মশা অমা পায়হুনা মাগী পুন্সিগী লোয়নবী ফ নবগী ওংাখলদ লুপ্লুনা লৈরম্বনি অহুগুম্লবা লাইনিংবা নহা অদো। জগৎ-স সাংসিগী অচঞ্চত্ত পুম্নমক্কী ফজবা পুম্নমক্কুগী থর থর লোথৎলগা চোংথোরকসম্ব মীপুম্নমক্কী মপুক্লিং হুবঙম্বী কুমারী অমা। খোইমুগী অমুবনা মাগী মিংলু অনি ওয়সল্ল। কাংভাগী তম্লপা থাংবা খো থাং, শক্তি অমোমগী তরাউতরাউবা মমিং, থাবলগী মঙালফংবদা হরাউরবী নোইনগুম্না তথেৎপা হক্চাং অমদি মোং হৌরকপদা হরাওরবী ওয়াহোংশিংগী জগোঙ্গ শাথেক লৌরহুনা শকতেম্বী অমসুং তরু-তহেম্বী ওয়সল্ল অদুহম্বী বুমারী অদো ;—লাইনিংবা নহাদুগী অদুগুম্না ওয়াখলনা শাগৎপা শক্তমদুগী মরম খংলহুনা ঐদি য়াম্না ভক্না নুংঙাইরম্বনি। ঐনা মতমদুদা থন থিরম্মি, ঐনা ইচা ফংজনিংবহুবু মহৈ য়ালহল্লগে খল্লহুনা মুনিদুগী ওয়াহৈনা মম্লগুম্ খোক্লকপনি। ঐনা হায়খিরমই, লাইনিংবা নহাদুগী কল্লনানা শাগৎলিবা মূর্ত্তিহুমক ঐগী ঈচানুপী ওয়না পোক্লরসল্ল। মতুংদা, অগস্ত্যগী মফমদা ঐনা ওয়াশক খিরম্মি, ইচা ফংজখিল্লনা ঐহাক্না ইচা ফংজবা খোক্লবদি কন্না অদুমক্না মহাক্কী য়ুমলৈমা ওক্লপদ-

বনি।

বিদর্ভ নিংথৌগী ওয়াখল্লা থুম্নবা খোঞ্জেল অতম্ম অওয়াবগী চৈথানা খংহৌদনা তনিক তৌখি। মহাক্না হায়—অগস্ত্য মুনিগী কল্পনাদি অরেপ্পা ওয়খেদো রাণী; সংসারগী ফজব-ফজবী পুম্নমক্না মাগী মাগী ফজবা শরুক পীরদুনা শকহেন্নবী লোপামুদ্রাবু শাথবনি। অগস্ত্য মুনিনা খৌরাংলবী অগস্ত্য মুনিগী কল্পনাগী লৈয়াং ওয়রিবী, অগস্ত্য মুনিগী অনিংবনা তশেংনা তংখায় অমা ফংফম খোক্লিবী লোপামুদ্রাবু অগস্ত্য মুনিগী মফমদা কখোক্লবগীদমক খৌরাং লোয়-শিল্লে মহারাণী! মাঙোন্দা পীরোই হায়বগী অধিকার ঐখোয়গী তশেংনা লৈত্রবনি।

হিক্ক-হিক্না কপই মহারাণী অদুবু, নিংথৌগী সনাকোম্মুংদা চাওরক্লবী লোপামুদ্রাবু লাইরবসিগী লোয়নবী ওয়রুচো হায়ববু য়াগদৌরিব্রো? মহারাজ?

কা' মমুংদা মখোং কানশিল্লি লোপামুদ্রা। মপানিংথৌ অমদি মমা মহারাণীবু ঙকহন্দুনা লোপামুদ্রানা হায়,—ওয়াশকপা ঙাক্লবগী থৌরাং লোয়খোকপীরো পাবুঙ্। বিদর্ভ নিংথৌনা হায়—করি ওয়াশক্লো নংবু থংত্রনে ইবেম্মা? লোপামুদ্রা—লোয়না তাজরে পাবুঙ্, অগস্ত্যগী মফমদা পাবুঙনা ওয়াশকপীখিবা।

বিদর্ভ নিংথৌ—লাইরবা লাইনিংবসিগী লোয়নবী ওয়নিংত্রা নংবু?

লোপামুদ্রানা থুম্মি—হোয় পাবুঙ।

\+ + + +

সম্প্রদান তৌখ্রবী লোপামুদ্রাগী মুঙাইবনা নিংথিবগী মখোই হাপকৎলবা মাইথোংদা য়েঙ্বদা ঙকচানরে বিদর্ভ নিংথৌ। অঙকপনা শুম্নৎলে থাত্রী অমমুং মীনাইনুপী শিংম্ব। মরল মদুম অমদি মমুম-মকৈ লৈখিত্রবা অগস্ত্য মুনিগী মৌ ওয়রমুনা মনিমুক্তাগী মঙাল্ল-শ্রালবা কোম্মুং অসিগী মুংশিববু শেংনদুনা থাংগোক্লশং অমগী অমম্বা মাইকৈ

তন্না হৌজিকমক খোংশানগদৌরে মনিমুক্তাগী মরক্তা য়াওনহনা লেল্লরুবী কুমারীদো, মাগী মাইথোং থম্বালগী কজবা মীনোম উরুরগা থন্দবা য়াদে, মতম কুইনা খোয়াংজরবা স্বর্গলোক অমদা লৈজরুগনি হায়বগী ওয়াথল্না কন্যাদুগী মপুক্লিং লাংভরুবা ওয়রমাল্লে হায়হনা। নোংথাংগী উরি অমনা পায়বা কত্রংশাড়ী শেত্তুনা, মনিগী নূপুর ঝিং ঝিং লাওহন্দুনা, কুঙ্কুম য়েক-তৈহনা, জাচন্দনা মশা হুংশিহন্দুনা মপুরোয়গী মরান্দা চংনবগী খোরাং লোয়থোক্লে।

উরিশংগী মনাক্তা ভায়না লৈরি অগস্ত্যনা। বিদর্ভ কোন্নুংগী মপীন থুম্ফংলবা অনাব মরক্তগী বিদায় লৌরহনা অমদি তপ্পা চংথিহনা অগস্ত্যগী মমাংদা লেপ্পুরে লোপা। খুরুম্মি মুনিগী খুয়াদা, হু শিমথোল হৌরকই মনিমুক্তাগী লৈতেংশিংদগী ঈশৈগী হুংশি-খোল্লে অমনা মূর্ত্তি ওয়না চোংথোরক্তুনা অগস্ত্যগী মখোংদা খুরুম্বগুম্না তৌখি। অগস্ত্যনা কোই—লোপামুদ্রা।

মচিন্বাল অনিদা খোইকুম মোমোন উহন্দুনা অগস্ত্যগী মাইথোং য়েংথি লোপানা। অদুবু থংপ্রেক থংথি লোপা, ওয়াবস্থ ওয়াখিদে, ভকপস্থ ভকখিদে। খোয়াংলবী, পুন্সিগী লোয়নবীগী মাইথোং য়েই অগস্ত্যনা, অদুবু করিনো অভকপগী মতৌনি; মুনিগী মমিত্তুদা হেন্ন থুম্ফংলবা করিগুম্বা হরাওবগী মঙাল ফুদোরকপা লৈতে। খয়াক্লনলংলবা, লেংদ্রবা অমদি বিকার হোংদ্রবা মমিং অনিনি। হুংঅঙাংবনা শাবা তল্লবা মচিন্বালনি।

অগস্ত্যনা হায়—পায়বা, লংলব-লংন-শাবা, শংবান্নবা শাড়ী শেত্তুনা মনিমঙাল্ন ঙালহন্দুনা, অমদি লৈতেং পুন্নমক্না লৈতেংহনা কনাগী হুম্বান-পুন্সিদা হুঙাইবগী মঙাল পীগে খল্লিবনো নূপীমচা?

লোপামুদ্রানা খুম্মি—বিদর্ভ নিংথৌগী মমোম লোপামুদ্রাগী মথওয়াইদগী হেন্না হুংশিজবা পুন্সিসী লমজিংবা মহাক্কীনি। অগস্ত্যনা হায়—অদুবু, অসিগুম্বা লৈতেংশিংসিদি থাকৎনিঙাই ওয়দবা থবক, হায়রবদি কেথ-মোবদনা শিজুগদবা অরেম্বগী পোৎলুমনি ইবেম্মা।

লাইনিংবা মুনিগী লোয়নবী অমগী মশাদা লৈতেং-মনিম্না নিলহন্বগী অমস্তুং মনিমণ্ডলনা ঙালহন্বগী হরাও-কুম্মে অদূমক্তি মানপুণ্য মাংননবা অরেম্বগী শাজোন হায়বত্নি শকহেন্বী।

লোপানা অওয়াব-ফোংদোকপা খোঞ্জেলনা হায়—অরেম্বগী শাজেনে নত্তে ঋষি। অগস্ত্য—অদূগদি করিগীনে। কন্যা?

লোপা—নহাক্কী প্রেম-পামজবী প্রেমিক। অমগী থম্মোইদুংগী উৎসবকী শাজোম্মি শক্তি-শঙাইগা শাগোম্নবা ঋষি! অগস্তানা অঙকপা ফোংদোকই—উৎসবকী শাজোন! ঋষিগী পুন্সিদ। উৎসবকী করিস্তু মথৌ তাদে, উৎসবকী মহাউদ-লপ্পবী লোপা।

লোপা মথৌ লৈতনকো ঋষি! নহাক্কী পুন্সিদ। নহাক্কী প্রেম ফংজন্নবা শস্থ ওয়রবী নায়িকা অমগী খোইরুম মোমোম্নবা মাইথোং খোইথুম্নবা ওয়াহে, অমদি নু-শি মিৎয়েংগী য়াম্না মথৌ লৈরিবনি।

মপুন্সিগী য়াম্না নুঙাইবা মমং অমা থংমাং-মাংখিবনা অনাবা ফংলবী লোপামুদ্রাগী মমিত্তগী শিন্থরকপা প্রেমগী ইচেম্না মাগী চাইরুং অনিমক চোংথি। প্রেমিক অমগী থৌরাংবা পল্লবা অমদি খোইরুম তৌবা মমিংকী মমাংদা লেপ্পা নংখিদ্রে, লাইনিংবা অমগী থয়াক্লনা লংলবা মমিংকী মমাংদা লেপ্পা হায়বত্নু ওয়রে। অদূগুম্নবা তপস্বীদূগী মপুন্সিদা মাগী লোয়নবীগী খোইরুম মমোনতৌবা মাইথোং অমদি নুংশিবনা অভিষেক তৌবা মিৎয়েংগা করিস্তু মথৌ তাখিদ্রবা।

অওয়াব-তোৎলবা খোঞ্জেলনা লোপানা হায়—নু'শিথোয়বগা

তিম্ন-শাম্ননিংবগী নুঙাই ওয়াথলনা বনগী শামু অমোমশিংদস্তু থম্বালগী লৈরিক মশাদা তোংশিন্দুনা উৎসব থিত্নুনা চৎলিবনি, অদূগা মুনিদি মুনি নশামক্কী প্রেমিকা ওয়বী কুমারী অমগী সনাখুজি অমস্তুং শমজিথেৎ মনিগী মঙালবু য়েংবা ঙম্বিরোয়দবদি করিগীনিনা?

অগস্ত্য—ঐ থংই রাজকুমারী, নংগী নচিম্বালস্তু লৈতেংগী নুংশিখোল তানিংই অমদি তারগা খোইরুম তৌনিংই।

লোপা—মুনিবু তরাম্না ওকচগে তৌজবনি, মনি-লৈতেংগী নু'শিখোল

অমম্সুং মঙালবু নত্তে। ঐগী প্রেমন মচু শংজরবা পুন্সিগী খোইরুম তৌববু মনিগী লৈতেংনা শেম-শাহনা মুনিদা খুদোল কচ্চবে তৌজবনি। ঐগী খোইথুম্নরবা ইমং অসি তরেম্বা ওয়হন্বিগনু খ্বষি!

অগস্ত্যন। হায়—অগস্ত্যগী মচানিপাগী মমা নংনা ওয়গনি, ব্রত অসিতমক নংনা ঙাক্লহনা ঐগী ওয়াশক অসি অরেপ্পা ওয়হনগদগনি। অসিগীদমক নঙকশমদা রত্নপরেংন-লৈতেংবগী করিস্নু মথৌ তাদে; নূপীগী কুক্কুম য়েকপা খদাং, জাচন্দন তৈবা খজাই অমদি কস্তুরী তৈবা থৌরীগী দমক ঐগী থৌরাংবা লৈতে। নুপী মুংশিমীনোক, মীগুম্ন-পা মিৎয়েং অমদি তঙাংবা চিন্বালগীসু থৌরাংবা লৈতে। অসিগুম্বা লৈতেংশিংসি লৌথোক্লো, শেগায়গা ফিজোল শেৎল্লো; শজিমউন থাউম্নহন ঐগী লোয়নবী ওয়গনি হায়বা ওয়াশক নংগী থম্মোইদা পুত্না ঐগী ইমাংদা লেপ্পরো।

লোপামুদ্রাগী খোম্সোক্লা অওয়াবা ফোংদোকই—প্রাণনাথ।

অগস্ত্য—করিনো?

লোপা—করিস্নু মমল লৈত্রবা রত্নগী লৈতেংশিংবু তুক্কচনা য়েংবিয়ু, করিসু অকায়বা লৈতে। অত্তবু, নহাক্কী পুন্সিগী প্রেম্নথুম্মংলবা খোইথুম্নরবা ক্ষেমকম অমদা নগামক্কী অওয়া-নুঙাইবদা শরুক য়াগদোবী নূপীজা অমগী চিন্বাল অনিদা তোংলবা পিক্রবা খোইরুম অমতংগীসু নহাক্কী মথৌ তাররোদ্রগে প্রাণনাথ।

অগস্ত্য—তারোয়, মথৌ তারগনি হায়বসু ঐনা থাজদে।

মমিৎকী ঈর উইল্লোয়্রগে নন্দুনা মমাই লৈথোক্কুনা ঙাইহাক লেপ্পুনা লৈথি লোপা। হুঁম, মাগী ওরাথলগী অদুগুম্নবা খোইথুম্ননা অকিবগী অকিবত্নমক অরেপ্পা ওয়থিবকো, অদুগা খোইথুম্নবত্নদি অরেম্বা ওয়খ্রবা বিদর্ভ নিংথৌ কন্যাগী মথওয়াই পুরিবা মশাদুতমক পুহনা মুনি মহাক্কী আশ্রমগী খাংপোকশংত্নদা ওয়াশক পুম্নমক্কী পোৎলম ওয়হন্দুনা থম্মগে খল্লিবকো। অগস্ত্য মহাক্লা; কৈদা চৎখ্রবগে মুনিপাঞ্চংদুগী মপুক্কিং; সংসারপুম্বগী ফজবা পুম্নমকপু

খোমজিন্দুনা মী মহাক অদূনা নোংমদি মহাক্কী পুন্সিগী লোয়নবী ওয়দোবী অমবু শেমগে হায়না খনখিরম্বদো ? শক পামগল্লবা মীশক অদূনা ঙসিদি শক অদূগী থুংশিংমীনোক ফাওবা য়েংনি খিদ্রবকে ? গৌরাংলবা অমদি খোইরুম তৌরবা মমিৎ অনিগী মমা-দা লেপ্লুনা নোংমদি মহৈয়াম্বা ওয়গনি লোপামুদ্রাগী মপুন্সগী মমংদা ; অদূগী ওয়াখল্দো পুন্সিদুগী ওয়না লৌনম্বগী লাংদা পল্লহুনা মাংখৎরা ?

অদূবু অতৈদি চিন্তা তৌখিদ্রে অমসু অতৈ খিন্থখিদ্রে লোপা । লেংথোক্লে রত্নগী লৈতেং লোয়নমক, মুখৎলে মথদাংদা য়েকতৈরিবা কুঙ্কুমগী বিন্দু, হোংদোক্লে শেংলম্লিবা শংবায়বা শাড়ী, হুন্দোক্লে শমজীগী মনাগী মালতী নাচোম । বিদর্ভ নিংথৌগী কোন্নুংদা অওয়াবনা কুপথে কপ্পরক্লে লোপাগী মীনাইনূপী শং, কপ্লক্লে ধাত্রী বিধাতাবু চৈথুনা, কুনগৎলক্লে মথবাক মমা লৈমগী, লৈচিননোংফাইন কুপ্পগুম্ব তৌখি নিংথৌগী মমিংনি ! উকু ফিজেংনরবী, শজিমউন খাওম্লরবী অমদি মুপীক পরেংনা ভুকশমদা লৈতেংলবী লোপামুদ্রা মতম ইখিনখিন্দনা নুংঙাই খোংথাং থাংলহনা মুনিগী মতু ইন্না খোং-শানখি ।

পুণ্যপীনবীহুনা পাপী পুয়মক্কী পাপ কোকওল্লিবী ভাগীরথী গঙ্গানা অতিয়াখক্তা থুংশিংকী শউম ফংবদা হাইহুম্লবা ফিরাল অঙৌবংম্বা নিংখিজরি । ভাগীরথীগী ঈশিং ঈচেলশিংদু চিংদোন চিংদোন খিবক্লিগী অতং প্রথম নায়দনা চৌংখাতম্বা চেন্থরি, অমুক অমুকম্ব গিল অমামগী মঙৌগুম্বা থুংজাওশিংগী মরুম মরামদা লোংকদগীসু ঙোংনদী গঙ্গাগী ভৌরকফমগী মনাক্তা নিংথিজখৎবা চৌওগী থেমমাল্লবা মফমদা লৈরিবা অগস্ত্যগী আশ্রমদো অমুক থুদিংগী চক্লাশিংগী শজিশিংগী অমদি খোইমুশিংগী ইরাওখোলনা ইনিননিদলি । অপোম্বা লৈরাংশিন-লৈতেংলিবা লৈগী উরিমতোনশিংদো মালংনা লিরি লিরি শিংপগী ঈপোমগা লোয়ননা নোয়োম নোয়োম তৌদুনা শাল্লরি । লৈনমথুংশিংবা লৈগী লৈরিক মশাদা নুংতাংশিনা খোই-

মুশি না মুংশি ঊশে শক্তি। উন্ন ঊরুবীরবা শক্তিকলম্পাক্কী মবুক্তা নৌন-ছন্দোরকপা হুমিংকী ভাংজ্রনবা মঙালনা পোথাবা নায়দবা শান্নবা লৈরি। ঊরিকোনগী ঊথোংখুদিংমক মগীলাংলবা লৈঙাংগী মচুনা রং শংলহনা ভাংঙ ননা ভান্নোইরি। নিংথিজনা শাজোন তৌখি আশ্রমগী উ ঊত্তোন-ঊরি-ঊনাশি ; অগস্ত্যগী লোয়নবী লোপামুদ্রা-দদি শাজোন তৌবা ঙমখিদে।

লোপামুদ্রাদি উকুন-লৈতেংলবী নোংথাংগী ঊরিগুম্মি। মপুরোইবনা তাকপীবা থবক অদুদবু পুন্সিগী ব্রতনি খল্লহনা ঙসিফাওস্তু ভাকচরি লোপা। অগস্ত্য মুনিস্তু মাগী নীতিখুদিংগী পূজা-ধ্যান ব্রত অমচুং লাইনিংবগী ইংনহুংভাইবহুদা লুখুনা অমদি অশেং-অমাং খায়না চংপগী চংনা নিয়ম ভাক্লহনা মপুক্কী লেন্দুনা লৈরি।

হুমিদাং ওয়াইরমগী হুমিংকী ভাংজ্রমবা মঙাল-ফিজেংম্নরবা আশ্রমগী চিক্লবা চিদাই অমদা ওয়ামনা অনৌবা মচিংদা চিক্লহনা হুংভাইময়াই কারবা কারবী শজিলাব অমোমশি চেন্থোক চেনশিন তৌহনা শান্নবি। থাবল্ন লেতেংলবী অচিং লাইরেম্বীগী কান্তিগী অমৃত থকচনিংহনা তেরাপাম্বীগী অপোম্বা মপালশিংদো মকালায়া শাত্তোকই। অদুবু, খোইকুম মমোন নোকপনা নিংথিবগী লৈথেং হাপকংলনী নূপীগী হুংশিবা মি য়েংগী করিস্তু মথৌ তাখিদ্রবা অগস্ত্য মুনিগা, মপুরোইবনা তায়বনুতবু মন্ত্রনি খঙহনা লেঙরিনী লোপামুদ্রাগা—অনিমক্কী মপুন্সিদদি করিমতা ফিভম হোংবা লৈখদে।

নোংমদি চীঙদুগী তুরেল মচাহদা ইরাক্তকরগা হল্লকপদা অগস্ত্যনা ঊবা ফংই, লৈরাংন-থম্নশাংলবা ইনৌমশা অমা মথুংনা পায়রগা মমিংকুপ্পলৈতনা শংবান্নব, অতিয়া য়েংহনা লৈরি লোপামুদ্রা। মমংনথুক্কাংলবা অমদি তান্না লৈহৌরবা খোরাংবা অমগী মাইকৈদা য়েংলিবী নূপীজাদুগী মমিতো মতমহুদা শুক্কাংকুপ্পা তৌখি। অমরোমদা, মশামক্কী থম্মোই মহুংদা অঙকপগী মত্তো ওয়না লাংতক্কবগী ভাব অমা য়েন্নিং হুল্লক্কমাল্লে হায়না খল্লি ইন্দ্রিয়খুতুম চল্লবা অগস্ত্যস্তু। নিংশিংলক্লে

নিংথিজনা, নোংমদি মহাকস্থ মতৌস্মূম্না উশা অমা শোক্লহুনা মপুন্সিগী লোয়নবী ওয়দৌবী অমবু ফংননবা থনখিরম্বদো। "নয়ুম পাল্লু ইবুঙো, নচানিপা অমা ফংজো", নোংগাথ্‌বা মপা মপুশিংগী য়াথং অত্থমক্লা থংদৌদনা অগস্ত্য মুনিগী পম্মোইগী থোৎলবা মফমদা ঈশৈগী স্বরগুম্না পাল্লরে। অগস্ত্যনা মু'শিনা কোই—লোপা।

চঙক্লনা মুনিদা য়েংইলোপানা, অদুবু থোংলবা খোম্থোক্লা পাউথুম পীখি—য়াথং থাবিউ ঋষি!

লোপাগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অগস্ত্যনা হায়—ঐনা হৌজিক থম্বদি, নহাকস্থ হৈনৌপাম্নী অসিগুম্না লৈশাৎপা ওয়'সন্থ।

লোপা—মহর্ষিনা নিংবিবদো অরেপ্পা ওয়রসন্থ।

অগস্ত্যনা হায়—নংগী নতৌসিবু করি হায়রসিগে লোপা, ঐগী থম্মোইগী থুম্লবা অমদি ফাজম্বা য়াদ্রবা ওয়াথল অমনা নংবু তরাম্না কৌরক্লবদম্থ নংনা অদুগুম্না ইংলবা খোঙ্গেল্‌না পাউথুম পীর্বদি করি গীনো? ঐনা ঙসি থরাই য়াওনা কৌবসিদা করিগুম্বা অঙকপা অমদি মুংঙাইব পক্লবা খোৎম্লে য়াওখিদ্রবনে?

লোপা—ঐদি মহর্ষিগী য়ুম্বানপুন্সিগী পোৎলম অমনি,

অমদি য়াথংগী পোৎলুমপূবী ননাইনি। মতমলৈবথিবিক্তা মহর্ষিগী পুক্লিংগী ওয়াখন্দা ঐগী লৈচ্ছবখিবিক কথোকচথ্‌বী ননাইনি। মু ঙাইতবা ওয়াখল থম্নিগমু ঋষি, য়াথং মকোক্তা থোংলিবী কনাগুম্বী মীনাইনূপীমনা মথবাক্তা অঙকপা অমদি মমিত্তা মুংঙাই-ঈরাং পুতুনা মহর্ষিগী মফমদা চাউথোক্‌-পো থোকপা ফোংদোক্তুনা পশিংচাউবা শাজবা ঙম্বা হৌনদে।

অগস্ত্য—অম্লাম্বা লম্বীগী লমচৎপী ওয়গে থন্‌গনু কুমারী।

লৈরাং শাৎতনিংলবা উরিগী মতোল্‌না মলয়া মুংশিংকী মুংঙাই'-মশোকপু মথাবাক্ত লৌশিঞ্জবগুম্না নহাকস্থ নহাক্কী তঙাংলবা চিম্বালদু নোককেং তৌবনা অতৈম্ন হেম্না নিংথিহন্দুনা নবুঙোবু তরাম্না নথবাক্তা লৌশিন্নো লোপা।

লোপা—ওয়ারৌবিগন্ থ্ষি, ননাই ঙমজরোয়।

চৈথাকংলবা অনাবগী মতৌংগুম অওয়াব-খোঙ্গোক্লা অগস্ত্যনা হায়—লোপা, নশাত্তনৌরবী, নমিং তরাউরবী, লমচং তক্ত-তক্তরবী লোপা।

লোপা:—মহর্ষিগী অনিংবদা কংশিল্লগে খন্দুনা থৌরাং লোম্বনা লৈরবনে লোপামুদ্রাগী তনৌরবা হকচাংসে।

অগস্ত্য—অদুম্না ভমথিনা করেম্নবগী মচিলপারবা থাংশাংনা য়াম্থরগনু অগস্ত্যগী থম্মোইগী লাইরেম্বী। ঙাইহাক্তুংগী ওয়রবসু নংগী তঙাংলবা চিন্থাল অনিগী গোইবম মোমোন নোকপনা অগস্ত্য ঐহাকী কংলবা, মহাউ লৈত্রবা অমদি তপস্যা তৌবদা শিক্কংনরবা পুন্সিদা নিংব-থুংবগী ধুম্নবা ক্ষম অম অহাংগী ওয়না হাপ্লগো মুংশিবী।

লোপা—নুপীজাগী করিস্থ মমললৈত্রবা মুংশিমীনোক অমতংগী দমক ঙসি থ্ষিনা অশুক্কীমতিক লাংতক্নবা ওয়বিংবিসিবু কংগী ওয়রবনো?

অগস্ত্য—ঐ খংদে লোপা, অসিদদি খংই—ঐগী থবাক্কী মুংশাশোর অসে ঙসিদি ঐগী মুংশিথোযবা লোপামুদ্রাগী চিন্থালগী চিদাই অনিদগী হায়দোরকপা মুংশিমীনোক খজিক্তুং থকনিংবনা য়াম্না লাংতক্নবগী মতুং ওযখে—লমদা থাগী মলয়া নুংশিংনা লৈকোনগী নুংশিশৈনম্বু লেকচনিংতুনা লাংতক্নবা ওয়বগুম্না।

লোপানা হায়—ঙমজরোয় থ্ষি!

অগস্ত্য—করিগীনো লোপা?

লোপা—উকুফিজেন্নরবী, শজিমটন খাওম্নরবী অমদি কোকথক্না জটাপুরবী নিংথৌমচানুপীদগী খোইরু মমান তৌবগী আশা তৌনিবদি ইচুম-চুমদ্রবা ওযাফম্নি থ্ষি!

চঙক্ননা অগস্ত্যনা হায়—অদু ওরবদি?

লোপা—ফজবা ফিজোল অমদি লংলবা লৈতেংগী মথৌনি। সনাখুজিনা, সনাখোংঙীনা অমসুং মনিনুপুংনা শেমশাবিরবদি ইবুঙোগী

লোপামুদ্রানা চিন্থাল নোকফেং উত্তুনা মহর্ষিগী অসিগুম্বা প্রেম্ন থুঙ্খং-লব। মীকোদা মতিকচানা পাউথুম পীজবা ওমগনি ; নত্রবদি লোপামুদ্রা কৌবী নূপীজা অমগী হকচাংতমক ফংবিগনি, অদুবু নূপীজাসিগী নোকমি তৌব। চিংলদি ফংবিগনি হায়না খল্বিগমুকো ঋষি।

ইফক ককচন্না ঙাইহাক লেপ্পুনা লৈখি অগস্ত্য। মমৈথংদা থোংলবা খোস্তাংনা হায়—সনাগী লৈতেংশিং য়াম্না পাম্মিবোযরে নহাক্কি ?

করিস্থ থুমখিদে লোপামুদ্রা।

অগস্ত্যগী মপুকিংদা লাংতক্লবগী ভাব লৈখিদ্রে, ওয়ামচেংমতং ঙাংদনা অওয়া-অনংবগী শরুক তাখায় য়ারিবা মরূপ অমগী মতৌগুম্না লোপা-মুদ্রাগী মাইথোংদা আশা কাইখিবগী চৈথা ফংলবা মিংয়েনা চিংনা য়েংলগনা লৈখি। খল্লি, অরেম্বদা হায়বদি নত্তেদনা, লন-মচেংম লৈত্রবা ঋষিগী লৈতেংলৈত্রবা য়ুম্বান পুন্সিগী অওয়া অনংবগী উন, অওয়াং অপাগী গুংশা, অমদি নিংবথুংদবগী গুংশিংকী শাফু থাংবা হোংনজবদা পংশিন্দুনা লৈখমাল্লে অসিগুম্বীসিগী থাগী কলাগুম্লবা চিঙ্গানগী থাবল।

অগস্ত্যনা হায়—নংনা পাম্লিবা রত্নগী লৈতেং পুম্নমক্তো ইওয়াং-ওয়াত্তুনা ঐনা ফংহনগনি। ঙাইরমথকো, ঐগী মিংচং, ঐগীমান অমদি ঐগী লাইনিংবগী পূঙ্গপূম্বা মাংহন্দুনা ওয়রবস্থ নংগীদমক রত্নগী লৈতেং নিরুত্তুনা পুরক্কেকো।

\+ \+ \+ \+ \+

হুমিদাং ওয়াইরমগী নোংচুপ মাইকৈগী অতিয়া ঙাংঙনন। উরক্লে, হল্লক্লে আশ্রমদা অগস্ত্য, পুরক্লে মখল-মখাগী লৈতেং অমস্থ ফজবা ফিরোলশিং।

নিজবা অমা ওয়ত্তুনা শ্রুতর্বা নিংথৌগী কোম্বদা চংলুরক্মি অগস্ত্য, নিংবা থুংহল্লকাত্রে শ্রুতর্বা নিংথৌনা। নিংবা কায়ত্তুনা নিংথৌরেন

ত্রথশ্মগী থোংজিন্দা থুংলুরম্মি, নিংবা থুংহল্লিরক্তে, ত্রথশ্ম নিংথৌনস্থ। মথংদস্থ নিংবা থুংহল্লিরক্তে ত্রসদস্থানস্থ। কোম্নথংদা দানবকী নিংথৌ ৱল্লগী মফমদগী রত্ন সনা-মনিমুক্তা অমদি ফিরোল্লচিংবা ফংলক্তুনা আশ্রমদা চল্লক্লবা অগস্ত্যানি। নোকৃমি তৌহুনা লোপাবু য়েহুনা অগস্ত্যনা হায়—সে, সে লৌজরো নংনা পামজবা সনা-মুক্তা হীরা অমদি ফিজোলশিং। মুংঙাইজরো, রত্নশিংগী মুংশিথোল তারহুনা নংগী চিম্বালগী মঙাল অতৈশু হেন্না ঙাল্লসন্থ! ঐ চৎলেকো ইবেম্মা! পাইখৎপগা লোয়ননা লোপানা হংই—কৈদা লেংবিগগে প্রাণনাথ। মেংলবা থোজেল্না অমদি খোইরুম মমোন নোকপনা মাগী থম্মোইগুংগী মু ঙাইতববু কুপশিন্দুনা অগস্ত্যানা খুম্মি--আশ্রম-তুরেনগী তোর্বান্দা, নংগী নথুংমক্লা য়াম্না হৈনিংনা শেমজথ্রবা মল্লিকাকুঞ্জগী অচীকপা মফমদা, নংবু ঙায়রহুনা।

চৎথ্রে-অগস্ত্য ঋষিদো, অমদি তুরেল মচাতগী মপান্দা হেক য়োথিবদা খংবা ঙম্মি—খাংঙমদবা অনাবা অমনা মাগী থম্মোইগী থোৎলবা মফমদা য়াম্না অনাবা পীবগুম্না তৌরক্লিবদো। অদুগুম্না মল্লিকা কুঞ্জদু লোপামুদ্রা মশামক্লা শেমখিবনি, অদু ওয়ংবস্থ মল্লিকা কুঞ্জতগী লৈনম অমসুং ফজ-লেমজবগী মথওয়াই মাংথমাল্লে চায়না অগস্ত্যানা খল্লি।

মপুন্সিগী লোয়নীবু ঙসিদি প্রেমগী কৃম্মেদা কৌরক্লে অগস্ত্যান। অদুবু ঙসিগী সন্ধ্যাসিদা মল্লিকা কুঞ্জগী লৈংরাংদা—উরিদা-উনাদা থাজগী মীনোক থাবল্না য়ৈররবা মতমংদা মাগী মমাংদা লেপ্লদৌরিবা নূপীতদি সনাগী লৈতেংদমক পানজনী নায়িকা ওয়দৌরি। লাইরবা লাইনিংবগী প্রেম-থুমহুনা থুম্লবা মীকো তারহুনা নম্নে, ঋষিনা য়ামকন্না হাৎনজবনা অমদি পুষ্পগী মহুত্তা ফংজরক্লবা রত্ন অমসু লৈতেংশিংগী শোকপনা নূপীদুগী চিম্বাল থাজগী থাবল থোক্লদৌরিবনি।

অওয়াবন-থুক্কৎলবা উইনিংবমগী মঙ্গুংদা লুপ্লহুনা লৈবগুম্না তৌখি অগস্ত্য ঋষিদো, অদুবু মমিৎ পাংথোক্লবস্থ অকীবা অমনা নঙ্কংপা

মত্তৌঙ্গুম্না তুক্কক-তুকাইনা লৈথোকই।

সন্ধ্যাগী অতিয়াথক্তা থাজগী পিরুবা মণ্ডালগী মীনোক উবা ফংই। লোপাগী লাক্কবা নয়দ্রু নক্লক্লে! অনি তিম্নবগী লগ্ন য়ৌরক্লে হায়বা থংহল্লুনা মল্লিকা লৈরা শিংগী মরক্তা কুরাকশিং কোইপাই পাইরি।

অচুবু কেক থস্থররুবদা অগস্ত্যাগী থম্মোই মমুংদা মৈদীনা ওয়াই-রকপঙ্গুম্না তৌখি; মাগী প্রেমথৌরাংলবা মপুক্সিগী ঈকাইবা অচুম্বক্রা রম্নগী লৈতেংন লৈতেংহুন। মাগী মথবাকতম্না মখোং-থাংশিল্লক্রমাল্লে হায়না থল্লি। লাক্লে লৈতেং পাম্নবী লোপা, য়ৌরক্লে মুনিগী মনাক্তা। মাগী চিম্বালগী খোইরুম অচুগী করি মমল লৈরিবগে? মাগী মীনোক অদূদি লোপামুদ্রা। কৌথী প্রেমিকা অমগী থাজৈশেংবা মীনোক নত্তে, সনা অমম্মং রুম্নুনা শোকপদগী পোল্লবা শাজম্নবা মিনোকনি।

অদুবু নপীসিদু কনানো? থংজৌদনা থংথেদা অগস্ত্যা; উবা ফংখি মহাক্লা-অমৃতগী ঈচেলনা ঈথক হৌবঙ্গুল্লবা মমিং অনি পুহুনা কামকেলী পানজরবী নায়িকা অমনা ওয়ারকপা ইনথিদ্রবা অমম্মং ঈকাইমচেমা পক্তুবা হকচাংগী কান্তি মণ্ডালন মফমদু পুম ভাল ভাল্‌হন্দুনা মহাক্নী মমাংদা লেপ্লরে, সনাথোংজীম্ন শিরমদে, রত্নগী থবাংলীম্ন ফারমদ, য়াওরমদে সনাগী খুজি অমম্মং ইন্দ্রনীলমনিগী লিক্লাংপরেংম্নু।

অঙকপনা গুম্মংলবা অগস্ত্যানা হংই-নংবু কনানো? নপীস্থনা খুম্মি য়েংবিন্দু ঐসে কনানো?

উবা কংখি অগস্ত্য ঋষিনা, ই লবা থাবলমাইথী-হন্ধা নোক্‌ফেং অমনা মূর্তিপাম্না খোরক্তুনা মশাগী কান্তি-মণ্ডাল পুন্নমক ঈথক হৌহন্দুনা অমদি নিংথিজনা মথোৎকারবা মশাগী যৌবনগী সম্ভারবু উকুতনা কুপ্লহুন। ঋষিগী মথবাক্তা কশিঙ্গে হায়বগী ওয়াখলনা মনাক্তা লেপ্লবঙ্গুম্না তৌরিবদে।

অঙকপনা পংশিলবা অগস্ত্যানা হায়—নংদি লোপামুদ্রোনিদনা

মানি, মহর্ষিনগী উকুগী খুদোল ফংজহুনা য়াইফগী ওয়রবী লোপা-মুদ্রানি।

—কদাই রত্নগী লৈতেংশিংদুদি ?

—ঋষিগী আশ্রমগী থোংজিন্দা তাহনা লৈহৌরে।

—করিগীনো ?

—ঐসে রত্ন পামগল্লবী নায়িকা নত্তে ঋষি, প্রেমতবু পায়বী নায়িকানি।

—ঙকচাননা অগস্ত্যনা য়েংথি লোপামুদ্রাগী মাইথোংদা।

লোপামুদ্রানা হায়—ঐগী চিন্নালগী মীনোক য়েংনিংবনা থম্মোইফাবা ঙস্থিখিদ্রবা ঋষিগী তশেংবী নায়িকানে ঐসে; ঐহাক্কি অশুক কুইবসে অনুগুম্বা প্রেমিক অদুদবু খিজরম্বনে। ঙসিদি ফংজরে মহাক্কী লৌথুক লোকোয় লৈরবা থম্মোই অহুমক্না ওয়দৌরিবনি ঐহাক্কী পুন্সিনা পামজবা শনা-হীরা-মুক্তা।

অগস্ত্যনা কোই—মু শিবী লোপা।

উবা ফংলে লোপানা, খৌরাংবনা খৌগংলবা প্রেমিক অমনা খৌবুম-থননা প্রেমথক্লিংবনা লাংতক্কবা ওয়হুনা অমদি খোইরুম মমোন তৌরবা মমিং অনিমক্না মহাকপু তরায়া কৌবা ওয়ররে।

# দুই

অতিরথ নিংথৌগী কোন্নুং-দালান মন্নুংগী জগোঈ শাক্ষমগী নিংথিজবা সভানি। সনাগী শগাঈথক্তা ঙাম্মোয়খিরম্মি নিংথৌরেন অতিরথ। অতিরথকী নিংথৌ অমা ওয়বগী ওয়াংলবা মর্যাদা ঙাক্লহনা কৃস্মিয়েংবা ভাবোকশিং মথাদা লিক্লাইন-ইংগীশিংলবা মণ্ডপকী ই-কোই-কোইনা শাহনা লৈরিবা উবাক্কী শগাইথক্তা ফরাংজী ফিদাদা ফমখিরম্মি। নিংথৌ অমদি অচম্বা ভাবোকশিংগী মর্যাদা খেন্নবগী মতুংইন্না অনিমক্কী আসনদস্ত অশুক্কীমতিক খেন্নকম থোকই তায়নত্তস্ত উবা ফ খিরম্মি। নিংথৌরেন অতিরথকী সনাগী শগাইদগী খরতং লাপহক্লা ভাবোকশিং ফমখিরম্মি। নিংথৌ অমদি ভাবোকশিংগী অহাংবা মফম পুন্নমক্লো জগোই শানবগী দমক লৈরাংনা কোইশিন্দুনা রাসমণ্ডলগুম্না নিংথিজরম্মি। রাজ্যদগী মশকমতৌ চংখোললবী নূপী কলাকার শিংনা নিংতিখুদিংদগী সন্ধ্যাগী মতমদা ঈশৈ শক্তুনা অমদি জগোই শাহু। অতিরথ নিংথৌগী কোন্নুংদা কুস্মিগী ঈথক থৌহল্লমহনা মাগী মাগী মবান য়াইদা হল্লখিরম্মি।

সংসার পাণ্ড্রবা অতিরথ নিংথৌনি, অনৌবা উগান পান্বীগুম্না যৌবনমখোংকারবা মাগী মূর্তিনি, হাইনিংঙাইলৈতনা শকত্সেনি ঙমথৈলেতনা কুচুকুমেন নিংথিজবনি. পান্দমনিংঙাই লৈতবা মপাঙ্গলনি অতিরথ নিংথৌগী মিংয়েংদা তাইবংমীগী নত্তবা, অঙকপগী মতৌ-ওয়বা মিংয়েং অমা য়াওবগুম্না তৌই। অতিয়াদা লৈরে তায়রগা মন্ত্রগী তাইবংমীগী মথক্তা য়েংথরকপা লাই-মিংয়েংগুম্না তৌই মাগী মিংয়েংদো। সংসারসিগী মশক-মচু-মগাউ-মনম অমদি মশোক অমনা শোকপদা পংজাশুজানরবা তাইবংমীশিংগী মশাকঞ্জবা ঙমজদবা মপুন্সিগী হুংশিবা, খৌরাংবা, অমদি অপাম্বগী ওয়াথলশিংবু মতম লৈবখিবিক্তা অতিরথ নিংথৌনা য়াম্না হস্থনা, তুকচনা অমদি খোওয়দনা

য়েংই, অমুক মতমদগী য়াম্না থৌজান উৎপীবা মিংয়েংনা য়েংবিবগুম্নগী তৌই। কয়ামতিক তরাই-তরাইনা তাইবংমীশিংসিন। গুন্দ্ধৎপগী মতং ওয়রিবা, করিগী কাংবা লৈতবা মরমদা মথোয়না য়াম্ন থৌওয়াম্ন য়াওশিন্নগী তৌরিবা—অসিশিংসি উরুবগা খংলুরগা অতিরথগী থম্মোইদা শাওনিংবা অমদি হরাওবা পোক্কেদি হায়বগা নোক্লিংবা পোক্পদি ইখং-খংহৌদে।

অতিরথ নিংথৌগী ম্যুক্লিংনা সংসারগী আশাপূম্বা থাদোক্লব। মুনিশিংগী মপুন্সিগী মতো তম্লিংউবা লৈতে। উৎসবতা মপুক্লিংলুপ্লবা, মৃগয়াদা থওয়াই য়াওশিল্লবা, অমদি লালশোক্লব। পামজবা নিং-থৌনি। অপাম মুংশিগী অমদি অনুরাগগী ওয়াখল্‌না থুম্ফংলবা পৃথিবীসিগী মসুংদা লৈরেদি হায়বগা পৃথিবীসিগী করম্বা থৌরাংবগী ময়াইনা মাগী থম্মোই থুন্দ্ধৎপা ডমদবগুম্ন তোই— অহুয়ৌনা শেগায়বা ঙম্নায়না থিংগায়বা ডমদবা কন্নবা ওয়ামফক ফুরিৎ অমনা মাগী থম্মোইগী বৃত্তি পুম্নমকপু কুপশিন্দুনা থমথ্রবা জাৎনি।

সনাশগাইগী মথক্তা ডাম্ভোয়হনা নিংথৌরেন অতিরথনা লেংদ্রবা মিংয়েংনা জগোই-ঈশৈন বাদ্য যন্ত্রনা হুড়াই ঈথক হৌংবা সন্ধ্যাগী কুইম্নবু কয়ারকহম্না উথ্রবনি। খুথেক-শাথেক নিংথিরবী জগোই-শাবীশিংগী কামগী লীকং-ডমজরবা পীতুম অনিগী জগোইনা ভাবোক হমুনা কয়ামুক্কী থম্মোইশিং নৈতন্নুদা পংহনথ্রবনি। কনাকনাগুম্বা ভাবোকশিংনা মঙকশমদা শিরিব। শিজকুসুমগী পরেং মথুংনা লৌথোক্তুনা জগোইশাবীশিংগী সনাথোক্‌জিন লৈতেংলিবা মথোংতা লংশিল্লগা মুংডাইবনা মশাশিংবু মইথ্রাল্লে খঙ্গরিবনি। মমিংবী পৈরপয়েংথোরকপা মিংয়েংনা মীশুদ্ধৎপ ডম্নবী লৈশাবী জগোই শাবীশিংগী মচিম্বালগী চিদাই অনিদগী কাপথোরকপা মীনোকমঙাল উজবদা মৎ-ময়াই কাখিহনা মপুক্লিং ফাকহম্বা ডমজখিদ্রবা কনাগুম্বা চহী ময়াইচল্লবা ভাবোকনা মকোক্তা থেংলিবা মনিগী লৈতেং লৌথোক্তুনা জগোইশাবীশিংগী মথোংদা লংশিনগদৌগী য়াম্না

লাংতক্পনা ঙাইনা লৈখ্রবনি। শয়াংনা নিংদূয়রবী জগোঈশাবীশিগী শমজিদগী নাম্বোরক্পা লৈরাংশিংবু ইফিং ফিংনা মপাম্বোম্ তিংথো-ক্তুনা মথুৎনা লোথংলে হায়রগা মকোকী কোয়েন্ত্রা থেক্সিঞ্জরগা হরাও-মনখিহনা ময়া ইকা কানা লৈবা পাথং ভাবোক কয়ামম্ভ য়াওরিবনি। মথোয়শিংদূ উরুরগা ঙক্লহনা য়েংই অভিরথ; খল্লি, কয়ালাইনা করিস্থলৈতবা পোৎ অমগী অপাম্বনা অপংবা ওয়হনা মশাবু মশানা য়োম্বোক্লরিবনো ?

জগোঈ শাকমসভাগী মাইকৈ মরিমক্ত মথল মথাগী ধাতু-পাত্র-দগী মুংশিমনম চেল্লবা ধূপকী মৈখু মরৈ মরৈ কাথৎলি। সনাগী চৈথোকমতোন্দা ঘীগী বর্তি চাক্লি; মণ্ডলীমমুংদা থেৎলিবা লৈরাং চরোংদগী ফোদোরকপা মুংশি মনম্না মুংশিৎপু লাংতক্লহল্লি। ঙসিগী সন্ধ্যাসিগী কুম্মৈ উৎলগদোরী রাজাদূগী জগোইশাবী লুচিংবী পিঙ্গলা দেবী ইবেম্মনা।

অভিরথকী ম ্রুক্লিংদা অঙাইবগী ওয়াখল লৈতে, উগনি য়েংগনি থন্দুনা মুংঙাইঈরাংগী ঈথক হৌবম্ভ লৈতে লাকদোরে হায়-হুনা লাংতক্লবগী চৈথানা তনিক তনিক্-পম্ভ লৈতে। মহাক্তি য়াম্না অওয়াংবদা থোয়না অথাপ্পদা মথওয়াই থাদোখ্রগা মুমিৎথদিংগী কুম্মৈ য়েংলিবগী য়েংলিবা হায়বগী ওয়াখল পুরহনা আসন্দা ফম্না লৈরিমাল্লে।

রাজ্যগী মীপুম-খুদিংমক্পা নিংথিজনা থাজৈ, অভিরথ হায়বা নিংথোসে অতোপ্পা নিংথৌশিংদগী তোপতোপ্পা লৈরিবনি হায়হনা। চীম্নুংদা নত্তে, উথুংদা নত্তে, লোক্লুংদা নত্তে,—অপান মুংশিনা কুপ্পবা সংসারসিদা লৈরগম্ভ অমদি মপানলৈতবা লনগী শককী, পাজলগী অমদি যৌবনগী মপু ওয়রগম্ভ অভিরথ নিংথৌগী মপুক্লিংবুদি নোংমত্তা গীম্ভ ঙাইহাক্লংগী মীকুপ অমতংগীম্ভ সংসারগী মায়াগী ময়াইনা শোন্দহন্না, পংশিলহন্না অমদি ঙুঙ্কৎপা ঙমখিদে। ভাবোকশিং-হুনা অভিরথ নিংথৌগী সনামাংদা লৈশি লৈথোক্লরি, অভিনন্দন ককরি—

হে নিংথৌরেন অতিরথ, বনদা লৈবা, লুংশিং চিঙ্গাক ওয়বা, উকুক্কি-জেন্নবা অমদি কল্লবা ব্রত ঙাক্লিবা মুনি ঋষিশিংগী বৈরাগ্য ভাবতগী সু নহাক্কী সংসারগী ময়ানা লুম্মংপা ঙমদবা মতৌ অসিনা শরুক লিশি -মহেন্না মগুন চাউখ্রবনি । পৃথিবীগী খৌরাংবা পুন্নমক্কী মনাক্তা য়াম-নক্লা লৈরিবা অতিরথ নিংথৌরেম্নি, অদুবু মাগী মপুক্লিংদি খৌরাংবা পুন্নমক্তগী থাপ্পা লৈখ্রবনি। নিংথৌমচানূপী কয়া কয়াগী স্বয়ম্বরদা য়াওননবা বার্ত্তোমলাখ্রবনি, বার্ত্তোনশিংদু লৌদনদি তোকতে অতিরথ, অদুবু লৈরাংপরেং ফভুগে হারবগী ওয়াথলনা নত্তে, কুম্মৈয়েংবা ভাবোক অমগী মতৌগুম্না মহাকম্ম রাজকুমারীশিংগী স্বয়ম্বর সভাদা য়াওরুবদনি। মশাবু মশানা অসিগুম্না হস্তুন অমদি ইচম্চম্না থম্বা ওম্লিবা অতিরথ নিংথৌনি।

স্বয়ম্বর সভাদা ফয়্গা ইচমচম্বা ভাবোক অমগী মতৌগুম্না মহাকম্ম য়েংহুনা লৈ—বরমাল্য মখুংনিদা পায়্হুনা শকহেল্লবী রাজকুমারীনা মাগী মমাংদা তেক য়োরকপদা চঙক্লরবা মপুক্লিংগী লাংতক্লরব ফিভম্মু থিংজগে খন্দুনা খংলেপলেপ্পা লৈখিবদো। মমিং তরাউ তরাউরবী রাজকুমারীদুগী ইংলবা মিংয়েংগী খংহৌদনা খৌরাংবা পোকখিবদুম্মু অতিরথ নিংথৌনা নিংথিজনা খ ই। পিক্লবা নোংশামপী অমনা ঙাইহাক্তুংগী ওয়না কুমারীদুগী মথাবাক্কী পারবা ইনাফিত লেংলেং তৌগল্লমহৌনা সভাগী লুংশিংকা অমত্তা ওয়না তিনখিবদুম্ম অতিরথ নিংথৌনা খংদবা নত্তে। খৌরাংব পক্তুরবা মিংয়েংনা য়েংই অতিরথনা কুমারীদগী মাইকৈদা; কুমারীদুনা মপুক্লিংদা খল্লি লুংগী লাই অমা মাগী মমাংদা লৈরে হায়হুনা।—কনখ্রবা থস্থাই অমদি চেংথবা ওয়াশক্কি লাইনি। নিক্লি নিক্লি তৌবা মখুংনা বরমাল্য পায়হুনা অতোপ্পা নিংথৌশিংগী মাইকৈদা তবিং তবিং চংখি কুমারীদো। লাংশিল্লবা মাইথোং, শুম্লংদা য়েংলবা মিংয়েং তয়াং তশোইরবা পুক্লিং অমদি তরোই-তরোইরবা মশাদু পুরহুনা তল্লবা মথোং অনিনা তপ্লি তপ্লি চংহুনা অতোপ্পা নিংথৌমগী মমাংদা লেপ্পুই

কুমারীদো ।

ঙসিফাওবসু কনাগুম্বী কুমারীগী মকমদা মাগী থম্মোই কৎনিংউবগী ওয়াখল পোকত্রি অতিরথ নিংথৌগী মানা শল্লদে, অনৃক-তরাই-তরাইনা মীচম্মা তৌগদবা থৌদৌ তৌগে হায়না ।

অতুদগীদি মাগী অতনা অতম ফই হায়না খল্লি; মতগী মুংঙাই-বমশু লৈরি মহাক্কী। পান্দমনিংঙাই লৈতব মশক অমদি যৌবন্নলেতেং ওয়রিবা অতিরথ মহাক্কী নিপামথোকপগী নাপল মশাদা অমদি ওয়াখলদা পুরক্লুনা বরমাল্য মখুত্তা পায়রিবী কুমারীশিংগী মমিং অনিনা নোঞ্জনা খংহঞ্জববু নিংনবগী নিংথিজবা লাই অমগী মূর্তিগুম্মা থৌওয় দনা লৈথোকপা অতিরথকী মতৌ অতুমক্তি চীংক্লংগী দেবদারু পামেল্না মকোকওয়াংনা হাইগত্তুনা মাগী মথোংদা নিন থোংনা চেল্লিবী তুরেল মচাবু থৌওয়দনা য়েংবদুগা পান্দম্নবা য়াগনি। ক্লংঙাইবা লৈরি— অতুগুম্বা জবালৈকা ঙমজবা নৃপীচয়ালগী নাপন পুম্নমকপু নঙ্কাংপদা, কাজলথাত্তুনা নিংথিবগী লৈথেং তাপকৎলবা নৃপীমমিংশিংগী থোরাং পুম্নমকপু থো ঈশা শাদনা য়েংথোকপদা, কায়ময়াই কারবা পীগুম্না নিপাথম্মোই গুঞ্জা নিংতুনা ভঙ্গমা উংলকপা থিবিকপু মতুং-মক্লংদা নোক্লবদা। মহাক্কী আকাঙ্ক্ষা অমদি থম্মোইগী বৃত্তি পুম্নমকপু লাইগী থম্মোই অমগা নাপল অমনা কুপশিন্দুনা ঙাকথোক্লম তৌরক্লুনা মাগী হুকচাং অতুমক্তি য়াম্না ওয়াংলবা সনাশগাইতুগী মথক্তা নুংগী-মূর্তিগুম্মা পমগৎবনি ।

সংসার অসিগী কনাগুম্বী প্রেমিকা অমগী মফমদা হায়ক্লনোঞ্জগে হায়বগী ওয়াথল্ন অতুগুম্না ওয়াংলবা নাপলগী লোক অতুদগী কুমথরক্কদবা লৈত্রবনি মাগী থম্মোই অদো। মশক অমদি যৌবন্ন চংথোম্ন লৈরব অতিরথ নিংথৌ অসিমক্তি কনাগুম্বী শকতেগী অমগী মশক পামজত্তুনা মমাংদা পূজারী অমগুম্না মথুৎলোম্নত্নুনা লৈবা হৈনথি-ত্রবনি ।

তপস্বিনী লাইনিংবীনা মাগী লৈজব অমদি নিংজবা পুম্নমক

কচ্ছরক্তুমা অহিং-ঙ্গুংখিং কাংদনা মানা নিংজরিবা দেবতাত্তুগী মনাক্তদা লৈজববু প.মজবগুম্না কনাগুম্বী শকহেন্বী অমনা পৃথিবীসিগী থাপ্লবা ঙমখৈগী চীক্লবা মকমদা লৈরে হায়রগা অতিরথ মহাক্কী যৌবন মথোং কারবা পুন্সিগী অনিংবা পুন্নমকপু মাগী ওয়াখলনা অমদি মমংনা কৌরিমাল্লে হায়না খল্লুরগদি অতিরথকী থম্মোইদা য়াম্না ঙ্গুংঙাংবগী ঈথক হোই।

অংবু, অত্তুগুম্বী নূপীদি সংসারদা কনা লৈরমগনি? লেতসন্থ, অত্তুওয়রবস্ম অত্তুগুম্লবী ইরাই-লাইদ্রবী প্রেমলাইনিংবী প্রেমিকা অমগী শক্তম্ব মাগী ভাবনা শাজন্দুনা য়েংনিংই অতিরথনা; অত্তুগা মশাবুনা লাইন লাংঙমদ্রবা লাইগুম্না মীনা খংলরোয়দবা থথদা লাম্থ ফংল রোয়দবা মকমদা থম্লগা নু ঙাইনিংই।

খুদক্কুদা খংহৌননা সভা অদু নুংশিমনম্না থুক্সংখি, নূপুরগী নুংশিমল্লিন্না ইনিন্নিনখি। জগোইশাবীলুচিংবী পিঙ্গলা চংশিনলক্লে।

ইরং-লংনা হায়দরিবা মনিগী লিক্লাংপরেংননিং থিহল্লবা থবাক, জাচন্দন্ন য়েক-তৈত্তনা মনমনুংশিতল্লবা খদাং, সমুদ্রগী ঈশিংন চামথোক্লবা পুহাল-অঙাংবগী পাংথক ওয়বা মচিগাল, ফুগাইনা শাত্তোক্লবা থম্বালগম্না থোংলবা মথোং, কপূর কস্তুরী তৈংতুনা নুংশিংল্লবা খোরী, আতর গোলাপকী মচু ঙমজংবা খজাই, অমদি কাজল থারত্তুনা মুহল্লবা মাংহৎ অনিমক্কী মপু ওয়রিবী জগোঈ শাবীগী ফয়েল ফম্মবী পিঙ্গলানা মাগী কস্তুরী মনম্ন-হারবা শারী অপাবত্তুগী ফিজি-ফিবানশিংগু হায়গুম্নত্তুনা, নিংথিজনা পুল্লবা শমজিদা কুপ্লিবা মুক্তাগী শমজিকুপ অদু লেং-লেং তৌগন্দুনা, অমদি মনিমুক্তাগী লৈতেং পুন্নমক ঝিং ঝিং লাওংন্দুনা চৈরাংন কোঈশিল্লিবা জগোঈ শাফমংগী ময়াইচবুক-মক্তদা লেপ্লরে।

সভাগী মাইকৈ অমরোমদা ফম্নস্নিবা বাত্তগম্ব সুরযন্ত্র য়ৈব-থোংবা কাংলুপকী মরক্তগী তুম্মুত্তুনা অমদি মরোল থোক্তনা লৈরম্নিবা যন্ত্র পুন্নমক খংহৌদনা মিংকপ থোকখিত্তুনা য়াম্না চিনকম্বা ওয়না

চোংথোরকই । বীনা বিপঞ্চি বাঁশী পুং ঝাল মন্দিরাশিংনি। ভাবোক পুন্নমক্কী মংক্লিং অগুকপগী মতৌগুম্না লাংতক্কবা ওয়খি। অদুবু অশুম্না উবা ফংখি,—মুংঙাই ইরাংন থুম্বা কুম্মৈ মক্কমসিগী লাংতক্কবা পুন্নমক্কী মরক্তদা লেংব্রবা অমসুং ফিঙ্গত্রবা শক্তম পুরক্তুনা লেপ্তুনা লৈরি পিঙ্গলা দেবী, অমদি থংম্মোইপান্দবা ষুংগীমূর্তিগুম্না লেংব্রবা শক্তম অমদি তংক্কবা মিংয়েং পুংদুনা সনাশগাইংথত্তা ভাম্থোয়দুনা লৈরি নিংথেংরেন অতিরথ।

পিঙ্গলাগী থম্মোংজাক্কী মিয়েং-ঙমজবা মিংয়েংদো থংহোদনা অতিরথ নিংথৌগী মাইথোংতম্না পাইশিনখি, তৌজিক্তা শাত্তোরক্লিবা থম্বাল লৈরাংগী মাইকৈদা চরাম্নবা খোইমুগুম্না। মতম ইথিন থিন্দনা জগোই শাকমগী লৈরাংগী মগুলীদু লাম্থোক্লত্নুনা মুংশি ওয়াথলনা মশা লুমথরবী কাংতা অমোমগী মতৌগুম্না তপ্লপ্ল খো থাংনা চংশিন্দুনা অতিরথ মহারাজগী সমামাংদা লেপথি শকহেল্লবী পিঙ্গলা। অতিরথনা অগুকপগা লোয়ননা মিংচীনা পৈরপ য়েংথোরকই পিঙ্গলাদা মতমদুদা লাপ্তক্লা ফম্লিবা ভাবোকশিংনা অশুয় থম্নখি—নিংথৌগী সনা-চরন্দা শ্রদ্ধা কস্তগে হায়বগী দমক রাজধানীগী জগোইশাবী লুচিংবী পিঙ্গলা নিংথৌগী সনামাংদা লেপ্লুরিবনি।

অতিরথ নিংথৌনা শাত্তরপ্পা হায়—নিংথৌগী য়াথং ফংদনা নিংথৌগী মনাক্তা চংলকপদি করিগীনো ইবেম্মা পিঙ্গলা?

—নিংথৌগী সভাদা জগোই উৎনবগী নিমন্ত্রণ তৌখিগবনিনা নিংথৌগী মাক্তা চংনবগী য়াথংমু খাবীরো ঈনিংথৌ।

—মরম থংদনদি য়াথংথাব ঙম্মোই থোয়চংনবী

—ঐনা য়েংজনিংববু য়েংজগে. ঐনা খুরুমজনি বদা ঐগী পুক্লিংনা পামজবা থহজ্জগে থজরি মহারাজ।

—নংনা য়েংনিংইবদি করিনিনা?

—ইবুঙো নহাক্কী নৌন-পুন্দোয়ক্লবা মুমিংকুম্না নিংখিজবা মাইথোংগী কান্তি মগালুনি। ঙসিদি ঐগী ঈমিংকী নিংনকম ওয়বা ইবুঙো নহাক্কী

থাইখোংহুমকপু ঐগী মিংপান্দা পুশিন্দুনা য়েংজগে, মচুমক্তি অতুক কুইবসে লাংদা উজখ্রবনি।

—অদুগা, নংনা হায়নিংবদি করিনো?

—ননাই ঐসে নহাক্কী প্রেম পামজবী প্রেমিকা অমনি, ঐহাক অসি মক্তি মিচৈ ফংলবী পাতালগী নুপীগুম্না নহাক্কী প্রেমজগৎকী থাপ্লবা লমদমদা লৈজগ্রবানি, ফুংশিজবা মীশক্তুগী থৌজানবগী বার্তোন ফংদ্রবদি অনুরাগ্গী লৈক অমম্থং প্রেমগা লৈতী অমত্তা ঐগী নুপী থম্মোই-লৈকোননী চিল্লবা মফমদা লৈরিবা খৌরাংবগী পোমশাংনবা লৈরাংসিদা ওয়াহ্রবস্থু ফুংশিনাক্তা চংনবগী অধিকার ফংজহন্বীনি। ঐগী ঈমিৎ অনিমক্তা নিংজগদবা লাই হাবদা—ইবুঙো-নহাক্কুনি। ঐগী হিপ্ফমকাগী খোংনাউদগী উজখ্রে, শগোলথক্তা তাস্তোয়রিবা নহাক্কী অকন্দ শক্তম, য়েক্লবশিংবু নৈহংকে হায়বগীদমক মাংদা চেনশিন চোওাশিন্নরিবা লান্মীলিশিংগী লুচিংবা ওয়তুনা নহাক্তা লেংবিবা মতমদা। অসিমস্থু থঞ্জরম্মি, ঐগী ইওক্কী ফুংশিবা লৈরাংগী ফজবা পরেংসিবু নতমবাক্তা লংশল্লশিনা। উজরাম্ম, লম্বী লয়োং থুদিংদা নহাক্ত দান তৌবিরম্বা, নিডবশিগী মফমদা অওয়া-লৈতওয়াখলনা ফিরোল সনা নুপা, অমদি চেং ফো দান তৌদুনা নহাক্তা লেংবিরম্বা। থঞ্জংম্মি, চেনশিন্দুনা নমাদা ভিক্কানিবী ওম্না লেপচগে, অদুগা হায়জগে—প্রেম পীবিদুনা ঐবু পেন্দহনশিনু হে পম্বালমচু ওমজবা মহারাজ, অতৈ অতোপ্পা কনিমতা পামদ্রদে

অতিরথ নিংথৌনা হায়—নওপা তাবদা ফুংডাইদ ইবেম্মা। পিঙ্গলানা হায়—নিংথৌবেন অতিরথকী মফমদগী থৌজান অপিশক অমতংদি ফংজগে নিংজরি।

অতিরথ—হায়য়ু, করি হায়নিংবগে?

পিঙ্গলা—ওসিসে জগোঙ্গশাব অমম্থং ঈশৈ-শকপা তোকহন্দীরে—অসিনি নিজরিবা।

নীওম গুকই অতিরথ—করিগীনো?

—ভসি ঐগী পুক্নি·না খল্লি—ক্ষুগাইনা শাত্তোক্লব। ঐগী খৌগাংলবা ঈমিৎ অনিমক নিংথিনা পাংথোক্কুনা কুপ্পবা মিংয়েংনা নহাক্কী মাই-থোং·মিংশেলগী মমিবু ইপুক্নিংপেন্ন .য়ংজগে। ভসিদি অসিমস্তু নিং-ঙন্নি—থাংশাং পায়বদা কনশিন্দুনা তংলবা নহাকী পুন্নুমতাব পাম্বোম অনিমক্তো পিঙ্গলা ঐহাক্কী ইওকশমগী অমৃতবু পেন্ন থক্লতুনা থম্বাল লৈনাগুন্না থোংপা ওয়্যরসন্নু।

অমুক্কস্ন মমিৎ-থালা য়েংই অতিরথ—হায়গৎপী, নশক শান্দোক্কুনা চাবী নংসে য়াম্না লমকেং লমহাইবীনিহৈ।

পিঙ্গলা—অসিদি ঐগী ঈহৌশাগীনি। কামকোন্নুংদলৈবী. মহু-ময়াইকন্বী, চিম্বাল খোইথুম্নবী নূপী ঐগাক্নি। ঈপুক্নিং তারুবা মীশক্কু ইনাক্কা কৌশিম্বগী অধিকার ঐগী চংথোল্নবা লৈরিবানি।

অতিরথ অঙকপনা শুক্কাৎপি।—নংগী অধিকার লৈ হায়বকো ?

পিঙ্গলা নিংথৌ নশামক্কা অধিকা·দুবু ঐভোন্দা পীবিবনি ঈনি·থৌ। নোাকফেং তৌদুনা অমম্ন করেম্নব-পল্লব·থোম্বোক্না নিংথৌনা চায়—মশা ললোন্দুনা জীবিকা ওয়বনা স সারগী মিংয়েংগী মমাংদা হন্থন লৈরিবী নূপীমনা তরাম্না কৌজববু করেম্নবগা লোয়ননা কম্থোকপগী আধিকারস্নু থাইগী লৈরিবনি, অসিগুম্বা অবেপ্পা ওয়াফমসি কাও-থোক্কে হায়না থল্লুগম্ন লৌনম-লৌশিং শিংলবী জগোঙ্গশাবী।

পিঙ্গলাগী মচিম্বলদা পিক্লবা নোক্নিংবগী মঙাল অপিশক অম। থরখোইরপ্পা উবা ফংই—থৌওয়দনা য়েংনবগী মপাঙ্গলবু থ্বাইমক্কী লৈরিত্রা?

শাওনিংবনা শাগৎলবা খোম্থোক্না অতিরথনা হায়—কৌনবগী মপাঙ্গলস্নু থ্বাইমক্কী। লৈরিত্রা জগোঙ্গন-জীবিকা ওয়বী নূপী?

পিঙ্গলাগী তরাও তরাওবা মমিং অনিমক্কা থংহৌদনা থপ্পক্লবা নোংথাং অমনা জগোঙ্গ শাবগুম্না তৌখি। পৃথিবীসিগী নিপাথোকপগী ওম্নাংলবা নাপল অমনা হৌরবা খোঞ্জেল্না ওম্নাহংলি—জগোঙ্গশাবী পিঙ্গলাগী মীনোক-মিৎয়েং-জগোঙ্গদা অমদি মীকৌদা প্রেমিক অমবু

মনাক্তা কৌশিংগী মপাঙ্গলবু লোক্তুনা লৈরিবমক্রা ? ওয়াহংগী মতুংদা ওয়াংগী মশা থোরক্লে,—নৌনহৌরক্লবা নোংগী থম্মোইঙ্গংগী হরাওববু নো থাংনা মঙালপীবা ঙমগদোরিব্রা ? পিঙ্গলাগী নাপল নপ্পবা থাজবসিগী লুরবা লোক্লুংদা মমাই লোৎন লৈরগা ওয়াহংশিংনা মথোল ইথোক থোক্তনা নোকপগুম্না তৌরি। কেতকী লৈরিক্লা তরাম্না কৌরবদবু ওয়াওয় থৌওম্নদনা লৈথোক্তদৌরিব্রা খোইহী খৌরাং বনা খৌগংলবা খোংমুনবু ? পূর্ণিমাগী থাজনা কৌরগবু নোইন কেবী চেক্লানবু থৌশাদনা লৈদৌরিব্রা ? কোঙ্গোলগা লোয়নবা তুরেল-ঈশিংগী মুংশিংমীনোক তারগবু অতিয়াদা পাইরিবা কাংঙানা কুম্মকলোইদ্রা ঈথক্কী আলিঙ্গনবু মহাবাক্তা ওকচগে থন্দুনা ?

তুমিন্ন লৈরিবী পিঙ্গলাগী থোইরপতৌবা পীগুম উরিগী থর থোইরপ তৌবা ওয়াখল অমনা অতিরথ নিংথৌগী নিপাথোক্পগী নাপল নপ্পবা ওয়াহংবু মথোল ইথোক থোকহন্দনা নোক্লগুম্না তৌরি। কৌনবগী মপাঙ্গল লৈব্রা, লৈতব্রা ? জগোঈ সভাগী সন্ধ্যাগী কুম্মৈ ঙসিদা মমেক্কী খুদম থংহল্লগে থন্দুনা থবাংজেৎমচি লাংশিল্লি থবাংজেংলবী অমম্বুং কামদেবগী অনিগুণী লোয়নবীগুম্বী পিঙ্গালাদো।

নিংথৌ অতিরথনা য়াথং তৌই—নথৌদাং পাংথোক্লবা তৌরো নশা তনৌরবী ইবেম্মা। ঈশৈনা অমদি জগোঈনা ঙসিগী সন্ধ্যাগী কুম্মৈসি মপুং ফাহল্লে।

লৈরাংন-মগুলী ওয়রিবা জগোঈশাফমগী ময়াইদা চংশিন্দুনা লেপ্লি পিঙ্গলা। নোংঙাল্লকপগী হৌজিক্তা য়াকইরক্লবা চেক্লশিংনা থোংলকপগী মতৌগুম্না পিঙ্গলাগী খোংজীদগী থংহৌদনা মুংশিং খোঙ্গেল হৌরকই। পাম্বোম্ খুৎহাই নিংথিনা, মঙক্কী লিক্লাং পরেং লেংলেং তৌহল্লা, কামগী থম্মোই মহী ওয়না চেম্থহল্লা গুম্বা মিংয়েংন য়েংনা, অমদি মাইথোং-থাজগী থাবল্লনা সভা ঙালহল্লনা রত্নগী লৈতেং শিংনা মশক নৌহল্লবী পিঙ্গলা জগোই শাগৎপা হৌই। য়ৈরিবা কাংলুপকী—হৈশিংলবা মথুংকী নৌরবা খুংশাচরোং মতোম্না থংপদা

বাদ্যযন্ত্র পুন্নমক্কী থবা ঙ্গী তাল সয়ত্তিন্নরবা মৃদংশিখোল হৌরক্লুনা সভা অদো পুলনিন নিনখি, তালগী তত্থিচুননা পিঙ্গলানা জগোঈ খোংথাং হাপ্তুনা খুৎকী খুথেক্লে, হকচাংগী নোঙ্ম হায়বা শাথেক্লে, তুংয়ান মপোপ লৈবনে থেকৃপনে জগোঈ শারক পত্থদদি ভাবোক পুন্নমক্কী মিৎয়েংশিংদো পিঙ্গলাদগী চিংশিল্লকপা ঙমখিদে, চিত্রবোৎকুয়া মমিং-কুপ্পলৈত্তনা য়েংন লৈখি অতিরথ নিংথৌগু।

অমৃতগুম্না থুম্লবা থনাউগী মপু ওয়রিবী অমগুং কিন্নরীগুম্না মথোল ফরবী পিঙ্গলাগী স্বোর—খোস্থোকশিংচুদা খোল্লৈ হাপ্তুনা মুর্ছামাগী খোনিক্কা মাগী ওয়াখল্লনথল্লবা থম্মোইগী মীকৌফোংদোকই। ঈশিংন চাংজোচোল্লবী তুরেলগী মপান্দা ঈশিং খৌরাংলবা লমচৎপা কয়ামুক চৎনরিবনি, নথোক্তদি করিগী থাপ্পা লৈথোক্লিবগে? নমিৎ তাংবদি নত্রগা করিগী উদবগে, 'নাপংবদি নত্রগা করিগী তাদবগে, কীগম্বা নত্রগা করিগী কীরিবগে? লাক্লো, ময়ামগা লোয়ননা নহাকস্থ ইনাক্কা লাক্লো; চংখোল্লবা যৌবনগী ঈচেল চেল্লিবী পিঙ্গলা তুরেলগী তোর্বান্দা লেপ্পরো। ঈথক ঈপোম্ন লৈতেংলবী তুরেলগী ঈশিং-শোক্লিংবশিংগা লোয়ননা পরেং লেংলিবশিংগী লেংদা লেপ্পরো।

ঈশৈ-শকপা লেপ্পি। জগোঈ ঈথক্কা লোয়নন তাউমিন্নরুবী হকচাং-উরীগী মংকাতুনা হায়হুয়বত্থবু ফাজল্লে পিঙ্গলা। খোঙ্গল্লবী কিঙ্কিনীপরেংন লৈতেংলিবা চেংলবা খৎতাংচুদা লৈহাউ অপোন্দভম্বা খুৎশা চয়োংনা শৌরত্তুনা মিৎচীনা অতিরথ নিংথৌগী মাইথোং য়েংহুনা লৈখি পিঙ্গলা।

অতিরথ নিংথৌগী মচিন্বাল অনিমক্কা থয়াক্লনা করেন্নবগী মীনোক অমা উথি। শেললৌত্তুনা, মশার্ললোম্দুনা মশক-শান্দোক্লুনা অমদি য়ুমথোংখুদিংচত্তুনা জগোঈশাত্তুনা, জীবিকা ওয়রিবী মহাক্কী মীকৌ অসিদা করম্বা শক্তিস্থ পক্তে, অত্থগুম্বা শক্তি অদুনা অতিরথ নিংথৌগী থম্মোঈগী চেৎলবা ওয়াশকপু লৈংহম্বা অমম্বুং নৌমহম্বা ঙমগদৌবা। মরম নিংথিজনা থংদবগী অরম্বা পিঙ্গলানা শৈরাম্নবা লম্বীদা চংকে

ছোংনরুবনি ।

মমাই লৈথোক্লনা মাইকৈ অমরোমদা য়েংই পিঙ্গলা। মিংকুপ অমগীদমক করিনোমা থল্লরগা অমুক্কা শাজোন তৌখংলি। মাগী জগোঈ-অমদি ঈশৈগী মনিমা সভাশংদো পুমনিন-নিনখি। কৌরি সন্ধ্যাগী নিকুঞ্জনা; ঈশৈপুম্নমক্কী অথোইবা অমদি সুংশি থোয়বা পুম্নমককী অহেস্বা ওয়হুনা লাক্লো সুংশিলৈনম হুগল্লবা মথা মাইকৈগী মালংবা নিকুঞ্জসিগী লৈশাং থমথেংন-শাংলবা লৈরাং-শিংগী থোংলবা চিম্বালগী অমৃতশিংসে থরাইগী খুদোল ওয়না থম্লিবনি, অদুবু চিম্বাল অসিমক্তি তশেংনা নহাককীনি।

ঈশৈ শকপা লেপই পিঙ্গলা। মথদাংদা য়েকৃইবা জাচন্দোন চামথোকথে মমাইগী হুমাংনা। চোকথরবা মাগী ডুং ডুং চোংলিবা মথ্বাক্তু নেস্কাল্লগা খোৌরাংবা মিংয়েংনা অতিরথকী মাইথোং য়েংই পিঙ্গলা।

নোকক্কেং তোই অতিরথ। জগোইশাবীগী মীকৌনা হায়জবহুবু করেম্নবগী মচিল-পারবা থাংশাংনা মচেং মচেং শোয়দংলে হায়রগা পুক্লিং লাংতক্লদনা য়েংহুনা লৈথোকই অতিরথ।

মমাই লুকথহনা লেপই পিঙ্গলা, মাগী শমজি কোমপরক্লে, লৈতেং লাকথরক্লে। নুংগী মূর্ত্তিমগী মফমদা শিজকুসুম লৈরাংগুম্না মশাথোং-লবী শকহেন্বী নূপীমগী খোৌরাংবনা অরেম্বদা হন্ন হন্ন হায়জবা হায়বত্ত থোক্লে। অওয়বমককী ওয়না মাগী মীকোদা মপাঙ্গল পক্তবরা? নত্রগা, মাগী মীকৌহুম্নী মরোন্দা হন্ন হন্না অরাম্বা য়াওথরবরা অদুবু অরাম্বদি কদাই?

সনাচৈথোককী মতোন্দা থাওমৈ ভাল্লি—মৈশা অমস্তুং মণ্ডালগী মৈরা অমনি। থল্লি পিঙ্গলানা, মৈরাহুগী মথক্তা লিক্লাং পরেংন লৈতেংলিবা মাগী থোংলবা থবাক অদু মৈচাক ওয়ল্লশিরা, মাগী অরাম্বপুম্বা খুদক্তুদা তুম চাকথোকথসনু হায়বগুম্না। নিংজথরবা মীশক্তুবু মাগীনি হায়না ফংজখিদ্রে, ওস্তোক্লা থাংগুমদবনিকো

অসিগুম্না মাইথীবা ফংবনা ঈকাইপীবগী চৈথাসিদি। অসিগুম্বা মীনোক-মিংম্নেং-মীকৌ অমদি শাম্তং-শাখেক শানোম পুম্নমকসিবু উকুলগী মফোলগুম্না মমল লৈখিদ্রবনিকো। কৌবগী মীকৌহৈতে, মপাঙ্গলসু য়াওদে, অসিগুম্বা তাথীবা ওয়াঙাংগী তাশোল্না মনাকো· চক্রদা থিম্ববু থাংচনা লৈদৌবগী শরুকপুদি শরক্তুদা মীয়াম মরক্তা শিদোকপনা হেন্ন। অফবা ওয়দনকো।

থংবা ঙমজদে পিঙ্গলানা, করমকাম্দা মশাগংহৌদনা মমিং অনিমক্তো প্রেম্নথুমখি হায়বদো। থাওমৈ-মৈরাদগী থোরক্লিবা মশেক মঙাল অচুনা মাগী থবাকম্নুংগী মরূমদা মতমকুইনা পুম্বিন্দুনা লৈরম্বা অমম্ব পুম্ববু চাক্লুরমাল্লে। মাগী মীকৌদা অরান্বা লোল য়াওখে হায়বচু থ·বা ঙমক্লে। কৈদৌঙৈদসু উথিদ্রিবা লম্বীদূ ঙসিদা মমিংনা উজবা ফংলে পিঙ্গল।।

অমুককা থোংজীদগী মখোল থোরকই। অমুককা ঈশৈ ইনিরা সভা পুমনিন-নিল্লি। পিঙ্গলানা মাগী থম্মোইগী অমৃত পুম্নমক তোংশিন্দুনা মুংশিংবা মীকৌনা কৌরকই।

পূর্ণিমা অহিংগী অতিয়া ঐহাক্লি, নহাক্লা পূর্ণিমাগী থাঙনি, থোকৃলম্বা থৌওয়ানমিচাক পুম্বা মুংথরে, নহাওদি অরেপ্পা ওয়না ঙাল্লিবনি। ঐগী থম্মোইগী অহাংবা মফমসিদা কনাসু লৈত্রবনি, লৈরিবদি নহাক্তনি। নহাক্লা ঐহাককী পুমঙুপ ঙুপ্লবা ঈরম্লি, নহাক্তনি ঐহাক্কী মতমলৈবথিবিক্কী লেংদ্রবা মরূপ। ঐহাককী পুন্সিগী নিংনলাঈনহাক্লা ওয়রিবনি, ঐগী পেন্নবগী পোংলমসু নহাক্লি। লেপ্পিররো ঐগী থম্মোই-নিকুঞ্জমন্দিরগী থোংজিন মপান্দা· হে ইবুঙো, নশা তনৌ-তনৌবা, খুরুম্নফম ওয়বা, অথোয়বা অতিথ অতিরথ অথৌবা।

ঈশৈ শকপা লোয়শিল্লে। জগোঈশাবী পিঙ্গলাগী চোকৃথরবা মথোং অনিগী থোংজি-মখোলচসু থাপ্পা চেল্লিবী তুরেলগী ঈরাও-খোলগুম্না অঙুম-ঙুম নেমথরকই, মতুংদদি অতৈ ইতা·তাখিদ্রে। জগোঈ শাকমগী ময়াইদা ইকক·ফকচন্না লেপই পিঙ্গলা, শূত্রংদা

য়েংলব মিৎয়েংনা য়েংই অতিরথ নিংথৌগী মাইথোংদা।

কালে স্বাগী মু শামৈশানা কাহংলবা থম্বালগী মতৌগুম্না আশা-ক ইথিবনা মকৃশিনখি পিঙ্গলাগী মাইথোং থম্বাল! উবা ফংই পিঙ্গলানা, নিংথৌরেন অতিরথ সনাশগাই-থক্তা অতুমক ভাম্থোয়হনা লৈরি—মশাদুদি নুংগী মূর্ত্তিঅমগুম্না অমদি রত্ননা শেম্লবা লংলবা, খৌরাংব-পক্তুবা মমিংকুম্না তৌই মনিং অনিহুদি।

কায়দ-কায়দ মমাংরোমদা চংশিল্লি অমম্বং লৈরাংগী মগুলী লাম্থোক্তুনা সনাশগাঈমনাক্তা লেপ্লুই পিঙ্গলা।

—নিংথৌরেন অতিরথ!

—হায়য়ু, নংনা হায়জগদবা করি ওয়াংলিবগে?

—লোয়না হায়জগে, অতৈ হায়নিংঙাই লৈক্তদ্রে।

ইবুঙোগী মফমদগী ওয়াশক অমতং ফংজগে।

খোইশাওবনা খোইহল্লবা পীশুম অনি শুগুক তৌরহনা অতিরথনা অশাওবগী স্বরনা হায়—জগোঙ্গশাবি?

মমিংকী পা-য়ুঙ্গাননা নিংথিবী, মিংলু-অনি মূরবী, নিংথিজবা পীশুমগী মপু ওয়রিবী; চাইরুং অনিদা শমজোয়শিংনা চোয়ন-চোয়না তারিবী, য়াত্ত ফজবী, শাত্তং শাথেক্ল পুক্লিং হুনবগী মশক ওয়রিবী অমদি হৌজিকমক্তি নি বকাইথিবগী ওয়াথল্না—ওয়ামনখিহুনা মমিং অনি প্রেম থুম্লবী পিঙ্গলানা মেংলবা থোঞ্জেল্না হায়জে—"হায়বিয়ু।"

অতিরথ—ইরাং-ইচু-খংলবী, ওয়াকৈ-ওয়াতা-ওয়াত্তবী, মীশুম্মং-লৌশিং-শিংলবী, কামকেলীরস খংলবী—অমদি ননিং-নথা তম্না পাল্লিবী পিঙ্গলা,—মৈথুগী মপেনা অতিয়াথক্তা মরৈ মরৈ কাখৎপা মতমদা নোংগী শক্তম ওয়না উরবস্থ নোংগোবী কোবী চেক্লাগী মপুক্লিং চিংশিন্থা ভমদবনি; শংলত্রা থোয়চংনবী।

শাজৈচারবা শাগুম্না অনাবা থাংব ভমত্রহুনা মমাইলুকথনা লেপই পিঙ্গলা।

নিংথৌ অতিরথনা ওয়াহংই—নংগী নংথৌদাং লোয়রেদনা?

—লোয়জরে মহারাজ।

—অতুওয়রবদি হৌজিক মুঙাইবগা লোয়ননা বিদায় ওয়রোদনা। সে-সে দক্ষিণা লৌজরো।

সনাগী শেম্পাকথয়া লুপা হাপ্তুনা মখুৎনা থাংগৎলে নিংথৌ, কৌশিল্লি —লৌজরো নংগী দক্ষিণা কলাবতী পিঙ্গলা। লেংত্রবা মিৎয়েংনা য়েই পিঙ্গলা।—অহুগুম্বা দক্ষিণা অদূনা ঐগী অপেম্বা ওয়গদবা নত্তে মহারাজ।

অতিরথ—করিগী নংগী অপেম্বা ওয়রোয়দৌবদি?

পিঙ্গলা—দক্ষিনাগী মথৌ তারোয় ঈনিংথৌ।

অতিরথ—অতুওয়রবদি করি পোৎ পাম্বগে? করম্বা দক্ষিণা ফংনিং-বগে?

পিঙ্গলা—ওয়াশকপীয়ু ঐগী ইফমদা, ঐনা নিজবা দক্ষিনা পীবিবদা সনামাইথোংদা মুংঙাইতবা উৎপীরোয় হায়দুনা। অঙকপগা লোয়ননা অতিরথনা হায়—নহাক্না অপাম্বা পোৎ সোয়দনা ফংগনি।

থৌরাংবা মিৎয়েংন য়েংতুনা থোংলবা খোম্থোক্না পিঙ্গলানা হায়—ঐগী সংকেতকুঞ্জদা নোংমা লেংবিরকপা—অসিগুম্বা দক্ষিনা পামজে। অশাওব-মৈশানা শারবা খোম্থোক্না অতিরথনা হায়—নতিকনপা চাদনা ঐঙোন্দা অপংথৌনা উৎপগী করি নতিক লৈবগে? ফাজল্লু নচিনগী চুপ্লি চিনকন্বী পিঙ্গলা।

মাগী শমজিদা কোয়রিবা মল্লিকা পরেংদু অতিরথ নিংথৌগী মখোংদা থোক লংশন্দুনা পিঙ্গলানা হায়, নহাকমক্কী প্রেম থম্বালগী খোইহী থৌরাংলবী খোইমু অমোম ঐহাক্কি; হায়জরি ঐহাক্না, লাকপীয়ু নোংমতংদি, মীনোক মীরাওখোল্লনা ইরাং-লাংলব মফম অসিগী অথিং-অপন্না অমদি ইকাই-অকীবা লৈরিবসিদগী য়াম্না থাপ্না শহরসিগী ওয়াংমদা কুশকী লৈরাংনা কুপশিন্না লম্পাক অমগী ওমখৈ লাম্থোক্লগা শামু- য়াথিন উমংগী চীং-তুরেল-মপান্দা উরি-কোনগী চিক্লবা মফমদা পিঙ্গলা ঐহাক্কী ইমাংদা অমুক্কংদি লাক্কুনা

লেপ্পীরো। কোম্বরকপা খথাইগী দ্বাদশী তিথিগী অহিং-অথেংবগী থাবলদা নূপীসিগী মাইথোং অমুক্তংদি য়েংবিরো, নূপীসিগী মচিল্‌না ঙাংইবসি লৌনম্বনি, লৌনম্বা নত্তে হায়বদো তাংদাংননা খংবিগনি। কামমৈশালাংলবী পিঙ্গলাগী হকচাং-উরিরৈগী মনাক্তা অনৌবা হৈনৌপাম্বীগী মতৌগুম্না নগাক্কী যৌবন-মথোৎ কারবা হকচাংগী কুচু-কুমেন কান্তি পুন্নমক্কা লোয়ননা ঙাইহাক্ত গী ঙাম্থোয়বীরো। য়েংবিরো, কৈস্মুলৈত্রবী নূজাসিগী পাম্থোম থম্বৌনা আলিঙ্গন পীবদা অমদি তয়াল অমুম্ব-ঙম্ব চিন্বাললনা নহাক্কী অধরামৃত পান তৌবদা নহাক্কী পুন্সি কুঞ্জগী থাজগী মঙাল্‌ন-ঙাল্লবা অহিং নোংজাই কয়ামুক্কী পুংফম পুন্নমকপু অতুক উইরুম তৌহম্বা য়াব্রা? অতিরথ তুকচবনা তার্শিল্লবা অতুগুম্বা খৌরাংবদি ঐগী খনাওদা লৈতে খংঙ্গো।

অতিরথকী ওয়াং তাবদা পীঙ্গলাগী মমিংকী পাশিংদো সন্ধ্যাগী ইকাইথবীগুম্না উইশিনখি; মখুৎ অনিমক্তা মমাই কুপশিন্দুনা থাংই পিঙ্গলা। অশাবনুংগী মপৈ অমদগী শিংলক্লবা অশাবা মুংশিংনা মমাইদা য়ৈররমাল্লে খল্লি। "অতোপ্পা করি হায়নিংবগে? হংই অতিরথনা পাউখুম পীখিদে পিঙ্গলানা।

অতিরথ—নংগী ওয়াঙাং লোয়থোক্লো নূপি।

খুবাক্ল-মমাই খুম্লিবী, হকচাং-নোঙ্গরপতৌম্বিবী পিঙ্গলাদো অতিরথকী ওয়াঙাং তাবদা অমুকহন্না অতিরথদা য়েংলকই নোংগী ঈরিনা য়ৈংংলবা থম্বালগী মতৌগুম্মি মাগী মাঈপোংথম্বালদো— মপীন চোংলবনি. মুংঙাইতবনা তেখৎত্রবনি।

—অরোইবগী মতৌগুম্না ঐনা হায়জগদবা খহঞ্জরগে।

—হায়য়ু।

—কলাকার পিঙ্গলাগী ঈশৈনা মহারাজগী ম্না-পুক্লিং পেলহম্বা ঙমজখিদ্রে; মরমসিনা হন্ন অমুক্তংদি খুদোংচবা পাঞ্জাগীদমক ম্নাচরন্দা নিজরি। ঐগী অরোইবগী ঈশৈসিনা মরম ওয়রতুনা ঐগী—অরোয়বগী নিংজবদো মহারাজদা খংহঞ্জগে খঞ্জরি।

—নংনা শক্কদোবা অরোয়বগী ঈশৈত্থ শক্লোদনা।
—ঙসিদি শকচররোম্ব, অত্থগা-অসিদস্থ নত্তে নিংথৌ।
—কদায়দনো?
—ঐগী স'কেত কুঞ্জদনি।
—তুম্নবা য়োংচিন্গী মতৌংদ্মা থোরবা মিংয়েংনা পিঙ্গলাগী মাইকেইদা য়েংশিল্লি অতিরথ। জগোঙ্গশাবী অমগী মীবু নমথাক তৌনবগী ঙমথৈলৈত্তন চিরোনহৈবা অমস্থং অইন্কস্বা মতৌত্থগা উরুরগা নিংথৌ অতিরথ ওস্থোক্লা ঙক্লে। পিঙ্গলাস্থ মমিংকুপ্প-লৈত্তনা অতিরথ নিংথৌগী মাইথোং য়েং'ই—পান্দম্নবা য়াবদি চৈথাচারবী লিল অমোম্মা মাঙোন্দা চৈথাপীরিবা মীত্থদা মঙক হাইগনুনা য়েংবগুম। অতিরথ মহারাজগী মশক অমস্থং যৌবনগী ওয়াখল পুম্নমকপ্ সনাগী শগাঙ্গ থক্তগী উকুলরক্তা চিংথত্থনা পুময়োৎ-য়োংশিল্লগে হায়বগী মতাংদ্মা চেৎনবা ওয়াশক অমনা ঙসি মমিং ইকুপ কুপ্তনা য়েংত্থনা লৈরিমাল্লে, অত্থওয়রবস্থ মাগী মমিং অনি দুদদি প্রেমিকা ওয়বী নূপীমগী মপীন-চোংলবা হায়জবগী মাইখুম্না খুল্লিবত্থদি হাইনিঙাইলৈত্তনা নিংথিজখি অমদি মুংনৌবগী থমথেংনা পোইথুম্নবা হায়বত্থ ওয়খি।

অতিরথ নিংথৌনা মিংয়েং হোংদোক্নুনা ঙাইহাক্তং করিনোনা থল্লি। মাগী মতোত্থ উবদা অস্থম্না খন্নবা য়ায়, মাগী পুন্সিগী লম্বীদা শৌ ওয়না থাক্কে খল্লিবী পিঙ্গালাগী শরৌ অসিবু ঙসিদি উফুলগী মফোল ওয়হন্নবগী লম্বী অমা থিরিমাল্লে।

থাপ্পা লৈবা লাইশংশিংদগী পুংথোলগা লোয়ননা আরতি ঈশৈগী স্থর মুশিত্তা তাওরত্থনা লাকই। থংহৌদনা পোইরুম মমোন তৌই অতিরথ, অমদি পিঙ্গলাদা তন্না য়েংশিনখি।

পিঙ্গলানা শুদ্ধৎপগী খোঞ্জেল্না কৌই মরূপ অথোয়বা অতিরথ।

অতিরথ—শকহেম্বী, থোগয়োনথংবী, ঐ সোয়দনা তাগনি নংগী শৈরোয়গী শৈশক্তে, নংগী অরোয়বগী ওয়না হায়জগদবদো। নংগী

সংকেত কুঞ্জদা ঐ সোয়দনা চৎকনিহৈ ইবেন্মা।

চৌঙ্‌কাংঙাগী মতৌগুন্না হন্নাওরবী পিঙ্গলা সভা থাদোক্তুনা থোকখি।

+ + +

কোম্বরকপা থথাইগী তরানিথোইনি কোম্বগী থাজগী পিক্লবা মঙালদা মশাচোকথরবী নোংজাই লাইরেম্বীনা কোল্লিবা অতিয়াদা অঙৌব নোংগী মতুম্‌-মতুম্‌ হৌরকই। মতমহুদা কোম্মুংগী দালান মন্নুংগী সনা কাংথোনথক্তা চেপ্পম্মিবা অতিরথ নিংথৌ অদো থংহৌদনা মিংকপ থোক্লক্তুনা ফমুংদগী লেংখৎলি, অমদি থোংনাউমনাক্তা লেংশিন্দুন লেপই। মহাক্তা উবা ফংখি, তরানিথোইনি কোম্বগী থাজ নোংচুপচীংগী মাইকৈ তয়ক্লে। মথোন্তা থাক্ল-থাক্ল নোকই অতিরথ। ওয়দবা ওয়াশক অমনা লৌনম্ববু নিংথিজনা লৌনম্বা ঙম্লে হায়না হন্নাওই। অহিংগী মমৈ ওয়রক্লে, নোংঙানগদৌবা য়ামশিল্লক্তে। তুম্ফমকাগী থাওমৈ মুন্থৎলে হায়গগা সনাকাংথোনথক্তা অমুক্তা তুমখুল হুনথিহুনা মুংঙাইবা মংগী রাজ্য অমগী নিংথৌ ওয়রি নিংথৌ অতিরথ।

থাপ্পবা শামুয়াথিন-উমংগী থাবল্‌না-থোগল্লিবা মুংশিৎশিংদা ধূপকী মুংশিবা মনম য়াওশিল্লক্তে, বর্ত্তিশিং চাক্লম্বহুস্ত লোয়না মুৎশিল্লক্লে। ঈফুৎ অমগী মপান্দা, উরিকোন অমগী চৌক্লবা মফমদা উনাগী ফিদামদা ফমহুনা অতিরথ নিংথৌনা লেংলকপগী থোংনিন তাগদৌগী লৈজরম্বী পিঙ্গলা ইবেন্মনি। উনা অকংবশিংনা থন্নলৈরিবা চৌঙ্‌লম্বীদা ঈচুপ্পীশিংনা চৎ চেন্নগী শ্রো-শ্রো লাউবা মখোলহু তারুবগা মাগী থবাকমুংগী শরুশিং শ্রু-শ্রু চাক্লমাল্লে হায়না থল্লি পিঙ্গলা। মিংকুপ লিশিংনা তিল্লবা পুংফম কয়া হৌখ্রে, অহুবু নিকুঞ্জগী থোংজিন্দা নিংজবগী থোংথাং মনিন্দদি তাবা মফংজখিদ্রে পিঙ্গলা। মাবু লাকইবমকরা, লাক্তপু লাক্তদৌরিব্রা? থৌরাংনা ঙাইরকপগী মিংকুপ পুন্নমক লোয়না পুংশিংদা তিনখ্রে। মপুক্লিং লাংতক্লরবী অভিসার ওয়ক্লবী পিঙ্গলাগী লনীহেন্না থোংলবা মশাহু

থংছোদনা তমথীনা থৌওথবিদগী উন-মহীনা য়ৈহনা কনশিনখিহনা লুংগী মুর্ত্তিগুম্না তৌখে। মশা-চাকথোক্লবী চেক্লা অমোমগী মতো-গুম্না ঈফুংকী ইংলবা ঈশিংদা ঈরুহনা ঈন্দ্রি ঈংহঞ্জগে থল্লি পিঙ্গলা, অমদি মতম ইথিনথিন্দনা ফম্ফমদগী হোগত্নুনা লেপই। লেপখৎলগা অযুক্তপু ইফক-ফকৃচন্দুনা লেপ্লি। অহুবু ফকচন্দুনা লৈগে হায়বস্থু ম্যারক্তবগুম্ন তৌই। শিত্রিঙৈনা মশানা শিনিংবী ওয়হনা পোৎলোয় মৈগী মৈহুংদা লৈবগুম্না তৌই।

ঈফুৎকী অা মথাদা ঈশিং থক্লহনা পুক্লিং পের্লবা শজীমচামগী হরাওখোল তাবা ফংই। উতোন থুদিংদগী হৌজিক্কা কৌগৎলকপা চেক্লাশিংগী শে'কাত্তবা মখোল হৌরকই। তরানিথোইনি কোম্বগী থাজগী মঙাল থোয়না লৈশিল্লক্তে্ং নোংপোক মাইকৈগী অতিয়াগী মথজাইদা গুমিংনা চূপ্পগী ঈকাইবনা জবাকুস্থমগী মচুনা রঙ শংবগুম্না তৌরক্লে। অভিসার ওয়রক্লবী পিঙ্গলাগী মপুক্লিংন-নিংজবা মীশক্তুদি লাকপা মলৈখিদ্রে। পুন্নমকপু কল্পোক্তুনা অমতংবু অমত্তওয়না নিংজবা লাইগুম্না নিংজথ্রবনি, অহুবু, অহুগুম্বা মীশক্তুদি মনাক্তা লাকতরে।

অগুম্না থন্নবা য়ায়, সংসারসিগী মশক-মচু-মহাউ-মনম পুন্নমকী মুংঙাইবপুম্বা পুম্মাং মাংশিহনা ইহিং-হিংনা অশিবগী অমম্ব জগৎমদা পিঙ্গলাদো ফম্না লৈরিমাল্লে। মথুকাক অনিনা মম্সিং অনি খুম্নহনা অতোপ্পা ওয়াখল অমা থল্লহনা মতম কুইন ফম্না লৈখি পিঙ্গলা।

অহুবু তপ্ন তপ্পা তপথরক্লে মাগী লাংতক্লরম্বা মপুক্লিংদো। নিংজব মীহনা হন্দোকপীবগী মৈরীনা পিঙ্গলাগী ওয়াখলন-থল্লবা থম্মোই-উমংদা লম্মৈ ওয়না চাক্লক্তুনা থম্মোইহুমক ভম্ম ওয়না চৎকদগুম তৌরক্লে। অহুগুম্না থৌরাংবনা তপথবা য়াদবা মত্তং অমদি অরেম্বদা অঙাইবগী অনাবহুম্ব থর থর কোক্লকপগুম্না তৌরক্লে। মথক্তলৈরিবা উনাশিংদগী নোংঙাল্লমদাইগী লিক্লাম্বরিকশিং মাইথোং লুকথরিবী পিঙ্গলাগী কোমগোম তৌবা শমজিথক্তা অত্তৎপলৈতনা তারকই;

ফজাগুম্বা থোজানহৈবা অমগী থোজান্ন শেংদোক্লরা হৈ'লবা মথুংনা মাগী মজজিদা নাম্বিরিমাল্লে হায়না পিঙ্গলানা খল্লি। মমাই থাজত্তুনা মাইকৈ মরি কোঙ্গয়েং য়েংই। উরুবদা অওকপা ফংই পিঙ্গলা, মীনা লোনম্বিরবা অমদি থোওয়বিদ্রবা মপুন্সিবু থেম্জন্দুনা নেমহন্বিগে হায়বগী দমক সংসারসিগী অনৌবা হুংঙাইবা লিশিংনা মাইকৈ মরিমক্তগী চেনশিল্লক্তুনা মাগী পরমাত্মাগী য়েং ওয়, ভুং-মাংদ কোই-শিন্দুনা লেপ্পগুম্না তৌই। লৈবাক্ত তাক্তনা লৈরিবা মাগী ফিজিচ্চদা তুমতুনা লৈরমই শজীমচা অম। উবা ফংই পিঙ্গলানা, মাগী তম্বাক্তা মশা-শোইনাইদ্রবা লমথুম্ব হন্থুবা অমা মচিন্দা গেহুগী চরোংচিক্তুনা ফমতুনা লৈরম্বদো।

ঈশিংগী পাৎতগী ঈশিংদহৈনরবা চেক্লাশিংগী হরাওখোল হৌরকই। তপ্প-তপ্পা হৌগৎলি পিঙ্গলা। উরিকোনগী মপান্দা থোক্লক্তুনা ঈকুৎকী মপান্দা লেপ্পি, পাংকী ঈশিংদা শাল্লরিবা চেক্লাশিংগী খোঞ্জেল হুংঙাইনা তারি অমদি নোংপোক মাইকৈগী অতিয়াদা য়েংহুনা ইরেং-লেংদনা লৈথি।

বনবাসিনী লাইনিংবী অমগী মতৌগুম্না নোংঙাল্লকপগী অহংব অমদি শান্তিগী মরক্তা সংসার পূন্সগী মপু ইবুংঙানা লেংলক-পগী মেংলবা মনিন তাজগে থন্দুনা লৈরিমাল্লে পিঙ্গলাদো।

মশা থংহৌদনা পিঙ্গলাগী তনিক-তনিকপা মচিন্নালদগী অতৈম্ব লৈশি-লৈথোম্বগী ওয়াহৈ থোরকই— পংলবী নূপীজানি, ঐগী থম্মোইগী অমম্বপুম্বা মাংহন্বিয়ু মালেমগী মবুঙ্গো। নংনা প্রেমনি, নংনা হুংঙাই-বনি, নংনা শান্তিনি, জগৎনা নিংনবস্থ নংবুতনি। পুম্নমক্কী পেন্নবা পোৎলমস্থ নহাকনি। নহাক্কদা কচ্চবদা মতিক ওয়বা পূজা-লৈরাং-তাইবং-থম্মোইবু মর্ত্তগী মীওয়বদা কৎনিংউবগী অরাম্বা লম্বীবু নহাক্কা মতমপুম্বদা থিংবিয়ু প্রানজাথ।

মাংদা চৎথৎলে পিঙ্গলা, ঈকুৎকী হেক মপান মক্তদা লেপই। উবা ফংখি মহাক্কা, উগী মশাদগী শ্রৌজিক্কা নাম্বরকপা উকু অমা

ঈশিং মপান্দা তাহ্না লৈরি।

সংসারগী মপুইবুঙোনা পীক্লাগীদমক উকু অদূ খুদোলপোৎ ওয়না থম্বিরম্লমাল্লে। মুংঙাইবনা থল্লবা পুন্সি-লম্বী-অনৌববু খংনবগী লম্বী ইবুঙো মহাক্না ঈঙ্গিতনা তাকপীরম্লে।

অতৈদি থিম্বা তৌগন্নু, করিনৈতবা ওয়াখন্দা ঙাইহাক্কীদমক পুক্নিংদা ময়াই কাশিন্নুনা মুংঙাইনিংবগী ওয়াখল পুম্নমক থম্মোইদগী মাংহনখ্রে অদুগদা মুংঙাই য়াইফবগী পোক্ফম ওয়রিবা নবুঙো ঐহাকপু থিবা ফংজগনি।

রত্নগী খোংজি-খুজি সনাগী নাইন, মুক্তাগী লিক্লাং-পরেং অমসুং ইন্দ্রনীলমণিগী খাংলী লোয়না লৌথোক্লুনা ঈশিংদা মথং-মথং লংথরক্লে পিঙ্গলা।

ঈক্লজরে হ য়রগা উকু ফিজেৎনংনা অনৌবা ওয়াখল অমা পোক্লকপগী মুংঙাইবমবু থম্মোইদা পুক্না মাগী অচৌকপা মফমহুদা ফমহুনা ইবুঙো মহাক্কী মতিকমগুণ শক-শোন্বা হৌগংলি। থাজনা তাথখিবগা লোয়নলোয়ননা পুংথাই অমগী মন্নুংদা অভিসার ওয়রক্লবী নায়িকাগী সংকেত কুঞ্জদো থম্মোইচেৎলবী লাইনিংবী অমগী লাইনিংফমদা লৈথখ্রে।

\+ \+ \+

চয়োল কয়া চৎখ্রে, থাশি কয়ামগু হৌখ্রে, চহীসু চৎকদৌবগা থৌরাং লোয়রক্লে। নিংথৌ অতিরথকী মপুন্সিদি করিমতা ওন্থোরকপা লৈখিদে। মাগী পান্দমনিংঙাই লৈতবা মশক অমসুং যৌবন্ন লৈতেংলবা নিপাথোকপগী নাপল—অদুমক থম্মোইদা পুতুনা মহৌশাগী মতৌগুম্না নুমিৎ-খুদিংগী সন্ধ্যাগী মতমদা শগাইথক্তা ঙাম্থোইহুনা কূম্মৈ য়েংই। সংসারগী কনাগুম্বী নূপীগী মরাইবক্তা অতিরথ নিংথৌগী প্রেম ফংবগী ময়ী নোংদম্বনা য়েকৃপীরমত্রে। মাগী মপাল লৈতবা প্রেম পামজহুনা মহাক্কী নিংথিবা মূর্ত্তি অদুবু ওয়াখল্না শাগত্লুনা লাৎনবা লাইগী ফমদা মাবু ফমহন্দুনা নীতি খুদিংগী মাবু পূজা তৌজবী কনাগুম্বী প্রেমিকা অমা সংসারসিদা লৈত্রা হায়হুস্নু মহাক্না

থ·বা ঙমদে। অমুক্তংদি মাগী থম্মোই ঈপাক্তা পিঙ্গলাগী পিক্লব ওয়াখল-ঈপোম অমা হৌখিরম্মি মহুম্ন মতম য়াম্ন হৌখ্রবনি। মতমহুদা অতিরথকী মপুক্লিংদা য়াম্ন নোক্লিংলম্মি। লৌশিং-শিংলবী জগোঈ—শাবীতুগী লোনম-লৌশিংবু ইরাই-লাইনা মহাক্তা উফুল ওয়হনথবনি; অরেম্বগী অভিসার চংলুবদা ঈকাইবগী চৈথা চাববী নূপী অহুগী, ঙসিফাওবম্ন হল্লক্তুনা, মাগী মফমদা ওয়াহং অমতম্ন-হংনবগী মপাঙ্গল লৈখিদ্রবনি। শক্তি-মচামিত্তাতাবী নূপীদুগী মপীন-থুয়্নবা তরাও তরাওবা মমিং অনিনা অতিরথ মহাক্তী মফমদা হায়জগে হায়হুনা অমুকতম্ন লাকখিদ্রবনি। সংসারগী মিৎয়েদা হন্থন-লৈরিবী জগোঈশাবীহুনা মহুগী মুমিত্তা উৎশিরম্বা মুংশিলীলাগী কুম্মেদো হৌজিক্তি অতিরথকী থম্মোইদগী পুমমুং-মুংথ্রবনি।

মুমিৎ অঙদম্ন জগোঈশাফম সভাগী সনা'শগাঈ'মথক্তা নিংথিজব শক্তম পুবহুনা ইনৌ-নৌনা লৈন্তংনগী হুন্দোবকপা ওমিৎকুয়া ভাস্তোয়রি অতিরথ। শংহৌদনা মাগী মপুক্লিংদা নিংশিংই—ঙসিদি কৃষ্ণপক্ষগী দ্বাদশী তিথিনি। খুদক্তুদা লোয়না নিংশিংলগুলে, চহীমগী মমাংদা অদুগুম্বা কৃষ্ণপক্ষগী দ্বাদশী তিথিদা পোকখিবা থৌদোকশিংদো নিংশিংলকয়ে পিঙ্গলাগী ওয়ারিশিং। মতমহুদা অনিথ নিংথৌগী নুংগুয়া কল্লবা থবাক মন্নুংদা অঙকপগী মতৌ ওয়না থংনিংবগী ওয়াখল অমা ইহুন-কম্ন হুল্লকপগুম্না তৌই। সভাশং শংইব দূত য়েংহুন য়াথং থাবকই—ঙসিগী সভাসিদা ডগোই ৎলসম্ন কলাকার পিঙ্গলানা; নিমন্ত্রণ হৌজিকমক তৌকচো চংল্লু।

পিঙ্গলা ঈবেম্মগী মশকমতৌংমক্তি কমদোই? থনাউফবীনি, যৌবন মথোৎ কাবীনি, মুনিগীমপুক্লিং শুম্নাৎপঙগীনি, হায়নিঙাইলেতনা শকহেম্বীনি। থোয়চংনবীনি প্রেমগী মরমদা শিংবীনি, জগোঈদা মপালৈতবীনি। অতবু অতিরথ নিংথৌগী নাপলগা য়ৈনবদা মশক-যৌবন-লৌশিং পুম্নমক্তী মপাঙ্গল মাংখিহুনা ঙসিদি কদাইদা লোৎন লৈখ্রবগে, কনানা থংগনি? পিঙ্গলাগী অহৈঙগী মাইথোং অহুম্মক

অসিদি অমুক্তা নিংখিজনা য়েংলগে, অমদি অহুংগী মাইথীব-ফং,বী জগোঈশাবীতুগী থাংশিল্লবা মাইথোংগী লুংভাইতবগী মতোদু মমিং-থীংন য়েংলগা মাগী মাইথীবলৈত্রবা নাপল্লন থল্লবা থম্মোইনা অমুক্তম্ন চাপথোকপগা লোয়ননা লুংভাইবা উংনিংই অতিরথ।

দূতনা পাউ পুরক্লে—পিঙ্গলাদি লৈতে ঈনি থৌ। থংগ্রেক থংই অতিরথ—কী? পিঙ্গলা লৈতে হায়বা?

দূত—হোয় মহারাজ।

নিংথৌ—কৈদা চংখ্রবগে ইবুঙো?

দূত—রাজধানীগী মপান্দা।

নিংথৌ—কয়ানি শুখ্রবা?

দূত—চহী অমা শুরে।

থংহোদনা খাংওমদবা অকীবা মমি অমা পাঙ্গল্লবা অতিরথকী মূরবা মমিংনিগী মিংথেংদা তারক্লম্না তৌই।

—পিঙ্গলা কৈদা লৈ হায়বগে?

দূত—শামুয়াথিন-উমংগী ঈকুংকী মপান্দনি মহারাজ।

মথবাক্কী চীক্লবা মফমদা ইরাং-লাংলবা নুংশাশোর অমনা থংনৈ-নৈরকপল্লবু নৈহত্ত্রনা থমগে হোংনবদা অতিরথকী খোঞ্জেল তনিক-তনিক তৌই—করিগীনো? করিমরমগীনো?

দূত—লাইনিংবী ওয়খে্র পিঙ্গলাদি ঈনিংথৌ।

ওক্লে অতিরথ, অহুবু অতৈদি ওয়াহং হংখিদ্রে দূতহুদা।

শগাঈ থক্তুগী লেংখংলে অতিরথ; তফিং তফিং কুমথে, কুম্মে লোয়শিলহল্লে, তপ্প তপ্পা লংথোবক্ই মপান্দা। থাওমৈ থান্দ্রবা, মীরাও-খোল লৈত্রবা, ইহাং-হাংলবা জগোঈগী সভা তুংওইননা থনম্মি নিংথৌ। কোল্লং মনাক্কী লৈকোনগী উরুমদা ওাইহাক তুমিন্না লেপই অতিরথ।

পিঙ্গলাদি লাইনিংবী ওয়খে্র, অহুবু, মাবু করি লাই নিংলিবগে? অঙ্গম হায়না লৌবা য়ায়,—প্রেমিকনা লুংশিহৈত্তনা ইহোকপীরবগী

চৈথা চাহনস্থ অনৌব ওয়াশক অমগী ধ্যানদা থম্মোই কথোক্তুনা হৌজিকস্থ ঙাইহনা লৈরিবী নুপীনি। লাইনিংবনা লাপ্পবা লমদমদা লৈবা লাইবু মনাক্তা মন্ত্রণা কৌজবগুম্মা ঈফুৎ-মপানগী উমং-মমুংদা প্রেম লাইনিংজবী নুপী অমনা মশানা নিংজবা প্রেমিক অমবু ফংনন-মগীদমক লাইনিংপরৈচেংনা নিংইবনি হায়না খল্লবস্থ য়ায়। মতম কয়াগী মমাংদা অতিরথকী মপুক্লিংদা নিংশি খিরথী নুপীহমক ঙসিদি নোং-মতুমগুম্লবা শমজিগী নিংথিজবা, তঙাংলবা চিথালগী মঙাল, অমদি জাচন্দোন য়েকতৈরবা খংদাগী হুংশিমনম লৌরহনা মূর্তি ওয়না খোক্লক্লমাল্লে। সভাদা নত্তে, অহুগুম্বী শকহেন্বীহুগী মখোংগী খোংজি অনিগী মখোল অহুমক্লা মাগী থম্মোইগী থোংলবা মফমদা অতৎপ লৈতনা য়ৈবগুম্মা তৌরক্লে।

অতিরথ নিংপৌ তপথবা য়াখিদে। মাগী ঈ-মরিক পুম্নমক অহুগুম্বী চিথাল খোইথুম্নবী নুপীহনা নুংশিবগা লোয়নননা চুম্বন তৌববু ফংনিংহনা মাগী হকচাংগী শিংলীশিংগী মমুংদা য়াম্নকপ্লা চেম্মোক চেনশিন তৌরকই। অতিরথকী ওয়াখলনা উবা ফংই—শামুয়াথিন উমগী সঙ্কেত কুঞ্জদা মাবু আলিঙ্গন পীগদৌবগী শেম শাহনা লৈরবা পাম্বোং থম্বৌ অনিনা মহাকমককী মপুম্নিদা মুংঙাইবন থল্লবা স্বর্গ অমা শেমবীদৌবগী ঙাইহনা লৈরি হায়বদো। মুংপ তাবা লৈথিব্রবা থৌওয়ানমিচাক্কী মতৌগুম্মা মাবু ঙাইরহনা অহিং লেল্লি নুপীদূগী ইংলবা মিৎলু অনিমক্তো।

কোম্নুং-লৈকোনগী চীক্লবা মফমদগী অঙাও-অকৈগুম্মা চেম্মোরক্লে অতিরথ। রথ-থম্ফমশংগী মমাংদা লাক্তুনা লেপই। অতিরথকী মীকৌ তাবদদা সারথিনা রথ পুথোরকই। কোম্নুংগী সনথোং, মতুংদা শহরগী থোংজাও ভুংদা থনমহনা কুশ-লৈরাংন-কুপ্পবা লম্পাক্কী লম্বীদা অমম্বগী মথবাক শেগায়হনা মাংদা চেনখংথি সারথিনা থৌরিবা নিংথৌ অতিরথকী রথ।

\+ \+ \+

রথ মথক্কা কাখৎলি তথু তথুনা নিংথো। সারথিদা য়াথং থাখি—থিম্বব-লৈতনা, রথ থৌদোকউ, ছক্কী কোম্বংরোমদা থৌগস্নু—লম্বাক্কী লম্বীনা লৈরিবমখৈ লম্বীমতুং-ইন্না থোগদবনি।

দ্বাদশী তিথিগী থাজ মণ্ডাল লৈত্রে। খর চৎলগা তুরেলমচা অমা ফংই, হংই নিংথৌনা সারথিদা—তুরেলসিগী মমিং করি কৌবগে?

—নিবারা কৌই ঈনিংথৌ, অসিগী ঈশিংদা স্নান তৌজরবদি পাপপুন্ন পুনমাং-মাংইবনি। সংসারদা মমাই ওনশিননিংদ্রবা তাইবং-মীশিংনা অসিদা স্নান তৌজরগা লাইনিং লম্বীগী লমচৎপা ওয়নরিবনি।

তফিং তফিং নিংথৌনা য়াথং থারকই—রথ থামউ সারথি। কাংথক্কগী কুমথরক্লে লৈমাইথক্কা অতিরথ, কোকথক্কগী লুহুক-কোকথোন লৌথোক্কনা থনমই রথ-মথক্ক।

সারথিনা তনিকপা-খোঞ্জেলনা কৌজৈ—রাজেশ্বর

নেয়বা খোঞ্জেলনা অতিরথনা হায়—ওয়াঙাংগনু ইবুঙো। লুহুপসি পুহনা নং রাজধানী য়োথে।

সারথিনা হঙংলি, শ্রীযুতনা কমদৌবিবা?

ঐগীদি রাজধানীদা হন্নবগী লম্বী লৈখিদ্রে।

তপ্লি তপ্লি কুমথনা ঈ লব ঈশি পুরিবী নিবারগী লরবা ঈশিং ঈরাজগদগী কাংফালগী লৈথোম লাম্তোকখি লাইনিংবগী ওয়াথল থম্মোইদা পুরিবা অতিরথ।

## তিন

লৈশোবুঙ্ নত্রবগ্ন লৈশোবুঙ্গুম্না লেংব-চৎপা লৈখিদ্রবা লাইনিংবা ঋষি অমগী মশানি। মতমশাংনা লাইনিংবগী অওয়া-অনাবনা নম্থরবা মশা, অহল লাইথুং খুংলহনা খুইজিল্লবা উনশা অমস্তুং শরুপোঙ্গাংগী মথক্তা উক্পান-কুপ্পণা হাবুং অমনি। মাংখে মশাগী নহাওয়বগী যৌবন, ঈশিংয়াওদ্রবা পুথ্রীগী মতোংগুম্না ফজলেমজবা লৈখিদ্রবা অমগ্ন কংলবা মশা অহুদগী মতমকয়াগী মমাংদা বিদায় লৌখ্রবনি তরু-তনৌংনা ঈথক ঈপোম হৌহল্লম্লবা কাহি-মণ্ডালগী অয়োইবগী ঈরাওখোলস্ত; মথবাক্তী মৈংনা মশা চাবথোক্লবা উজ্জাওগী মশা অনিগুম্লবা শাংলবা মথুং অনিনি। অতুংদ্বা ফিভম ওয়রবা চ্যবন মুনিনা চীংতুগী য়াম্না চীক্লবা মফম অমদা নুংগী-আসন অমদা ফমহনা থনখিরম্মি, য়াম্না কম্না লাইনিংজবগী মহৈনা লোয়না তুঙ্খনখ্রে মশাগী উনশা-লৃ-ঈ-শরুগী খোঁরাংবপুম্বগী লেমহৌবা শরুকস্ত। মথবাক্তী খোঁরাংবা লৈত্রে, লোয়খ্রে মমিংকী কুংম্ন, পুকখিদ্রে পুক্লিংদা অনিংবগ্ন, সংসারগী কনাগুম্বী শকহেন্বী অমগ্ন নুংশিবী অমবু মথবাক্তা কোনশিন্নিংবগী ওয়াখল্না অনাবা পীবা ঙমখিদ্রে মাগী মপাম্বোম্ অনিমক্তস্ত।

ইথং থংহৌদনা চাংগ্ন'গী ইংলবা নুংশিত্তুদা কনাগুম্বীমগী সনাখো'জিগী নুংশিবা মনিম্না শাদো ওয়রহনা মফম অদূ ইরাং লাংহম্বগুম্না তৌই; অদূগা মখোল অহুগী নুংশিমশোক অমনা শোকপদা থংহৌদনা লৈশোবুঙ্গী শক্তম লৌরবা মুনিহুগী মথবাক মনুংদা নুংঙাইবগী তুজুংবা অমা পোক্লকুম্না তৌই। উগী উরূম্না শুকহল মন্ধাল্লবা চীংলম্বীগী শজিক্ল ইশং শংনা হৌরিবা য়েৎ-ওয়গী লমদমদা থংনিংবগী মিংয়েংনা কোঙ্গয়েং য়েংই চ্যবন মুনিনা। ঙাইহাক্তী মমাং মক্তদা থনাউ লিশিংদগী হৌরকথ্রবা হরাওখোল্না ইংলবা চীংগুংগী চীক্লবা কিভম্বু লাংতক্লহন্দুনা চৎখ্রবনি। থংই নিংথিজনা চ্যবন মুনিনা, শর্য্যাতি

নিংথৌনা মনাই লিশিংম। পুরম্ছুনা ঙসি বসন্ত মতমগী শক্তি-শঙাই শাদাম্বগী লুংঙাই'মহাউ লেক্‌চগে হায়্ছুনা চীংম্নুংদা চঙক্লম্বদো। শয্যাতি নিংথৌগী মনাই-শিংছুগী মরক্তা যাওরম্মি তেনকাপচুমলবা লীক্ত -তেলপায়বা লাম্মিশিং, অমদি সনাগী ভৃঙ্গার মনমগন্দা পোরিবা ঈশিং-য়েম্ব। কাংলূপ। য়াওরম্মি থনাউ নাল্লব। খোংজোম-পেনা খুলং ঈশৈ শকপা ওৎমাশিংমু। লাম্মৌশিংগী হরাওখোল, জয়ধ্বনি, ঈশৈ শকপশিংগী ঈশৈ, অমদি খোইথুম্নরবা বাঁশীখোঞ্জেল তাথ্রবনি চ্যবন মুনিনা, অদুবু মুংশিবা খোঞ্জেল থিবিক্তু, তাদুনসু লৈশৌবুঙ্‌গী পাংথক ওয়রবা চাবন ঋষিগী থবাকন্নুংদা মুংঙাইবগী তুজু বা পোকখিদ্রবনি। মাগী অপাম-মুংশিগী খৌরাংবা পকখিদ্রবা তোপতোপ্পা লৈথ্রবা মপুন্সিগী নেপথ্যবু ঙাইহাক্তুগী ওয়না লাংহল্লমছুনা চংখিবতনি মু শিবা খোঞ্জেল থিবিক্তুনা, মাগী ওয়াখলগী রঙ্গমঞ্চদা মথোয়গী করিমতা মমিদি তাহল্লমখিদে।

অদুবু চন্দক্কী মখোল অসিদি অঙকপগী মতৌওয়না তৌই। ফুগাইনা শাত্তোক্লবা লৈরাং পুন্নমক্কী মচুগা মনমগনা থুম্মৎলবা চীংম্নুং-ছুগী বসন্ত ঋতু মশামক্না থনাউনাল্লবী নুপীগুম্না মু শিবা ঈশৈগী মুর্চ্ছনাগী খোম্নিক্না বন অদুবু নিলহম্বগুম্না তৌই। কোকিলগী মু শিখোঞ্জেলগী অমৃতনা ময়াইকাহল্লবা যৌবন হায়বা পোংশক অদুমক্কী মথোং কাথংলকপা অবস্থাদুমক্না খোংজিগী মখোল ওয়না লাক্লমাল্লে হায়না থম্নবসু য়ায়। অদুমকনত্রগা শক্রিক শংলবা চী ছুগী ফজবনা শুম্মৎলবী মায়াশক্তি অমোম'মনী মখোংদা মহৌশা লাইরে খীনা খোংজি শিজন্বিরমাল্লে হায়না। থম্নবসু য়ায়; অফা-অপুন লৈতবা অমদি খোইথুম্নবনি খোঞ্জেল অদো,

চ্যবনগী খৌরাংবা লৈখিদ্রবা মমিং অনিদুদা খৌরাংবগী লংলবা মমি তারক্লে। মানা উবা ফংই, নিংথিজনা জগোঈ শাবগী শাওং-শাথেক্লা মশাগী নিংথিবগী লৈথেং হাপকৎলবা অমদি কুচু কুমেনদা মনুপালৈত্রবী পীজা অমনা উরি কুঞ্জদগী হেক্লক্লবা লৈরা শিং খুনাম-

খুন্নাম ঙ্কিগাউদগী, লোথংলগা থোঁওয়দবগুম্না অমুদি জগোইগী পুংথেৎ খুৎলৈ উংপগুম্মা চায়ৎ চাইরগুনা, জগোই-খোংথাঙগী লক্কনাদা লৈরাংগী কুম্মে উৎলহুনা লাক্কি। মপুংফানা নিংথিজরা ব্রন অদুগী ফজ নিংথিরবা ওয়াওয়থোওয়দবগী মিংয়েংনা, য়েংহুনা নকশিলকই, য়য়াইকোরবা যৌবনগী নাপল অমা। হায়রুম্নবী লিচ্চি অমোম, য়ুমগী মতৌগুম্না মাগী মুরবা শয়াগী, শাংলবা বেনী অদুনা মাগী-মঙকমতা ফজবহুদা য়েংলদুনা লৈরি; নিপাম্বী থম্মোইদা, চিক্লগে হায়রগী ওয়াখলনা মতোক ফলহুনা, খোরাংবগী, ওয়াখল অমনা লৈরিমাম্লে হায়না খন্না যায়। হৌজিক্তা শাত্তোরক্রবা থম্বালগী জাংঙনবগী অথোং-অনৌবনা শাবা ওয়রম্মাম্লে মাগী মখোং-নিঙ্গী খোংথাদো। কুচু-কুম্মেন থমথেংন নিংথিজরবী থোয়না, মখোং কারবী নূপী অতুগী মথল-মথলগী হৈনম-লৈনম, চুরবা শংবাম্নবা অমম্বুং পবারবা কত্রং-শারীদুগী ফিজি অত্তমক্তি মুংশিংনা, লিরি লিম্বি শিংপগী তালগা চুন্না-লেংলেং, তৌহুনা অতিয়াদা পাইরিব ফিরালগী মতৌগুম্না নিংথিজরি। চাবনগী মনাক্তা লাক্লনা লেপ্পরে কুমারীদো। অহবু উরবুম্ব খুংবা ঙমদে কুমারীহুনা, মান্না য়াম্না নক্না লেপ্পরিব। লৈশোবুঙ অত্তমক্তি তশেংবা লৈশোবুঙ নক্তে হায়বদো। নূপীদুগী ওয়াখলনম্ব ল্যাম্বা ফংদে, মহাক হৌজিক ইহিং হিংইবা মিং অনিগী মনাক্তা লেপ্পরে হায়বদো। মী পোং লৈতবা, মকমদা মতোম্ভা চংলিবী নূপী অমগী মতৌগুম্না ফিজোল ইক্লোম-কোম্না, মিংয়েং ইচোয়-চোয়না, লৈশোবুঙহুগী মনাক্তা লেপ্পুন্না লৈগী লৈরিক মখুংনা, লোর-লোরহুনা মাগী থবাক্তা ঙক্তা, 'খজাইদা খদাংদা' হৈশিন্দুনা মশাগী মনম মুংশিহনগদগী হোংনরি।

—নংবু কনানো, নূপীমচা ?

চৌক্লবা মকমগী উগী-উরমশিংনা হংলকপগুম্না তৌথি। অকীব-অথংব অঙকপনা পুল্লপ তোংখিহুনা তনিক তনিক্লবা মখুং অনিম্মক্তা নোং-থাংদগী লেম্না খুংজংথুনা শারিগী ফিবান থংচিং-চিংথত্তুনা কুপশিল্লি

যৌবনগী সম্ভার অনিবু, অমদি অওকপনা থুম্মাংলবা মিংয়েংনা মাইকৈ মরি কোঙলে-লৈহৌমা য়েংই নূপীজাহুনা।

—কনামো হায়নিংঙাইলৈতনা শকি-চু-চংখোল্লুবী নহাকপু ? অমুকম্ বু ওক্লাহু! ! ডকশেন্দা নূপীজাদো। থম্বা রাম্ব, চিল্লবা মকমহুগী উ অমগী মহুদগী-খোরক্লিবা অহুওম্বা চুংশিওয়াইংনি। অকীবনা নক্কাওনা তুজুংলবী নূপীমগী মতৌগুম্না তেংথাবগী খোঙ্গেল্না ধূপীজাহুনা হংই —হকচাংকয়াথেয়াওদবা মহাকপু কনানো ?

—ঐ চ্যবন মুনিনি।

হনক্তি নূজাহুনস্থু লৈশোৌবুঙ্দা য়েংশিল্লে; খইবা ওয়ে, লৈশোৌবুংদো তশেংবা লৈশোৌবুং মত্তে। মতমকুইরবা লৈশোৌবুংগী মতৌগুম্না —অহল ওয়বগী লাইথুং উফুলন-কুপ্লবা অমম্ভুং যৌবনগী খুদম শুম্লক মশাদগী চৎথোখ্রকবা লাইনিংবা অমগী হকচাংনি হায়বদো নূপীজাহুনা নিংথিজনা খংলে। লাইনিং পাইরৈচৎলবা ঋষিদুগী মমিৎ অনিমক্ত্বদি লিলগী মনিদগীস্থু হেন্না লংইবদো নূপীদুগী মমিৎ অনিনা নিংথিজনা উরে।

নূপীজাহনা হায়—ঐদি শর্যাতিমিংথৌগী কন্যা সুকন্যা কৌবনি। চ্যবমনা হায়—ধন্যনি, লাইনিংবা চ্যবন মুনিগী পুক্লিংবু মপুংফানা ত্নরাব্শুম্বী শকহেন্বী।

মথল মথাগী মনম্না হকচাংতুবুমদালৈতহুনা মনমকু শিরবী নহাকী অঙ্গগঙ্কবু নংগী শংবান্নব শারীতুগী ফিজি অঙ্গুনা ঐগী হকচাংদা লৌকহল্লহনা ঐগী চিকপক্না লৈরবা পুন্সিশিঙ্গী মুংশাশৌরগী মুংশিংদ্ব মুংশিমনম্না হাইল্লে হায়রনিংঙাই লৈতনা নিংথিবী !

গী ওয়াযৌরবী নূপীমগী মতৌগুম্না পীওম ওক্লহুনা সুকন্যানা হায়— নহাকী মওঙ্গাইহে তাঙ্কদা ঐদি পুমুণ্ডক ওন্নান। ওকচরে ঋষি!

চ্যবন—করিগী ওকইবা ?

সুকন্যা—নহাক্তি লাইনিং-চেৎলবা ঋষিনি, চহীস্ম ঐগী পাবুংদগী য়ামা হেল্লবা, অহলনিঙ্ই অমদি লাইথুং থুংলহুনা নয়াং কংত্রিক কংলগুনী

নখো থাংনা চৎপা তঙ্কবনি। নংগী হকচাং-কায়াত্তি লৈরি হায়ববু হকচাংহুগী মন্নুংদা নথওয়াই থম্লবা মফম লৈরিগনি হায়বদি ঐ তশেংনা থাজবা ঙমদে। লম্মৈচাকপদা য়াওথ্‌বা উকংগী মতৌগুম্না মৈতান অশিবা ওয়থ্রবা নহাক্কী নশাগী যৌবন্নি। অদুগা কল্লিগীদমক অমসুং করম্বা আশা থম্মোইদা পুদুনা য়াঙ্গংবা ঋষি নহাক্না চংখোলনা যৌবন মথোৎকাররবী নুপীজাগী মফমদা প্রেমগী ওয়াহৈ শিজিন্নরিবনো? চ্যবন—ঙক্লহুনা ন না ঙাংলিবদো অরেম্বদি নত্তে, ইবেম্মা। মতম শাংনা তপস্যাগী মৈশা থাংবদা মাংখ্রবনি ঐগী হকচাং অদুবু ঙসিদি তশেংনা থংবা ঙম্মে, ঐগী প্রেম লৈহৌ খোরাংবদি পুমমাং ওয়না মাংখিদ্রি হায়বসে ঐগী হকচাংদা অহল ওম্মবগী লাইথুং থুংবা অরেপ্পনি, অদুগা থম্মোইদদি লাইথু থুংদে হায়ব'সিস্থ অরেপ্পনি। ঐগী হকচা গী খোয়াংবা লৈত্তে চুম্মি, অদুগা থম্মোইগী খোর‍ংবদি নিংথিজনা লৈরিকো, ইবেম্মা।

সুকন্যা—মুনিগী ওয়াংল অদুদি অঙাঙবগী ওয়াখলগা অন্নানি। নহাক্কি মশা য়াওদবা চেক্লাগুম্বনি, মহৈপান্দবা পামেলগুম্বনি, অমদি থাওয়াওদবা থাংমৈগুম্বনি; নহাক্কী থম্মোই অদুদি ওয়ররোয়দনা ওয়াখলগী তু নফমনি। ঐঙোন্দা প্রেমগী ওয়াহৈ শিজন্নহুনা ঋষিগী করি কান্নগদৌগে? ঐহাক্না মুনিগী ওয়থবা মাইকৈগী অহাংবা মফম মেল্লুরগা মুনিগী করি অপেম্বা অমসুং ঙাঙাইবা ফংগদৌবগে? চাবন—নংগা নক্লনা লৈবা অমদি নংগী হকচাংগা ঐগী হকচাংগা শোক্নবা অদুশিংহুনতা ঐগী অপেম্বা, সুংঙাইবা অমদি পুন্সিগী মহৈয়াম্বা কায়বহু ওয়দৌরিবনি। ঐগী কুপ্প, থংপ লৈখিদ্রবা ঈমিং অনিমক্কী ইংলবা মিংম্নেংনা নংগী খোইরুম নোকফেৎ তৌবা অমদি জবালৈকা ঙমজন ঙাংলবা চিম্বালগী মঙাল অমদি কুন্দলৈয়াং ঙমজনা ঙৌরবা দত্তপরেংগী মঙাল থাবলবু মতমলৈবা খিবিক্তা থক্লহুনা অপেম্বা হায়বহু ওয়দৌরিবনি, শকহেম্বী।

সুকন্যা—করম্না অপেম্বা ওয়দোরিবনো জরা—লাইথুংনা নক্কংলবা

ঋষি ? নহাক্কী হকচাং অত্থুদি খোঁরাংবফাওবস্থু পুবা ঙমজদ্রবা হকচাংনি। নহাক্কী নথওয়াইস্থু মঙাস্থুনা লৈরমগনি হায়না নিংদে, ঋষি।

চ্যবন—হকচাংগী অপেন্বা ওয়দ্রবস্থু পুক্লিংগীদি ওয়গনি; ঐগী পুক্লিং শুম্মংলবী ইবেম্মা। ঐগী পুক্লিংগী খোঁরাংবদি হৌজিকস্থু লৈরিকো।

স্থকন্যা—তুক্কচবা মওংগী খোঁরাংবা হায়বত্থুনি মত্থুদি।

শাক্তরপ্পা চ্যবন ঋষি পীশুম-শুকই।—লাইনিংবা চ্যবন মুনিগী মফমদা নিন্দাগী ওয়াঙাং ঙাংত্থুনা ওয়দবদা নথোনা উংপা থামজন্নব। হোৎনজো লমহেল্লবী কুমারী।

শাক্তরপ্পা স্থকন্যানা পাউখুম্মি—ঋষিস্থ ঐহাক্কী ইফমদা ঋষিগী লাই থুংথুংলব প্রেম অত্থু নিবেদন তৌবগী ওয়াখল অদো লৌথোক্লবা হোৎনবিয়ু।

চ্যবন—ভৃগুমুনিগী মচানিপা ওয়বা চাবন ঐহাক্কী য়ুমলৈমা নহাক্লা ওয়গদবনি, নংগী নরাইবক্তা অসিগুম্বা তম্ফা পিনদোঁবগী খুদোং চারবা তাঞ্জাবু নশানা তাম্থোকপদি চুমদবনি ইবেম্মা! ইশি শিনা নোকই স্থকন্যা- ঋষিদা ঈপুরোয়বা বরিত্থুনা ঐগী যৌবনমথোৎ কারবা পুন্সিগী ঈকাইববু খাংত্থুনা লৈনবগী য়াইথীবত্থুবু ঈশানা কৌত্থুনা পুরক্চনিংদেকো ঋষিবর।

চাবন—কাওগনু কুমারী, নংগী ওয়াংলবা নাপলগী তুয়বা মতোলদো চুর্ণ-শাহম্বগী পাঙ্গল তপস্বী চাবন ঋষিগী হৌজিকস্থু চংখোন্নি লৈরি হায়বসে।

স্থকন্যা—লৈরম্বা য়ায়, অত্থুবু ঋষিগী মফমদা ঐগী অনুরাগ লৈতবসিবু চুর্ণ শাহম্বগী পাঙ্গলদি ঋষিগী লৈতে ৎংবিয়ু। ঋষিগী ওয়াহৌদাক অসিদি য়াম্না তুক্কচবগী মশক্তি।

—তুক্কচবা ? অশাওবনা শাদোঙলবা ঋষিমা হংই।

স্থকন্যানা হায়—অচুম্বমি ঋষি, তুক্কচবমক্তি, লাইথুংবু তুক্কচরোয় হায়না ইপুক্লিংনা থল্লোয়গে ঙমজদে।

চংপা হৌগংখি সুকন্যা। চ্যবননা কৌই—ঐগী ওয়াহৈমত্তং তাথো কুমারী।

—হায়বিয়ু।

—ঐঙোন্দা অমুক্তং মুম্না য়েংউ।

সুকন্যা—উজরে ঋষি।

চ্যবন—করি উবগে ?

সুকন্যা—অশাওবনা লংলবা নমিৎ অনি।

চ্যবন—অকীবা পোক্ত্রা উরগা ?

সুকন্যা—উবদা তুক্কচবা অমসুং হঙ্গোইবা পোকই।

খংহৌদনা মমিৎ অনিমক উইশিন্দুনা খাংই চ্যবন। মপুংফানা যৌবন মথোৎ কাবনা থোয়না মথোয় কারবী নুপীমগী নাপলনপ্পবা ওয়াঙাংহুম্না হৈবী তিংখং ওয়না মমিৎ অনিমক্তা থুন্না থিংজম্বগুম্না তৌথি।

চ্যববনা হায়—চংথ্রা।

\+ + +

কপ্পন্মি সুকন্যা। অদুবু শর্য্যাতি নিংথৌনা অথেম-ওয়াহৈনা হায়—নত্তেনে সুকন্যা, অতোপ্পা উপায় অমা উদবনি। চ্যবন ঋষিগী অশাওবা অমদি অভিশাপতগী হিংননবা অতোপ্পা লম্বী লৈখিদ্রবনে। সুকন্যা—পাবুং মতারাজনা নচানুপী কুমারীবু অশুক্কীমথৈ মুংশিহৈত্তবা মিৎয়েংনা য়েংবিববু করিগীনো ?

শর্য্যাতি—নংগী ব্যবহারহুদা য়াম্না ওয়ারৌথ্রবা চ্যবন ঋষিনি।

সুকন্যা—ঐগী ব্যবহারদা করম্বা ইরাল অমদি অন্যায় চ্যবন মুনিনা উথ্রবগেনে বাজি ?

খংহৌদনা শর্য্যাতি নিংথৌগী নিংথিজবা মমিৎ অনিমক্তগী প্রেম ঈহৌরকই। অওয়াব-মুংঙাইত্তবা ফোংদোক্তনা মেংলবা খোঞ্জেলনা হায়—নংগী করিম্মু নরাল লৈত্তবনি সুকন্যা। অদুবু, য়াম্না শাওগল্লবা চ্যবন ঋষিগী অভিশাপ ফংলদুনা

লাশ্মি লঙ্কা লঙ্কাবু ইথং খংহৌদনা অহলগী লাইথুং থুংলত্নুনা হনুবন্তাক্ত ওয়থোকখ্রে। নংগী নাপল থুদেক্কে খল্লত্নুনা শর্য্যাতি ঐহাক্কী পাঙ্গল নাপল-তৌবগুম্বা অপুম্বা চূর্ণ শাহল্লক্লে চ্যবন ঋষিনা। ঐগী রাজ্য পুম্নমাংমাংখিবা তারবনি, ঐগী চাওথোক-লেমজনিংঙাই মশক ওয়রবা সনাগী তাংবল অমদি সনাগী লুহুপ অনিমকপু উফুলদা তিলহনগ-দৌরে চ্যবন ঋষিগী অশাওবনা। ঐগী প্রজাপুম্বগী অচা-অথক অমদি হরাও-নুংঙাইবা লোয়না হুখিদৌরে চ্যবন ঋষিগী অভিশাপকী নুংশিহৈতবা মথুংনা। শাওগল্লবা চ্যবন ঋষিগী অশাওবগী মৈরীনা রাজ্যপুম্বা চাকহললিবসি নংতনা ইংহল্বা ঙমগনি স্তুকন্যা।

সুকন্যা—চ্যবনগী চরন্দা চংজত্নুনা ঐনা নোঞ্জনা হায়জরবদি, ঐবু চাম্বিত্নুনা মাগী অশাওবগী মৈরী নেমহল্লোয়দ্রনে বাজি?

শর্য্যাতি—য়াররোয় কন্যা, ওয়ররোয় স্তুকন্যা। নংবু মতিকথোকপা শাস্তি পীথ্রিবমথৈদি মাগী অশাওবা শাস্তি ওয়রোয়দবনি।

সুকন্যা—শাস্তি ফংবা?

শর্য্যাতি—মানিবেম্মা! নংনা মাগী পুন্সিগী লোয়নবী ওয়থ্রিমথৈ মহাক্কী অশাওবা কোক্কদবা নত্তে।

সুকন্যা—ঐবু শাস্তি পীগে হায়বগী দমক মাগী লোয়নবী ওয়হনগে হায়না খল্লিরোয়রে মহাক্তি।

শর্য্যাতি—মানি সুকন্যা।

ঙাইহাক ওয়াখল তৌরগা মমাই হায়গত্নুনা লেপ্পুনা লৈখি সুকন্যা। মতুংতাবদা মপা মিংথৌবু য়েংলত্নুনা থুয়বা খোঞ্জেলনা হায়—পাবুংগী স্নাপুক্লিংনা করি খন্বিরিবনো?

শর্য্যাতি—করি খল্লুগনি কন্যা। অফ-ফত্ত ওয়াখল খন্নবগী পুক্লিংগী পাঙ্গল নপা ঐগী লৈত্রবনিনে ইবেম্মা। ঐগী রাজাগী ইংন-সুঙাইবা ক্ষিভম মাংলক্লেদো; মরমসিনা, চ্যবন ঋষিগী অভিশাপতগী হিংনবগী দমক নংবু—লাইবক চাউবী ইবেম্মা নংবুং পাংবুনা—মুংশিথংদবা নপা ঐনা—"'চ্যবন মুনিদা '"ঙসি।

সুকন্যা—অদুমক ওয়য়সনু পাবুং। ঐগী পুন্সি ঐগী থওয়াই, ঐগী হুকচাং ঐগী মুংঙাইব-ওয়াথল অসিশিংতমক অভিশাপ ফংলনু। অদুগা অভিশাপতগী কোল্লদুনা নু ঙাই য়াইফবা ফংলসনু পাবুংগী রাজা, পাবুংগী প্রজা অমদি পাবুংগী ওয়াথল।

\+ + +

অহল-লাইথুং-থুংলবা লাইনিংবা চ্যবন ঋষিগী পুন্সিগী লোয়নবী ওয়হনা লৈখে, নিংথিজনা যৌবন মপোংফারবী সুকন্যা কৌবী কন্যাদো। থাজৈশেংনা হায়রবদি চ্যবন ঋষিনা মাগী মতিকথোকপা চৈরাক পীবা ফায়বনু থোখে। অশাওবনা ইরংলংলবা লিলমনি ঙমদবা চ্যবন ঋষিগী মমিং অনিমকুদি শাদাগী ইনগা পান্দম্নবা য়াগনি। জাল অদুমক্তা য়েংশিন-কোঈশিদবু মপুক্কিং-ইংনা মশানা য়াজহনা লৌথি মশাতনোরবী মায়াগী শক্তি অমোম অমনা। প্রেমগী হুংশি-হুংওয়া ওয়াথৈ নত্তে, থেজাম্ন থল্লবা থুল্লবা অথেমওয়াইশু নত্তে, শাংগল্লবা, মরিংজেন থারবা ঋষি চ্যবনগী হুংশিমচেংমপক্তবা মমিৎ অনিনা থবক থৌদাং তাকপিবদনি। অদুগুম্নবা থবকশিং অদুত্তবু মপুক্কিংদা হিক্তোকপয়াফিদ্রবা ব্রত অমা ঙাকপনি থল্লদুনা মীনাইনুপীগী মতৌগুম্না ঙাকচরি শর্য্যাতি নিংথৌগী কন্যা সুকন্যানা। চ য়াল কম্না চংখে, থাশিং কয়ামসু হৌখে, চহীগী মতুং চহী কয়ানা ইনখে, চৗংঙুংগী চীরুবা মফমদা বসন্ত মতমগী নিংথিজবা দৃশ্য উরক্তে, অদুবু চ্যবনগী য়ুমলৈবা সুকন্যা কৌবী কন্যাগী মপুক্কিংদদি মতম লৈবথিবিক্তা কালেন্থাগী থাংঙমদবা মৈচাক তমক ফংলদুনা লেনখি। মুনিগী চৈরাক-অমসুংমীচৈ কীরবা মপুক্কিগী পোৎলুমনা নমথদুনা মশা অমসুং থম্মোই চোকথরবী সুকন্যাগী ইথাম-হাম্নবা মপুক্কিংদো মরক মরক্তা মুক্তি ফংজগনি হায়রবগী মমং মংখি। মপুক্কিংদা থল্লি, চ্যবন মুনিগী মমিং অনিমকগী অশাওবগী মৈশা ঝোকখে কায়না। ইংলবা অম-সুং মীমুংলিখৎবা ক্ষিংঙ্গেংনা মাঙ্গী মাইখোংদা য়েংবগুম্না তৌই চ্যবননা।—হন্দকমুক্তি ঐবু মুক্তি পীনবীরো তপস্বী—হায়জগে থক্তি।

মপীতরং তরং শিন্নহনা ওয়াহৈহন্ন হায়জগে হায়না হেক তৌবমক্তদা সুকন্যাগী মংকাওনখি। উবা ফংই অমক্তস্নু, হায়গুম্না শাওরবা মুনিগী লংলবা মমিং অনিমক্তুগী মুংশিহৈতবা মিংয়েংদো অহুম লৈরম্মি। লৈতে, চ্যবন মুনিগী থম্মোইদা থৌজান মরিক অমা, মীনুংশিমচেংমা ক্ষমা থক্তিক্তংস্নু পকপা লৈতে। সুকন্যাগী মপুন্সিগী অসিগুম্বা শাস্তি অসিদি লোয়ব থম্বা নায়খিত্ৰবনি।

নোংমদি অমুক্তস্নু সুকন্যাগী মপুন্সিগী ওয়াথল পুম্নমক্তো মেরা-থাগী মমৈগী মম্লবা লৈচিন অমগী মায়ানা কুপখিবগুম্না তৌই। উইফেং হেক তৌরুবদগী মমিং হেক পাংথোরকপদা সুকন্যানা উব ফংই, তশেংনমক তপস্বী চ্যবনগী মমিংনিগী অশাওবদো লৈরমদে। অওয়াব শুংঙাইতবগী মিংয়েংনা মাঙোন্দা মুন্না য়েংনা লৈরম্মী। 'ওয়াহংজখি সুকন্যানা—করিমতৌনো ঋষি? মহর্ষিনা শুংঙাইতবা উৎপীরিবদি করিগী ওয়রবনো?
অহুবু হেক হায়জগে তৌবদা সুকন্যাগী উইফেং তৌরম্বদা উখিরম্বা মংলান্দো পুমমাং মাংথোকখে। উবা ফংই সুকন্যানা—উ-অমগী মথোংদা লেপ্পহনা মহাক্কী মাইকৈদা চ্যবন মুনিনা শাওবনা চাও-থোক্লবা, প্রেম পক্তবনা ইকং-কংলবা, মীনুংশি থংদবনা কুপ্প-খৎপা লৈখিত্রবা মমিংনা য়েংহনা লৈরম্মী। কান্নদে, অরেম্বগী ম' হায়বহনি, অরেম্বগী উইফেং তৌরুবনি, অরেম্বগী আশানা শুম্নাংলবা অপাম্বনি। ক্ষমা মশকথংত্রবা তপস্বী-পামেলসিগী মমিংকী মশাদা মুংশিবগী লৈরাং কৈদৌঙৈদস্নু শাংকদবা নত্তে।

অহিং-মুংথিলগী পুংফম পুম্নমক্তো লৈশৌ-হাবুংমগী সেবা তৌব-গুম্না-তৌরি শর্য্যাতি মজাইবেম্মা সুকন্যানা। লৈশৌবুঙ অসিমক মাগী মফমদা লাই অমগী মূর্ত্তিগুম্না থোকখি। অমদি মহুবু ঈড়াচ্ছবী অমা ওয়হনা লৈখি বনবাসিনী ওয়রবী শকহেন্বী সুকন্যানা। মরক মরক্তা থৌরাংব মিংয়েংনা য়েংশিল্লি সুকন্যানা, অহুগা মাগী থম্মোই-স্তুংগী মুংঙাইতবা ফোংদোকচবা নত্তনা করিস্নু গতি লৈতহনা শোরমপী

খাংবা খাংনা অোরকুনা মকখায়দা অশাবা থুংশিজো মশাকসী অহিংবা মুংশিংকা তিরকহল্লি। তপস্বীশিংগী মশিং অনিদা তমবীরা শাজশিংবরী নৈশ্যাঙ্কুর, মক্লোমবদি মাৰ, তুংশাখরা জাইদনি মূর্তিমরি থজহনে। সেবা তৌজবা ওজমগদবনি স্তকন্যনা। উকংব-শাবা লাই অমবু লাজবগা থুংওাইবা অমদি অপেষা কাষা। পুরিং হকচাং শেংলা হায়না নিংবা—অতুগুম্বা থুংওাইব-অপোক-অমাংবরী ওয়াখল খনথিদে সুকন্যানা চ্যবন ঋষিবু সেবা তৌবসিদা। শান্তি পীরগদে হায়না খল্লিবা শঙ্কম অমনি চ্যবন অতুদি। সুকন্যাগী য়াইথীয়বা, থুংওাইব পাকথিরকা মপুক্কিগী অকপাখোলবু ইংকম-নেমাহনলদবা খোজেল অমতমু মাগী খনাউদগী থোকখিদে। সুকন্যাগা মথওয়াইগী কপ্পিংববু কুপাশিব লোওশিবা য়াগদবা লৌনস্কগী মরম অমতম্ব খিবা খংজখিদে। করম্বা কালদম্ব ফাগী-কারাং তৌহুনা ওয়রবম্ব, করাও-থুংওাইব। উকশিন্নবনা শোক্কুহনম্ব চ্যবন ঋষিগী মিংয়েংদা অইংক থুংনৌবগী মতম অমতম্ব পোকপা নৈরখিদে

ইনৌ-নৌনা বসন্ত ঋতু লাক্লে হায়বগী পাওজেল পুরক্লে মথাগী মলয়া থুংশিংনা, বনদুগী উরি-ওয়ারিগী মজোল পুন্নমক্তা উবা খংজে নৌনা য়েন্নিং হল্লকপা। কোকিলগী থুংশি খোজেলনা বনঅদু ইনিন-নিন্নখি। নৈরাংশিংগী থুংশি মনমা বনদু থুন্নখি। বনমদুগী পুখ্রী অমগী মনাক্তা নোংমদি চত্তুনা লেপ্পুই স্তকন্যা। স্তকন্যানা মপুক্কিংনা ওয়াখল তৌখি—সরোবরদগী ঈশিং অদুনা খৌরাংবগা লোয়ননা কাবু য়েংনা লৈরিমাল্লে।

মশাদা শেংচারক্লিবা উকুগী কিজোল লৌথক্লে, থমই নৈমায়দা পুন্নমক স্তকন্যানা। মকা-কথা শাক্তোনক্লবা থম্বালগী মজৌপগা অকুপ রাগল-থুম্বা মাগী মশাদো সরোবরগী ঈশিংদা তাওহন্নুনা ঈরুজদগী থুংওাইব-অমদি অইংবা কংলহনা য়ায়া মপুক্কিং পেজরে স্তকন্যা। কাইনখংদা পুখ্রীমপানগী উজঅদা লেপই। কামদেব তাজংপওয়ারা তাক তহেন্নবা মশাগী অকুপ অলোং-অথম্ব নৈতনা। শোকখক অমদি

নৌরবা কিতবু লৈগীইলরিক তৈশিন্নুনা খোংপা হেনগৎহল্লি সুকন্যানি। মং অমগী কোনুং মন্নাংদা লৈহনা মপুক্সিংগী তান্না লৈথোক্লবা ওয়া-কলগী টৈবাকশিংবু হংলবা ঈশিংজা অমদি লংশিৰা লৈরাংশিংগী ইলরিকশিংদা তৈশিন-তোংশিন্নুনা ইংজগে হায়না সুকন্যানা খল্লি-মাক্কে হায়না খক মায়।

ইৎং থংহৌদনা অমসুং ইথংথংমা মনাক্তা মী অমা লাকপগী খোংখোংগী মনিন তারক্লা যেংলে হায়না মমাই হেক লৈথোকপমক্তদা মমা দা নোক্লি তৌহনা শকহেনবা লম্বীচংপা নিপা অমা লেপ্লুনা লৈরক্তু সুকন্যানা উবা কংই।

লাকইবা নিপাদুনা হায়—ঐ অশ্বিনী কুমার রেবন্তনি। মশাগী চোয়থোখ্রবা ফিজোল চেংকশিন্না খোমজিল্লরে হায়রগা ওয়ারৌবগী খোম্থোক্লা সুকন্যানা ওয়াহংই—অদুবু, ঐগী ইনাক্তা নহাক্না লাকপগী মরমদি করিনো?

রেবন্ত—মরমদি নহাকী নরম্মনি শকহেন্বী।

সুকন্যা—ঐগী পরিচয় নহাক্না খংবা লৈব্রা?

রেবন্ত—খংই, নংদি শর্যাতি নিংথৌগী কন্যা সুকন্যানি, ন'দি চ্যবন মুনিগী লোয়নবী সুকন্যানি।

সুকন্যা: পরিচয় খংল্গদি সিদা লাকপদি করিগীনো?

রেবন্ত—নহাকী মপুংফানা নিংথিজবা যৌবনগী সন্তারবু ঐগী থবাক্তা কোনশিল্লিংবগী থৌরাংবকু থম্মোইদা পুক্না অসিদা লাকপনি ইবেম্মা

সুকন্যাগী থম্মোই অদো কোকিলগী মুংশি খোঞ্জেলদগী হেন্না খোইথুম্মরবা খোঞ্জেল অমনা শোক্লবদা তুজুংহনা তনিক তনিক তোই।

সুকন্যাগী প্রেম-পংশিল্লবা রেবন্তগী থমাউগী লৈশি-লৈশোনগী খোঙ্কে অমা খোল্লকুনা তোই। লাক্লো নূপীরক্তগী অখোয়বী, থুং চেলবী, কৈ'মক্ত ফজবী; লাক্লো নিংতুতাবশনিংথিবী, যৌবনগী সন্তার পুম্নদা হকচাং নোম্বরবী, পীতম্বগী শুমবগী; কায়দা কায়দা

চংশিন্ন কলো ইনাক্তা চিন্থাল খোইথুম্নরবী, কফোইয়াতাভাবী ;
—লৈরাংন-লৈতেংলবা, লৈনম্না থুঙ্কংলবা, কোকিলগী গুংশিখোঞ্জেল্না মুংঙাই-ঈথক হৌহল্লবা ওসিগী বসন্ত ঋতু অসিগা পান্দম্নিংঙাই ওয়না যৌবন মথোৎকারব। রেবন্ত ঐহাক্কী পুন্থুম-তাবা পাম্বোম অনিগী প্রেম্ন থুম্নবা আলিঙ্গন অসিদা হরাও হরাওনা নংগী হকচাং কৎশিল্লরো শক্তি-মচা-মিতা তাবী মুংশিবী।

গুঙ্কাৎপগী মতুং ওয়থিত্নুনা রেবন্তগী মাইথোংদা মুম্না য়েংলত্নুনা মপুক্লিং-লাংতক্নখিবগী-তনিক-তনিকপা খোঞ্জেল্না

সুকন্যানা হায়—নহাক্কী নশকস্ন ফজৈ, নওয়াইেসু নিংথিজৈ, মীনোকস্ন মুংশিজৈ—অদুবু, ঐবুদি ঙাকপীয়ু রেবন্ত।

রেবন্ত—করিগী অদুম্না শায়রিবনো নিপা-পুক্নিং পংহন্বী !

সুকন্যা—ঐহাকসে চ্যবন মুনিগী লোয়নবীনি।

নংগী খোঞ্জেল তাবদা ঐগী ওয়াখল থুম্মল্লি, নশক উরুরে প্রেম্না থম্মোই থুঙ্কংলি, পাম-কৈগী মিংয়েনা শক্তি-অমোমবু গুঙ্কৎপগুম্না নংগী মুংশি-মিংয়েংনা ঐগী মিংয়েংস্ন গুঙ্কংলি—অদুওয়রবস্ন, ঐসে চ্যবন ঋষিগী ভার্যানি—হায়বা ওয়াখল অসিমক্তি ঐগী থম্মোইদগী নহাক্না মুথৎপা ঙমদবনা ঐনা নঙোন্দা হকচাং কৎশিল্লসিরা হায়না অমুমুক হেক খল্লকপদা ঐগী থম্মোইগী আ-মথাদা লৈরিবা অফ-ফও-ওয়াখল খন্নবগী পোৎশক বিবেক হায়বত্নুনা ঐঙোন্দা থংলাউ-লাউরক্নুম্না তৌই তৌগনু কন্যা কৎকমু হকচাং, চ্যবন মুনিদা কৎখ্রবা পোৎশকপু অমুক্না কনাদা কৎকদৌরি। মরমসিনা ঐবু ঙাকপীয়ু লাইগী মাইবরেন রেবন্ত।

রেবন্ত—চুম্মি কন্যা, চ্যবনদা কৎখ্রবা নগী হকচাংনি ; অদুবু কচ্চরগা কুবিগদবা লাইহুদা শাইবংনা কচ্চনরিবনি।

জরা-লাইথুং-থুংলবা, ময়াং কংত্রিক কংলবা মশাদা যৌবন অমদি প্রেম মরিক অমতংস্ন পকথিত্রবা চ্যবন মুনিগী মফমদা নিংথিজনা মপুংকারবা যৌবম্না মমুন ফনমুল্লবা হৈয়াং-হৈনৌগুল্লবা নংগী নশাদু

কৎলুবগুদি চ্যবন মহাক্তি হৈরাংগী মহাউস্ থংলম্মোয়, চারবস্ হজম তৌবা ঙম্মোয়—অরেম্বদা নংনা কংচরুবনি কন্যা।

খংহৌদনা মথবাকী লুরবা মকমদা মচিল তুম্নবা তিংথং অমনা থুম্না থিংজবগী চৈনাখোল ফংবগুম্না তৌখি সুকন্যা। অচুম্মক্কি, রেবন্তনা হায়রিবসে, অরা-লাইথু থুংবা অমগী মফমদা তুকচবা, য়েংনিংদবা, অমদি মুংশিদবা হায়বা পোংশক অহুমসি কংথিবনি যৌবন হায়বা পোংশক অহুগী নাপল হায়বা নিপা অদুনা। অচ-ওয়রবস্ সুকন্যা কন্যা চঙকনা অমদি মুংবংননা ইতোপ তোপ্পা ওয়াখল অমা থবগী মতৌগুম্না ইহাম হায়বা মিৎয়েংনা য়েংলহনা খংজথে হোংনজখি—করিগীদমক মাগী থম্মোইদা চৈনাখোল ফংলিবা হায়হনা।

—সুকন্যা।

রেবন্তগী মীকৌসিদা মনিন-মশোল অমতা উৎখিদে সুকন্যানা। মাগী মকশিল্লবা অমদি অকীবনা কুপশিল্লবা মমিংকী মিৎয়েংদি য়াম থাপ্পা চৎথোকথ্রমাল্লে। রেবন্তগী তাথীবা ওয়াহৈশিংহনা অহুগুম্বা মল্লবা লৈশোবুংগী ওয়াংলবা নাপলগী হরাও-মুংঙইবা পুম্নমকপু মাংহল্লগে থল্লি। সুকন্যাগী মথবাক ফুনগৎলকই, মচিন্নাল থপ্পি তৌই, মমিং অনি শারিশারি, থুপ্পি-থুপ্পিতৌই, থম্মোয়, ডুং-ডুং-চোংই।

রেবন্তগী থৌওয়-উশিওনা ঙাংথোকখিবা তাথীবা ওয়াহৈ-শিংসিনা সুকন্যাগী মশাদা মপুক্কিং চেৎপগী নাপল অমা নপ্পম্বহু উংওয়না মাংহনগে হায়হুনস্ তৌখি। সুকন্যানা মমৈথংদা হায়—ঐগী ঈপু-য়োম্বববু লাইথুং-থুংবনি অমদি মশাদা যৌবনগী খুদম লৈত্রবনি থল্লহনা ঐবু ইরাই লাইনা খুতুমচম্বগী খুদোংচাবা তাঙ্গা নখুংনা ফংলে নিংলিবরা? সুকন্যাগী তুম্বৌগুম্না মচিল তুমলবা ওয়াহৈসিনা থম্মোইথুম্না থিবসিদা রেবন্তগী থম্মোই মমুংদা লোত্তুনা লৈরম্বা নাপল-নপ্পব-হরাওবদু ইফককককচন্দুনা লৈখি। মখল-মথাগী ওয়াথলনা ঙক্কৎতুনা রেবন্তনা মুম্না য়েংনা লৈখি সুকন্যাগী মাইথোং থম্বালদা।

শুকস্থানা হায়—চাবন ঋষিনা মশা মউফবা নিপা অমা ওয়রম্নবদি নহাক্না চাবনগী ভার্বাদা ওয়াখলহৌতৌ তৌদনা মতৌম্মুমা প্রেমগী মরোল খংহন্ব উম্মমগন্ত্রা?

রেবন্তন খুমই—খংলে শুকস্থা।

শুকস্থানা হায়—করি খংইবা?

রেবন্ত—খংলে মংগী অওয়াবা-শুংঙাইতবগী মরম। করিগীদমক নংনা য়াম্নিংত্রিবা অতুগ ঐগা প্রেমগী মরি থম্নসি হায়বদা নংনা করিগীদমক চিংনরিবা খোৎখোৎপা খংলে ইবেম্মা। অশেংনা থাজৌকো ইবেম্মা। ঐসে প্রেমরাঙদবা প্রেমিকা নত্তেকে। ঐগী প্রেম অসিদি মতেং-ফংজন্ত্রবী কনাগুম্বীমগী খুদোংথীবা তাঞ্জা য়েংলন্থনা ঐগী খুদোংচাবগী ক্ষেমফম খোরাংবা নত্তে। ঐসে থাওমৈ থান্দব অমম্বনী মমি থিরম্বনা চংশিন্বা মঙালপিক্লব তগুল নত্তে ঐসে তোল্লবা খোইমু লাব নত্তে—তুমন্থনা লৈজবী থম্বাল অপোম্বগী মশা কঞ্জব-ঙমজদবা মচিম্বালগী অমৃতবু খোবুম থম্না থক্লিংবগী খোরাংননা লাংতক্কবা রেবন্ত নত্তে। ঐগী থম্মোইদা মশান-পীনিংদবা প্রেমবু মুম্নবগী ওয়াখল লৈতে। লাইথুংনা শোন্দহল্লবা চাবন ঋষিগী তনিক ঙনিকপা মখুৎনা কোম-গোম্না পায়জরিবা নংগুম্বী নূপী রত্নবু ইরাই লাইনা মুম্নন্থনা নুংঙাইগনি হায়বা ওয়াখল থম্লুবা লৈতে মপুংফানা যৌবন মথোৎ কারবা রেবন্তগী মপুক্লিংআ!

রেবন্তগী ওয়াহৈন্সিং অসিবু থম্মোই-চাওরবা প্রেমিককী থম্মোইগী হৌরবা হন্নাওখোলনি থম্দুনা ওঙ্মাংলবী শুকস্থানা মনা থাঙ্গত্তুনা তাথি।

লাইনিংগী, লৌনমগী, লাইওয়া-মন্থগী, পাঙ্গলগী অমদি থুংলাইগী পাঙ্গলনা নূপী থম্মোইদা অওয়াবা, ওম্মাংপ পংহম্বা, অমদি অকীব-অথংবা, পোকহন্দুনা নূপীগী মশানা পীনিংদবা মখুংকী বরমাল্যবু মঙকশমদা হুকচন্দুনা চাওখোকনিংবগী ওয়াখল লৌথত্রবা প্রেমিক, মশানা বরমাল্য হুকচনিংলবী নূপীজা অমগী মখুৎকী বরমাল্য নত্তুনা

অপেন্বা লৈখিত্রবা মহাক্কী থম্মোই,—অদুগুম্বা তাংদালবা প্রেমিক অমনি হায়না রেবন্তবু সুকন্যানা থাজবা ওৎখি।

রেবন্তনা হায়—নংগী নপুক্কিংগী চিংনবগুম্বা কোকহনগে হায়না ঐনা থম্মি সুকন্যা! ঐসে লাইগী মাইবরেন রেবন্ত হায়বহুনি। অহল ওয়বগী জরা-লাইথুং কোকহম্বগী বিজ্ঞান ঐ নিংথিজনা খংই। মতম-কুইনা মারহুনা কংলবা হকচাংদা ইনো-নৌনা মশক-কান্তি-পুন্সি হাপচিন্নগুম্বা ঐহাকনি। তশেংনা হায়বদা, তাইবংমীগী মশা কহম্বগী অথুপ্পা মরন ঐ নিংথিজনা খংই।

খংহৌদনা হরাওবগী মঙালনা সুকন্যাগী মমিৎ অনিমক্তো ইরং-লংখি।

—অদুওয়রবদি, অহল ওয়রবা চ্যবন ঋষিগী মশা অসি নহা-পাখংগী মতোওয়া ওয়হন্নিয়ু ইবুঙো রেবন্ত।

রেবন্ত নোকফেৎ তৌই।—করে কন্যা অদুম্মক ওয়হল্লগে। চিং অসিদি মঙ্গুংদা লৈরিবা খুখ্রীমগী ঈশিংদা হিদাক্কী নিংথৌ ওয়বা চন্দ্রমা-থাজনা নীতিগী ঈরুজরিবা—অদুগুম্বা পুখ্রী অদুমক্কী মফম ঐহাক খংই ইবেম্মা! ঐহাকা লোয়নহুনা চৎলে হায়রগ চ্যবন মুনিনা পুখ্রীহৃদা স্নান তৌজরবদি সোয়দনা মশা-মউ-নোয়পেন্না-ফরবা নহাপাখং অম-গুম্না ওয়গদোরিবনি কন্যা।

—সুকন্যা ঐহা নোলুক্না হায়জরি।

রেবন্ত—নংনা হায়জবা। ঐনা হায়বসু নিংথিজনা তাথোকো, ইবেম্মা ঐগী অতোপ্পা ওয়াহৌদোক অমা তাথো।

—হায়বিয়ু

—ঐগা অমুক্কা নোন-যৌবনফংলবা চ্যবনগা—ঐথোয় অনিমক্না নংগী নথুংকী বরমাল্য ওকশমদা হুক্লিংহুনা নংগী নমাংদা লেপ্পবকো। ওয়াশক্কুনা হায়য়ু, ইবেম্মা, মাইথোং অনিহুদা য়েংলুবদা নংগী নথ-ওয়াইবু ওক্কহংপগুম্বা মাইথোং অদুমক্কী মঙক্কা বরমাল্য হৈকনি হায়হুনা। ঐবু ওয়রে, নত্রগা চাবনবু ওয়রে অনিসিগী মরক্কগী অমগী নহাক্লা

পুক্সিগী লোয়নবী ওয়বা—কমদৌরে, য়ানিংব্রা ?

স্থকন্যানা হায়—ওয়াশকচরে রেবন্ত।

রেবন্ত—অসিমন্ত ওয়াশকক্তুনা হায়রম্মু—ঐনা হায়রিবা অসি চ্যবনদা খংহনগনি হায়বসে।

স্থকন্যা—সোয়দনা খংহল্লগনি।

রেবন্ত—চ্যবন মুনিবু ঐগী ওয়াহৌদোক অসি য়াহনগনি হায়বসিমস্তু ঐগী ইকমদ' ওয়াশকলম্মু'বেম্মা।

থোয়না হরাওববী বনগী শক্তি'মোম'মগী মতৌগুম্না খংহৌদনা হরাওবগী মঙালনা লংলবা মমিং অনিমক্কী মিংয়েংগা লোয়ননা থোং-লবা থম্মোইগী থুম্নবা খোঞ্জেলনা স্থকন্যানা হায়—ঐ ওয়াশকচরে।

চৎখে স্থকন্যা কৌবী কন্যাদো। আশ্রমগী থাংপোকশংদা থুলুহনা কেথোক্লবী ওয়াহোং অশোমগী মতৌগুম্না থুথেক্কা শাথেক্কা লোয়নবা স্তুংশিমিংয়েংনা য়াংগংলবা চ্যবন মুনিগী তাইফেৎ তাইরবা মাইথোংদা মুন্না য়েংলহনা হরাওমনখিবনা তনিক তনিক্লবা খোঞ্জেলনা স্থকন্যানা অফবা পাউদু খংহল্লি।—নহাক্কী জরা লাইথুং কোকহল্লহনা অনৌবা যৌবন হাপ্পিরগনি নহাক্কী হকচাংদা লাইগী মাইবরেন অশ্বিনী কুমার রেবন্তনা। মপুক্লিংস্থংঙাইরবা চ্যবন ঋষিনা থাপ্পা লৈরিবা রেবন্তবু য়াইফ-আশীর্বাদ খংহন্দুনা থুদক্তুদ চংননবগী থৌরাং লোয়-শিল্লি।

অমুক্কা মনিং তম্নগনি শর্য্যাতিগী মমোম স্থকন্যাগী পুক্লিংগী ওয়াখল স্থকন্যাগী মথুংকী লৈরাং পরেংনা মাগী মপুরোয়বা বরিগদৌরি ঙসিসিদা। মী মহাক্তুগী মাইথোং উরুবদা মাগী থওয়াই শুদ্ধংপা ওয়বা—অহুগুম্বা মীশক অহুমকপু স্থকন্যাগী মথুংকী বরমাল্যনা বরণ তৌরগনি।

\+ + + +

আশ্রমগংগী চীক্লবা মফমদা তুমিন্না ফমহনা লৈরি স্থকন্যাদি। ঙসিসিদা অঙপগী মতৌ ওয়বা পরীক্ষা অমা ওয়গদৌরি। পরীক্ষাসিগী

মতুংদদি শুকন্যা কন্যাদি যাম্না ওয়াৎকল্লবা অমতুং খম্মোই য়াওন্নবা মপুৎরোয়বগী মরান্দগী খোকথিন্নুনা খোয়না খম্মোইচাউরবা প্রেমিক অমনা যাম্না খোঁরা'না কৌরিবগী মনাক্তা পুন্সিগী চংপা তাখ্রবনি। অদুবু, অওকপদি অসিনি, মিৎকুপ অমগীদমকক্ষু লুংঙাইতবা, চিংনবা অমদি মিহৌ কলকপনা চ্যবন মুনিগী থম্মোই লাংতক্লবা মতুং ওয়াক্রিবদি কয়িগনো ?

নোংলৈ-খুংশিংনা উ-মশাদগী উনা অমতং কোয়দংখ্রবদা চাউরবা দেবদারু পাম্বীমা থজিক্তুং লুংঙাইতনা তৌবগুম্মক্ষু তেঁথিদয়াম্লে চাবন মুনিগী মপুক্লিংদা ওসি শুকন্যা কন্যাগী প্রেম পামজরবা য়েৎবন্তুগী মওকশমদা শুকন্যানা লৈরাং-পরেং হুকখ্রবক্ষু। চৈরাক-ফংহনবা লৈরবী মীনাই নুপী-অমবু পুন্সিচুম্মা অথাবা মিংয়েংনা তুকচনা য়েং-হনবা লৈরক্লবা অদুগুম্বা লাইথুং-থুংলবা ঋষি অদুনবু মশা-ফরবা নিপা অমা ওয়ৎকল্লবক্ষু নূপী দুগী মাইখোংদুদবু প্রেমগী মিৎয়েংনা য়েংলগদোরিব্রা ? খোয়না থাজনিংঙাই লৈতে. মরম অসিমক্তা শুকন্যাগী থম্মোইদা তুজুংবা পোকই। মরম লৈ-লৈতনা মশামক্কী মপুক্লিংগী লাংতক্লবগী মতৌ ওয়রিবা থম্মোইগী মথক্তা শুকন্যানা য়াম্না ওয়ারৌ-বগুম্মক্ষু তৌখি।

কাবিগীদমক মাগী থম্মোইদা লুংঙাইতবা পোকইবনো, মশাগী মপুক্লিংদা মশানা হংজরবক্ষু থংবদদি ওমজখিদে শুকন্যানা।

হংজদে শুকন্যা অগুক কুইরবগী যতুংদা ওসি মহাকী নাম্বোক্লবগী ক্ষেক্ষম মমাংদা লৈরবসিদমক্ষু মহাকী থবাক্তী মীহুনদা অমদি লুংশা-লোয়দা অসিগুম্বা অনৌবা অমদি অওকপগী চৈম্নাখোল ফংলিবদি কয়িগীনো ?

আশ্রমগী মাঙ্গোলদা লাক্লিবা নিপা অনিগী খোংথাংগী মনিন তাবা ফংই শুকন্যানা। লাক্লে শকহেন্নবা য়েৎবন্ত, খুংদরে নৌমা মখোৎকাপবা চাকন।

—অশ্বিনিগী মজাইনেম্মা শুকন্যা। লুংঙাইবনা গুম্মংলবা য়েৎবন্তুগী

মুংশি থে ঙেলনা আশ্রমগী মাঙোলদু ইনিন নিললি। অদুগা মাগী খোঙেলদি কদাই? তুমিন্না লৈরিবদি করিগীনো সুকন্যাগী যৌবন মথোংকাবগী নাপলবু শান্তি-পীড়নতা লৈরিবা ১মসুং রেবন্তগী খোজান্না নোনা যৌবন মথোংকারবা মুনি অতমক্তি।

লৈরাং-পরেং মখুত্তা পায়দুনা শং মন্নুংদগী থোক্লকুনা মাঙোন্দা লেপ্লরে সুকন্যা। উবা ফংই, যৌবন মথোংকারবা নিপা অনিগী মূর্ত্তি চপ লেপ্তুনা লৈরে মাঙন অহুদা। অনিমক ফজবা চপমান্নই কুচুদা শারেপ্ত, শাবান্দা করিমতা থেন্নবা লৈতে। পান্থী অমতংগী লৈরাং অনিগী মরক্তা খজিকং থেন্নবা লৈবা অতুগুম্নমু অনিদুদা। থেন্নবগী খুদম অমতা উদে।

কান্তি-মঙালন ঙাল্লবা, মথাবোন্না ফল্লবা অনৌবা তেংপান্থীগী মতৌগুম্না যৌবন চংথোল্লবা হকচাং অনিনি।

রেবন্তগী মাইথোংদা মুন্না য়েংই সুকন্যানা। উবা ফংশি সুকন্যানা হরাওবনা ইরং লংলবা অমদি মুঙাইবনা নোকমিতৌরবা রেবন্তগী মমিং অনিমক্তো। রেবন্তগী তরুতরুবা অমসুং তরাউ তংউবা মমিং অনিহুদা থাজগী মঙাল ফংলবা সমুদ্রগী ঈথককুম্না পান্দমনিংঙাই লৈত্রবা প্রেম্নথুম্নবা মীকো অমা ঈহৌহুনা লৈরি। মহুবু উরু দা সুকন্যাগী মমিং অদিমক্তু শুজাংপগী মতৌওয়খি।

চ্যবনগী মাইথোংদা অমুক্তা মুন্না য়েংই সুকন্যানা, উরুবদা সুকন্যাগী থম্মোই ডুং ডুং চোংখি, মিহুন খাহুন ইচোয় চোয়খি। অশাওবগী মৈশা নত্তে, থাওয়দবগী মিৎয়েং নত্তে, নাপল নপম্ম নত্তে; খাংঙমদবা অনাবা অমা খাংবা হাৎনবদা লৈচিন্ন কুপ্পবা ওমিংকুম্না মকশিন্দুনা লৈরম্মি শকহেল্লবা চ্যবন মুনিগী মমিং অনিমক্তো। আশা-কায়রবা অমদি মত্তে-মতং ফংজত্রবা মতৌগী মিংয়েংগুম্মি। অশুক কুইরবগী মতুংদা মহাকমক্কী কংলবা লংলবা অমদি কুৎলবা মমিংকী কল্লবা চৈরাক্তা অওয়াবা ফংলম্বী নৃপীজা অমগী মথক্তা মহাক্তা মপুং-শারম্বা অহুবু লৈরাং-পরেং অমগী লমন থুম্নিংবগী মৈশানা উৎওয়না

চংখিদোরি, অদুগুম্বা শান্তিহু তুমিন্না থাংনবগীদমক লেপ্তুনা লৈরি চ্যবন মুনিদো। অদুবু, সুকন্যা কৌবী কন্যাদি মাগী কল্পনানা লাম্বা কংখিত্রবা দৃশ্য অমা উবগুম্না তৌরি; অঙকপনা থুক্কাংলবা থম্মোইগী হরাওববু ফাজল্লে হায়রগা সুং-নৌরবা মিৎয়েংনা চ্যবন মুনিগী মাইথোংদা য়েংহুনা লৈখি।

পামেল'মন্তগী লৈরাং অনিগী মতৌগুম্না তৈনবা লৈত্রবা ফজ-শক্তম অনিনি, অহুম্নদি ওম্নরগা অমগী মমিত্তনা হরাওবনা, অতোপ্পা অমগী মমিত্তনা অনাবনা শাদোং ওয়হুনা লৈরি। রেবন্তগী খোইরুমতৌবা মমিত্তা য়েংলুরগা সুকন্যাগী মিংয়েং শুক্কাৎকুম্না তৌখি, অহুগা চ্যবনগী পীহৌনবা মমিৎ য়েংলুরগা সুকন্যাগী থম্মোই শুক্কাৎকুম্না তৌখি।

ফুগাইন-শাত্তোক্লবা থম্বাল্-লকাগুম্না নোক্ফেৎতৌখি সুকন্যাগী মচিন্বাল। ঙসিদি মশামকপু মশানা উজবগুন্না তৌরে সুকন্যা। চ্যবন মুনিগী মমিৎ অনিমক্তা অহুগুম্নবা অনাবা অমা পাক্লকপহুদবু উবা ফংজগদ্রা হায়বগী আশানা শাংলবা সময় অসি ঙাক্ঙমদ্রবা অঙাইবমগী ব্রত ঙাক্লহনা লাকচরবী সুকন্যানি।

তপ্প-তপ্পা চ্যবন মুনিগী মমাংদা চংশিন্দুনা মেংলবা খোঞ্জেল্না সুকন্যান্না কৌই—ঋষি!

চ্যবন—হায়য়ু ইবেম্মা!

সুকন্যা—করি থম্বিরিবগে ঋষি?

চ্যবন—লমন খুয়োদনা।

সুকন্যা নোকমি-তোই—খুদোংচাবা তাঞ্জা ফংজরবদবু লমন খুমদনদি তোকত্রদো ঋষি!

চ্যবন—চুম্মি, ইবেম্মা, লমন খুম্নবগী তাঞ্জাদি হৌজিকসিমক্নি।

—লৌরো ঐগী লমনসে। চ্যবনগী মঙকশমদা বরমাল্য হুন্নহুনা প্রেম্ন-থুম্নবা মিংয়েংনা চ্যবন মুনিগী মাইথোং য়েংহুনা লৈখি সুকন্যা।

থংপ্রেক থংই রেবন্ত; অমদি মশামক্কী মপুক্নিংগী অঙকপবু থাংবা ঙমখিদবনা মথানউদগী থাগৎ ওয়াহৈ ওম্বনা থোক্লকই। স্বর্গগী শেংলবা প্রেম-পুম্নমক্কা নঙোন্দা পুম্নপা-পুম্না লৈবনা-পান্দমনিঙাই লৈত্রবা প্রেমগী মপু ওয়রিবী শর্য্যাতিকন্যা সুকন্যা নঙাকসে ধন্যনি।

# চারি

মপুরো অত্রিমুনিগী লৈরাংনখম্ম শাংলবা আশ্রমদা লৈরি থাজগী মচানুপী থাবলম্মা। লাইনিংবীনত্তে, অদুবু মাবু উরুরগদি, খন্দবা ঙমদ্রে, অখম্ব-নায়ত্রবা লাইনিংব মপুন্সি পুরহুনা লৈরিমাল্লে থাবলম্মাদো; মপুন্সিগী পুন্সি-মপু ওয়্যগদবা অমদি মানা খোরাংজখ্রা অমগী খোংথাং-মনিন জাননবগী লাইনি বনি।

চীংখৈ লাইরেম্বীনা নোঙ্ক্রকপদা নোংপোক-মাইকেগী চাইরুদা অমদি সন্ধ্যা য়োংক্রবদা নোংচুপ-মাইকৈগী মরাইবক্তা জবাকুসুমগী মচুনা রং তৌবগুম্না তৌরক্রবা মতমদা অত্রি-আশ্রমগী শংত্রিক শংলবা তপোবনগী চীক্রবা মফমদা সনারৈ-লৈরাংগী ছাতিনগুম্না নিংথিজবা অমদি লৈরাংন লৈতেং-ওয়হুনা মশাগী কজ নিংথিবগী লৈথেং হাপকৎলবা সিন্ধুবার পাম্বীমগী মখোংদা পংজা গুজানহুনা লেপ্পুনা লৈরি থাবলম্মা। উদুগী মথাদা নিংথিজনা হৌরিবা তিংথো শিংগী মতোন-মতোন্দা ইরং-ইরং লংনা পক্লিবা লিক্লামরিকশিংদুগী মাইকৈদা য়াম্না খোরাংলবা মিংয়েংনা ঙাইহাক য়েংহুনা লৈখি, অমসু মতমইশিনখিন্দনা মাগী য়াম্না খোরাংলব-থম্মোইগী অনাবদুবু ঙাইহাকী থেমজম্বনা নেমুজগে-ঈংহজগে খজহুনা তিংথৌগী তনৌরবা মতোনশিংদুগী নাচোম অমা নিংথিজনা শারহুনা মাগী নোং মতুনগুম্না মুরবা শমজিহুদা থেচিঞ্জই থাবম্না। অসিমক্তি সিন্ধুবার উনী উখোংদো অসিগুম্বা মকমসিদা নোংমদি লাক্তুনা লেপথিরকনি অঙ্গিরাগী মচানিপা উতথ্যকোবা মুনি-পাখংদো। নুরব-ঈশিংন-চাংজো চোম্লৈরবা পুখ্রীদা মকাকম্না-শাত্তোক্রবা থম্বাল-লৈরাংগী মতোগুম্না নিংথিজবনি উতথ্যগী হকচাংগী কান্তি-মণ্ডালদো! উদুগুম্বা মুনিহুমগী মখোংগী উকুলগী শেংলব-মশোকমনা শোকপদা তুজুংখিবহ অসিগুম্বা তিংথো মতোনশিংদা শরুহুনা লৈরবনি।

কন্যানিকমগী মমাংদা অতিথিগী খোঙম্নামচিাকশিংগী শরিচয়

থংগে থন্দুনা অত্রিমুনিগী আশ্রমদা নোংমদি লাকখিরম্বনি অহুগুম্বা উতথ্য মুনিদো। অহুগী মুমিত্তুদগী হৌরহনা সিন্ধুবার পামেলগী মখোংদো থাবলম্নাগী মপুক্সিগী লাইনিংকম ওয়হুনা লৈথ্রবনি ! মুমিংঅহুদা অনম্বা-ফিজোলশেংগী অহিং লাইরেম্বীনা মুমিংমঙাল উরক্লবদা মাইথোং লাংশিন্দুনা তবিং-তবিং চংথ্রবগী মতুংদা অমদি নোংপোক অতিয়াগী চাইরুংথক্তা মঙালন-ফিজেংম্নরবী চিংথৈ-লাইরেম্বীগী মীনোক্লা তারক্লবা মতমদা মফম অহুদগী চংখিরম্বা উতথ্যমুনিনি। অতিয়াথক্কী থৌওয়ানমিচাকশিংবু য়েংলি য়েংলিঙৈদা লোয়পোকথ্রমাল্লে উতথ্যমুনিগী মমিং অনিমক্কী থংনিংবগী মিংয়েংদো, মরম অহুমক্কা মানা উখিরমদবনি অমগুং থংখিরমদবনি, মহুদি মর্ত্তদা তারক্লবী থাবলগুম্না নিংথিজবী নূপীজা অমনা অত্রিমুনিগী আশ্রম অসিগী উরিকুঞ্জগী উরুমদা লৈরহুনা মহাক্কী থম্বাল মাল্লব মাইথোংগী কান্তি অমৃতবু মমিং-খৌইমু অনিমক্কা মপুক্লি পেম্ব-লৈতনা থক্লুনা লৈহৌই হায়বদে।।

অঙকপগী-মতৌওয়বা অঙাইবগী লাইনিংনিকো। লৈরাংন-থম্না শাংলবা সিন্ধুবার পামেলগী মথাদা লেপ্পহুনা লাপ্পালৈরিবা শংবাম্নবা চোঙাবনগী মাইকৈদা য়েংহুনা লৈরি থাবলম্নান।।। মাগী থবাক্কী লুরবা মফমদা লৈরিবা মুংশাশোর পুম্নমক্তো ঙাকপ-থিংব-ঙমখিত্রবা খৌরাংবা অমনা কৌশিল্বনা কনাগুম্বমগী মখোং অনিমক্কী মনিন অমত্তং তাজগে থন্দুনা মানা থাজত্তুনা লৈরিমাল্লে। চুম্মি, অঙাইবগী মশক ওয়রবা লাইনিংনি, থাবলম্নাগী মমিং অনিগী মিংকুপশিং পুম্নাংমাংখিহনা অমকপ-লৈতনা ফজরবা অমম্ব মুংশিবা মাইথোং অমবু মাগী মমংগী মায়ানগুম্বংলবা থম্মোইনা উজরিমাল্লে হায়না খল্লি। অমুকম্ব থ হৌদন মংফাওনবগুম্না তৌখি। অতিয়াথক্তা য়েংথংপদা থাবলম্নানা উবা ফঙই, ঈশিংখৌরাংসবা কলবিঙ্ক চেক্লাশিংনা ঈশিং থক্লিংবনা থকচানহুনা অওয়াবগী খোঞ্জেলনা অতিয়াগী মুংশিংপু ইনিন-নিনহন্দুনা পাইরি। অমোংপ পকথিত্রবা কত্রংগী ফিজংগুম্ন

লুরবা অতিয়াগী মবুক্তা লোং মচেং অমকাওবসু উবা ফংখিদে। অতিয়াগী অসিগুম্না ইহাং হাংবা ইন্না লুবা অমদি ইক কংবা কিজমবু উরুবদা চেক্লাশিংদু কন্নিমাল্লে হায়না খন্না যায়।

থাবলস্নাগী থরো অশংব ওমজনা মুরবা মমিং কনিমক্তো খংহৌদনা প্রেম্না থুমখি। অঙ্গিরাগী মচানিপা উতথ্য নহাকী থম্মোইস্ম অলুবা, অহাংবা অমদি অকংবগী মশক ওয়রবা অতিয়াগী থবাকৃকুম্না তৌখিবরা? প্রেমরসনা ঈনোংলবা ম্নংশিবগী নোংমচেং মতস্মু নংগী থম্মোই-অতিয়াগী চীক্লবা মফমদস্মু হৌরকখিরব্রা?

লৈরাং শাংলিবা সিঙ্কুবার পামেলগী মউদুদা লৈহাউ মচু ওমজনা নিংথিজরবা মাগাখদাংদু থম্লতনা ঈশিংগৌরাংবনা খৌগংলবা কলবিঙ্ক চেক্লাশিংগী তেংথা নাওইবগী মতৌগুম্না অনাব-খা ওমজ্রবা থম্মোইদগী হৌরক্লবা তনিক-তনিকপা খোঞ্জেলনা থাবলস্নানা হায়রকই - লাক্লো অঙ্গিরাগী মচাবুডো উতথ্য, নহামকী েমিকা ওয়রিবী থাবলস্না ঐহাক্কী-নিংথিজনা পুল্লবা শমজিসিদা নখু মক্লা নিংথিজনা থংপীরো তিংথৌ-অনৌবগী মতোল্লনা শম্বা নাচোম।

—ঈবেম্ম থাবল।

মীকৌদু তাবদা থংখেদা থাবলস্না। উবা ফংখি, অত্রিমুনিদো মাগী মনাক্কা লেপ্পুনা লৈরমই।

অত্রিমুনিনা হায় - তপথৌ থাবলস্না, নংনা নি লিবদো সোয়দনা ঈপুনা থুংহনগনি।

লকাফম্না শাম্ভোক্লবা থম্বালগী মতৌগুম্না হরাও-মীনোক-মম্ভাল্লনা নিংথিজখি থাবলস্নাগী থাজ ওমজরব মাইথোংদো। থোংলবা অমস্নং থেনজিন্না-ওয়াইনো থাবলস্নাবু মপুথৌ অত্রিমুনিনা থেমজনখি,—চিন্তা তৌগম্ম থাবল। উতথ্য মুনিদি খংজদে, পূর্নিমা-থাজগী থাবলনা মূর্ত্তি ওয়না চোংথোরকপগুম্ কুচু কুমেন নিংথিজবী, লাইনুরা-ওমজনা লাইথম্মোই স্মঙ্কাংপগুম্বী, অমদি মাইথোং থাজনা থাজবু ওমজবী, থাজগী মচানুপী থাবলস্নানা ঐগী তপোবন অসিদা উতথ্য মহাক্তগী

পান্নমনিংঙাই লৈত্রবা প্রেমবু পামজহনা লাইনিংবী-ওয়হ্না লৈরি হায়বসে।
থাবলম্নানা হায়—অহুবু ঈবুধৌ, মহাক্তি পুন্সিসিগী ওয়না অহুম খংদনা লৈয়দবনি।

খোইরুম মোমোম নোকপনা মগুনুপী থাবলম্নাগী লাংতকবা থম্মোইহুবু ইকাইবা পীতনা অত্রিমুনিনা হায়—এ ঙসিদিমক নংগীদমক অঙ্গিরাগী আশ্রমদা চংকনি। নংনা লাইনিংবগী ওয়ারি লোয়নমক খংবা ঙমজগনি উতথ্যনা।

মতুংতাবদা থৌজাম থল্লব থম্মোইগী মিঙ্গংশি খংবা মিংয়েংনা থাবলম্নাদা য়েংলতনা খোইথুম্নরবা খোঞ্জেলন্না অত্রিমুনিনা হায়—নোংমগী ঙমিংতা অফবা ক্ষেমক্ষম অমদা ঈশামক্কী ঈথুংসিনা উতথ্যগী মথুঙা-নংবু সম্প্রদান তৌগদবনি।

\+ + + +

চংখরে মহর্ষি অত্রি। অতিয়াথক্তা মমিংকুপ্পনা মতম খরদং য়েংহনা লৈথি থাবলম্না। শনথি মাগী মপুন্সি-অতিয়াদগী চুন্সিসিগী ওয়না কলবিঙ্ক চেক্লাশিংহুগী অওয়া-খোঞ্জেলদো মপুধৌগী থৌজান মুংশিংনা হুমদোকখহনা লাপ্পবা লমদমদা চংখমাল্লে। ঙমিদাং ওয়াইরমগী ঙমিংকী অনুরাগনা ঙাংঙনবা মচু শংশরে মাইকৈ মরিগী চোঙাবন্দা। মুংশিংকী শউম ফংবদা উরি উনাশিংনা লেংব লোম্নগী তপ্পপ্পা মখোলশিংদো লাপতক্লা তাবা ফংই, খোঞ্জেলহু তাবদা মাগী মুংশিথোয়বা উতথ্যমুনিগী থোংলবা মখোং থম্বালনা তপ্পপ্পা থাংলকপগী খোংথাংগী মেংলবা খোঞ্জেল অহুমক্কা মু‧শিরবা ঈশৈগী মুর ওয়হনা মুংশিংকী ঈপোমদা তাওরহনা লাক্লমাল্লে থল্লি থাবলম্নানা। তাব ফংঙি থাবলম্নানা, পুথ্রীদা শান্নরিবা ঈশিংদা হৈনবা চেক্লাশিংগী হরাওখোল উতোন-উতোনগী উনাশিংবু মশাঙক্লগী মুংশিংনা হায় হুমহন্দুনা মাগী মাগী মহুম থিবা হৌরক্লে ঙমিংচুপ্পা পাইরুবদগী মঘ অমদি মশা চোকথরব উচেকশিংনা। আশ্রম শং মমুংদগী কস্তুরী-কর্পূ

হাল্লবা আগরবর্ত্তিকী মনন্থু মুংশিংনা হুরান্দুনা মাইকৈ মরিমক্তা হুরাহুন্না হুন্দোকলি ; মুংশিরবা হৈনম কৈনম্না হারবা কুম্মে অমগী হুরাওবনা কুপশ্নাল্লে সন্ধ্যাগী তপোবনগী মালংববু।

আশ্রমগী খাংপোকশংদা হজিল্লক্লে থাবলস্না। অমদি হেক হজিল্লকপমক্তদা হান্ন-হাংগী মতৌগুম্না ওসিস্ত অংকা অংকপনা পংশন্বী ওয়হুনা ইকক-ককচন্না লেপই। মানাউখি নীতি খুদিংগী সন্ধ্যাদা ওয়বগুম্না অতুগী সন্ধ্যাহুদস্ত শংদূগী থোংজিন্দা তাহুনা কৈরম্মি সনামচুমাল্লবা থস্বাল অপোম্বমা।

শকউদবা অমদি লেন্নচংপা কনাগুম্ব পূজারী অমনা কচ্চবা কৈরাংবু নীতি খুদিংগী সন্ধ্যাদা মতৌগুম্না শকহেন্বী থাবলস্নাগী আশ্রম শংগী থোংজিন্দা কৈখা তাথরবা হায়জ নোঙ্কবগুম্না তাহুনা কৈরিবনো ? খংঙদে, খংবস্ত ঙমজদে অমদি কল্পনানা লাম্বদস্থ য়োবা ঙমজদে থাবলস্না ; কদাইদগী লাক্লিবনো অতুগুম্বা সনামচুমাল্লবা ফংঙমদ্রবা থম্বালদো। তৌইগুম্বসুং অঙকপনা পংলবা অমসুং অকীবনা তুজুংলবা মিংয়েংনা নীতিগী য়েংই থাবলস্নানা। থাবলস্নাগী প্রেম্ন-লাংতক্করবা থম্মোইগী লাইনিংবু চৈথা অমনা থুগায়রগে হায়বগী দমক খংঙমদ্রবা পোংশক্তু মাগী থোংজিন্দা থুংলরমাল্লে হায়না থল্লি। খথা য়ায়, মায়বিষ্যা চংখোলনা হৈংরবা মীশক অমগী নিংজবা অমনা মীন উঙমদ্রবা মীরূমগী মতৌগুম্না থাবলস্নাগী থোংথাং খুদিংগী থঙ্গুন লিহুনা চংলিবরা ? কনানো মঙ্মক্তি, কদাইদা কৈবনো, অমদি করম্বা মতমদা লাক্লগা করম্বা মতমদা চংখি. করিমতা থ বা ঙমজদে থাবলস্নানদি। মাগী মকোক মঙক পান্দমাল্লে, মরোলস্থ থোক্তমাল্লে ; মহুদি মরোল ইরোল লোন্দনা হায়জবতনি।

উরূরগা অকিবা ফংই থাবলস্না ; তুজুংথি মাগী হুংশাশোর ; অহুবু ঙাইহাক্তং কৈরগা অকি-অংং পুম্নমকপু থৌওয়দবা অমদি তুক্কচবা মিংয়েংনা য়েংথোক্লে হায়রগা সনাথম্বাল অপোম্বহুবু শোকউগনি থেংউগনি হায়বগী মতাগুম্না থর থৈরপ চঙ্গুনা শংমন্থুংদা

চংশিনখি থাবলস্না। মপুক্কিংদা চিংনবা পোকই থাবলস্নাগী, লৈরাংনলৈত্তেংলবা সিন্ধুবার পামেলগী লৈরাংপুম্নমক্কী কান্তিমণ্ডালবু মকশিলহনগে হায়বগী ওয়াথলনা মুংত্তিগী লাক্‌না মাগী পুন্সিগী লম্বী-মমাংদা চেকশিন্না শৌ-থাক্লবা শরো অমনা সনাথম্বাল অপোম্বগী শক্তম লৌরক্তনা লৈরম্মিমাল্লে হায়না। অওয়বমক্কি নত্রবস্তু ওয়াওয় থৌওম্নদনা ওয়রবস্তু উফুল পক্লবা থম্বাল অপোম্বত্তগী মাইকৈদা মমাই লৈশিন্দুনা য়েংখিদে থাবলস্নানা। নোংমক্কী নোং-ঙাল্লমদাই ওয়রক্লবদা চেক্লাশিংগী অহাম্বগী থোঞ্জেল্‌না আশ্রমবু য়াকাইরক্লবা মতমদা, থাবলস্নানা আশ্রমশংগী থোং হাংদোকক্‌না মথোং কাস্থোক্কে হেক তৌরুবদা খংপ্রেক খংনা উবা ফংই—অহিং-চাক্তবা ঈচুম্নীনা চিকপদা মচেৎ-মচেৎ ওয়না থম্বাল লৈনশিংদো ইচোম্ন চোয়না তাত্তনা লৈরম্বদো।

য়াম্নদি অফবা খুদম্নি, অত্তওয়রবস্তু চিথায়রবা অমদি চায়থাইত্তনা লৈরিবা থম্বাল লৈনশিংত্তনা খংহৌদনা চৈথাপীবগুম্না তৌখি থাবলস্নাগী মুন-য়ুঙ্গানরবা মিৎকীপানা ফজবা থৌগৎলিবা মমিৎ অনিমক্কী মিৎলু অনিমক্কো।

কনানা শংগনি, করম্বা অপং-থৌনা উৎপা নিপা অমগী পংজা-শুজা-নবা মমং অমনা অরাম্বালম্বী চৎকে হায়না লাকপদগী লম্বী মাংখিত্তনা উফুল ওম্নমা চংখ বরা ? ওয়থোক্তবা ওয়াথল ওয়রবস্তু ওয়াথল অমদি অরেপ্পনিদনা, অপংবঃ মং ওয়রবস্তু মং অমদি অরেপ্প-নিদনা। শেগায়বা থম্বাল অদূ থোংন নৈহৎলবা লাই-প্রসাদ-কুম্না থাবলস্নাগী থোংজিন্দা তাত্তনা লৈরি। য়াম্না ফরে তাত্তওয়রবস্তু য়েংবদদি ফজদে অমস্তুং মুংঙাইতবস্তু পোকখি থাবস্নাগী।

থম্বালদূগী মাইকৈদা মুম্না য়েংশিল্লু্বগা থাবলস্নাগী চৈথাচারবা মমিৎ অনিত্তনা মরোল-ইরোল-লোন্দনা অস্তুম্না—
হায়জগুম্না তৌই—থাপ্পা চংখে্‌া শকখংদবা মাম্নাবী অমনা ঐবু নিংজবগী কচ্চরক্লবা ঐনা মুংশিজত্রবা খুদোল। উতথ্য মুনিদা থম্মোই কথোকখ্‌বী থাবলস্নাগী থোংজিন্দা থুংলরগা নংগী লম্বি মাংখ্‌ বরা ?

অহুবু, থাবলম্নানা হায়জবদূ অরেম্বা ওয়খে্র। তপোবন কোইরুবদগী থাবলম্নানা থাংপোকশংদা হঙ্খিল্লকপগা সন্ধ্যা-খুদিংগী উবা ফংখে্র—শকৃখংদবা কনাগুম্বা প্রেমিকী শুম্নাংলবা থম্মোইগী খুদোন-পোংকুম্না মাগী থোংজিন্দা তাহুনা লৈরিবা থম্বাল অপোম্ব অমমম।

ঙসিম্ব উবা ফংই অমম্বুং উরুরগা অঙকপা পোকই থাবলম্নাগী; থম্বাল লৈনামগী ময়াইমক্তদা নম্লম্মি রক্তচন্দনগী বিন্দু অমা, কয়ামরুম অকিঅখং-খংদবগী মত্তং ওয়ররুবনো অথুপ্প-প্রেম মঙমদা শিংলবা মায়াবীদুগী মপুক্লিংগী ওয়াংন্দো।

লৌবা য়ায়, থম্বাল-লৈনাদা নম্লিবা বিন্দু-অদো রক্তচন্দনগী বিন্দু নত্তে, পামজগম্বা লিল অমগী ঈ-তৈরবা মচিম্বাল্না চুপ্পগী চিহ্নবু মশবাক্ত থম্লহুনা থম্বাল অহুমক্লা থাবলম্নাগী চেংলবা লাই-নিংগী মহৈ অর্মদ মুংঙাইবা অনিমকপু পুল্লপপুন্না মাংহল্লগে খন্দুনা সন্ধ্যাসিদা মাগী থোংজিন্দা থুংলুরমাল্লে হায়না। শকউদবা পামগন্ব হুনা অরেম্বদা থওয়াই পশিংচাউবা শারহুনা লৌনম্বগী লাং অমদি ফওবা শরৌগী শৌ-থাকপগুম্না তৌরিবহুবু খুদক্তুদা চৈথা অমনা পুমতোয় তোয়হম্বনা ফগত্রা হায়না খর্ল্লি পাবলম্না। মথুংনা থম্বালদূ লৌখত্তুনা তিংশংপাম্বা পামেলন-পরেং-পরেং হৌরিবহুদা উরি-উনানা য়েংশিন কুপশিন্দুনা লৈবনা পাক চংশিম্বা য়াত্রবা মফমহুদা লৈরিবা লৈশৌবুংগী লাওরবা লৈখুলসিদা লংশিন্দুনা লৌনম্বগী লমন খুমদবা য়াদে—ওয়াশল অসিনা লাংতরুবা ওয়থি থাবলম্নাদো।

—ইবেম্মা থাবল।

খংহৌদনা মবুধৌ অত্রিমুনিগী মীকৌতাবদা থাবলম্না হম্বথি অমম্বুং মমাই লৈহুনা য়েংথোকই।

অঙ্গিরাগী আশ্রমদগী হল্লক্লে অত্রিমুনি। চংলুবা মরমদম্ব নিংথি-জনা পাংথোরক্লে। খোইরুম মমোন নোকপনা থম্মোইগী মুংঙাইবা পুন্নমক হাংদোক্তুনা মবুধৌ অত্রিমুনিনা হায়—ঐনা পুক্লিংচংনা হায়-

রুবত্নদা হরাও-হরাওনা য়াবিরক্লে। লেংত্রবলাইনিংগী মতৌগুম্না উত্তথ্যবু নংনা নিংঙ্গবগী ওয়ারিপুম্বা অমত্তা চিথদনা তম্ম্বত্নদা মাদি অঙকপনা পংশম্বা ওয়খে। নংবু লূহোংবদা মাগী য়ানিংদবা লৈতে হায়না পুক্নি তিংনা হায়রক্লে।

মবুধৌ অত্রিমুনিবু খুউ-খুদেক্না খুরুমত্নুনা অমস্তুং মখুৎনা খুয়া উকুল লৌরত্নুনা মরাইবক্তা হাপচরগা থাংপোকশং মন্নুংদা ন্নুংঙাইবগী থোংথাং-থাংত্নুনা চংশিল্লি থাবলম্না। কর্পূর-কস্তুরী য়াম্লবা আগরবর্ত্তীগী মৈথুংঅদূ মরৈ-মরৈ তাশিন্দুনা থক্তা খজিক্তুং কাখৎলগা হায়থরক্লুনা থাবলম্নাগী হরাওবা অমদি ঈকাইবনা গোলাপমচু মাল্লবা চাইরুংদা, খজাইদা, খদাংদা হম্না-হম্না য়ৈরবে, অস্তুম হায়না লৌবা য়ায়, লূহোংবগী মতম য়্রৌরক্লে খংত্নুনা ধূপকী মৈথু অত্নুমক্না হৈশিংলবী নূপীমগী মখুৎকী খোর্জেংগুম্না থাবলম্নাগী মাইথোংদা কুঙ্কুম-কস্তুরী মহীনা মঙ্গলগী চিহ্নপুম্নমক য়েক্লিমাল্লে। থাবলম্নানস্তু নিংথিজনা খংজরে—মাগী পুন্সিগী নিংজবদূ ঙসি হায়বা ন্নুমিংসিদা ন্নুংশি'মনম্না হাহল্লে।

\+ + + +

লমদা থাগী সন্ধ্যাগী ন্নুংশিত্তো অহংবনা খরদং অভিষেক তৌব গুম্না থোক্লে। ন্নুংশিত্তো ইংবদা নত্তে, ন্নুংশিং মশামক্কী শউম্না খর ইন্থমগুম্না তৌরে। অত্রিমুনিগী আশ্রমগী মঙ্গোন্দা উৎসবত্নদা য়াও-জগে হায়ত্নুনা কর্পূর মনম নম্লবা ঘীগী বর্ত্তিদূ মশা চাকথোকহন্না মফমদূ ঙাল্লহল্লি। মবুধৌ অত্রিমুনিনা মন্ত্র থীরত্নুনা উত্তথ্যাগী মফমদা মশুনূপী থাবলম্নাবু সম্প্রদান তৌখে। থাবলম্নাগী মখুত্তা উত্তথ্য মুনিনা কুশকী খুজি শিজিন্নীরে। আশীষ পীরমত্নুনা চংখে মবুধৌ অত্রিমুনি।

উত্তথ্যনা কৌই—ঈবেম্মা থাবলম্না!

থাবলম্না—ত্তাকপিসি প্রাননাথ!

উত্তথ্য—এ্রৌজিক হল্লগে।

খংহৌদনা মিংয়েং মাংখিহন্না তৌই থাবলম্নাগী হরাওব নম্লবা

অমদি থরো অশংবগী মঙালপুরবা মমিং অনিমকী। চৈত্রগী সন্ধ্যাগী মুংশিং অতুম্ব থংহৌদনা মিনুংশিথংদবগী মতৌ ওয়থিহনা অমুক্তং শোর কামশিন্দুনা কপূরগী বর্ত্তি অতু মুখৎলগে তৌরমাল্লে। বর্ত্তিতগী মৈশানম্ব থংহৌদনা থাবলম্নাগী কুশগী খুজি অদু জমওয়হনগে থল্লমাল্লে, উৎসবকী মনমমুংশিরবা মথ ওয়াইদো উতথ্য মুনিগী ওয়াহৈমতং তাবদা ওয়াম্বথ্ মাল্লে হায়বম্ব খল্লি। থাবলম্নানা হায়—ইবুঙোনা হৌজিমক চংপীদোরিবদি করিগীনো? উতথ্য—ঐগী থৌদাং পাংথোক্লেদনা, অতুগা নংগীম্ব নিংজবগী ব্রতদু মহৈয়াম্বা হায়বদু ওয়রেদনা।

থাবলম্না—ঐবু ঙাকপীয়ু প্রাণনাথ, ইবুঙোগী ওয়াংগী অর্থ ননাইদি নিংথিনা খজবা ঙমদ্রে।

উতথ্য—নংসে উতথ্য মুনিগী যুমলৈমনি, অসিমক্তা নংগী নপুন্সিগী তশেংবা পরিচয় ওয়দোরিবনি। ঐবু নপুরোয়বা ওয়না ফংজগে থন্দুনা নংনা তপস্যা তৌজথিবদু ঙসিদি তপস্যাতু মপুংফাবা হায়বদু ওয়রবনি। ঐগী ইথুৎমক্তা য়াম্না হৈনিংবগা লোয়ননা নংগী নখুত্তা কুশগী খুজি শিবিথ্রবনি, মরম অসিনা হায়বনে ঐগী থৌদাং লোয়রে হায়বদি। নপূক্লিং পেল্লবী, নিংবথুংলবী ব্রতঙাক্লবী অমদি মিংচংচাওনা চংলবী থাবল, হৌজিকতি হরাও—হরাওনা মাইথেং লাংশিন্দনা, অমদি নপুক্লিং লাংতক্লদনা ঐবু বিদায় পীরো।

থাবলম্না—তশেংনা হায়রবদি, মহর্ষিগী থৌদাং হৌজিকম্ব নিংথিজনা মতোল লোমদ্রি, অতুগা ঐগী নিংজবগী ব্রতম্ব মহৈয়াম্বা হায়বত খোকত্রি।

অঙকপগা লোয়ননা থাবলম্নাগী মাইথোংদা মুস্তিক য়েংহনা উতথ্য না ওয়াহংথি—নংগী করিহায়গদবা লৈরিবগে? থাবলম্নাগী মাইথোং অতুমক্তি তাঙ্গাহৃদা লিক্লানা লৈতেং ওয়রিবা থম্বাল লৈনগুম্না নিংথি-জথি। মমিত্তগী শিন্থরক্লবা ঈরানা চাইরুংদগী তরং তবং চেস্থরক্লনা মথাদাংদা য়েক্লিবা কুক্কুমগী মম্বী মুথৎথি। ওয়াহৈ-মতেক ওংনা থাবলম্না হায়জৈ—ঐনা নিংজবদি অসিনি খবি,—নহাক্তা লুহোংলবী, নহাক্তী

প্রেম পামজরবী অসিগুম্বী নূপিজাগী অহাংবা শমজিদা অহাম্বগী ওয়না নহাকী নখুৎমক্না অহিংগী লিক্লানা নিংথিজনা অভিষেক তৌরব। তনৌবা তিংথৌ মতোনগী নাচোম থেৎপীদুনা ঐবু পলহম্বিগনি।
ঐগী পুন্সিগী অপেম্বগী মশক ওয়না তরাম্না তৌবিববু নোংমদি ইবুঙোগী মক্ষমদগী ফংজগত্রা খঞ্জদুনা শাংলবা মতম অসি ঈপুগী আশ্রমগী সিন্ধুবার পামেলগী মখোংদা ফম্লদুনা লাইনিংবীগী মতৌগুম্না নিংজদুনা লাকচরিবনি।

উতথ্যনা হুংঙাইতবা ফোংদোকই—লানথেংদনা ইবেম্মা, অমদি নপুন্সিদা য়াম্না শেরান্নবা নমং অমা নংনা নিংথিজনা য়োক্কুনা চাওহল্লুরেদনা।
থাবলম্মা—করিগীনো ঋষি? কমদৌনা লানথিবনো?
উতথ্য—নংগী শমজিদা তিংথৌ-মতোনগী নাচোম থেৎপীদুনা নংবু ফজহনগে হায়বগী ওয়াথন্দি উতথ্যগী মপুক্লিংনা কৈদৌঙৈদস্থ ল্লুরমদেদনা।

চৈথাচারবী লমখুন্নু অমোমগী মতৌংম্না অওয়াব-খোম্থোক্না থাবলম্মানা হায়জে—করিগীদমকনো ঋষি?
উতথ্য—থাজগী কন্যা থাবলম্মাগী প্রেম-পামঙনা ঐদি নোংমতম্নু নোংদম্বগী থৌজান ভিক্ষা নিখিদ্রি। ঐগী পুন্সিদা নংবুম্নু উখিদ্রি, উবদা পুক্লিংহুংঙাইহম্বী শকহেম্বী। নংনা ঐবু নিংজবদুতবু ঐনা থৌজাম্বিনা থুংহন্বিবনি। নহাকসে উতথ্য মুনিগী লোয়নবীনি—পরিচয়সিদবু স্বর্গলোকতা অপেম্না ওয়হনগে থন্দুনা নখুঙা কুশকী খুজি শিবিরুবনি। অসিদৈ অহেম্বা নংনা আশা তৌবদি চুমদ্রেদনা থাবল। অঙ্গিরাগী মপারি উতথ্য ঐহাকসে নহাকী নপুরোইবা তশেংবনি, শেংনা থাজোকো থাজগী মমোম। অদুগা অসিমম্নু তশেংনা থাজো—নংগী প্রেম পাম্নবা প্রেমিক্তি নত্তেহৈ ইবেম্মা।

ওয়াগীমচেৎমঙাংদনা উতথ্যমুনিগী মেংলবা খোঞ্জেলগী মৈশাগুম্ন শারবা ওয়াহৈশিংদুবু তাদুনা লৈরি থাবলম্মা, অদুগা মপুক্লিংদা খল্লি,

চুম্মিদনা, ওয়াহৈসিদি অওয়বমক্কী ওয়না ইংলবা, লূন-শেংলবা অমদি মপামলৈত্তনা পাক্লবা অতিয়াগী থবাকল্গুংগী ওয়াহৈনি। নোংগী ঈশিংনা থজিক্তংসু চোংহন্বা মায়া অমতসু মাঙোন্দগী খিক্তরক্রবা অতিয়ানি, অচৌগা বজ্র থাদারকপদদি য়াম্না হৈশিংখ্রবনি। অমগা অতিয়াসিনা থংসু থংদে, মচৌদি অতগুম্লবা বজ্রচৌগী মৈশাচুমক থাংবা হোংনজবদা ঐগী কুশকী খুজি অসিদি মিংকুপ্তদা মৈতাল ওয়না চৎখি-দোরী হায়বসিদি।

খোংলবা খোম্থোক্লা থাবলস্নানা হায়জৈ—ঙসিফাওবসু উবা ফংবিদ্রিবো ?

উতথ্য—করিবু ?

থাবলস্না: নহাক্কী পান্দমনিংঙাইলৈত্রবা প্রেমবু পামজবী থাবলস্নাগী মাইথোংবু হায়বা, প্রাণনাথ।

থংহৌদনা হৌরক্লবা চৈত্রগী মুংশিংকুম্না লাকশন-ফাজনয়াদ্রবা খোঞ্জেলনা থাবলস্নানা হায়জৈ—থাগী মচানুপী থাবলস্নাগী মাইথোংদা মুন্না য়েংচৌনা অমুক্তংদি হায়য়ু ঋষি, নংগী মঙালপূরবা নমিৎ অনিদুগী করিমতা খৌরাংবা লৈতে হায়চৌনা। নিক্ত্রবা খোম্থোক্লা হায়রম্মু, ঐগী অসিগুম্লবা নোংমতুম-ঙমজনা নিংথিজরবা শমজি শোকনিংবগী খৌরাংবনা লাংতক্লবগী মতুং ওয়দে নংগী পুম্নং তারবা পাম্বোম অনিমক্তো। অসিমসু হায়রম্মু, নংমক্কী প্রেম-গুক্সংলবী থাবলস্নাগী পাম্বোং অনিশিনা নংগী নঙকশমদা হৈনোপাম্বিদা উরিরৈ-লৈরাংউরিনা য়েৎপগুম্না য়েৎলরবদি নংগী মুংশাশোর হোন্দোক-হজিন্দা য়াম্না অচিন্বা ওয়গনি হায়বসিসু।

উতথ্যনা হায়—অরেপ্পা ওয়াদি হায়বা ঙমগনি।

—শাস্ত্রে-অমসু ধর্মথংলবা, অশেং-অমাংথাইনা চংলবা, ব্রত ঙাক্লবা, ইন্দ্রিয় দমন তৌরবা অমদি ওয়াশকচেংলবা উতথ্যমুনিগী মফমদগী অরেপ্পা ওয়াঙাংচৌমক তানিংঙি।

উতথ্যনা হায়—শজিমিত্তা তাবী, হকচাং তথোংলবী, অমদি যৌবন

মথোংকারবী থাবলস্নাদা অরেপ্পা ওয়াঙাংদমক খংহনগে খল্লিকো।
থাবলস্না—হায়হ্ খষি।
উতথ্য—নংসে অরেপ্পনি নংগী নশক অরেপ্পনি, নংগী প্রেমহ্ অচেংপনি; অহুবু ঐহাক্তদি অহুমক্লা শুদ্ধংপা ওম্রি থাবলস্না। প্রেমিক অমগী মতোঙ্ময়া করিগুম্বা মহু-ময়াই অমনা হৌজিকসু ঐগী ওয়াশক্লা ঙাকলিবা থম্মোইসি শোকপা ঙমত্রিমাল্লে হায়না খল্লিকো ইবেম্মা। লু-লুকথহুনা লেংবচংপলৈত্রবা নুংগীমূর্ত্তিগুম্না ঙাইহাক লেপ্তুনা লৈখি থাবলস্না। অহুগী মতুংতাবদা উতথ্যগী খুয়াদা খুরুমহুনা
হায়জৈ—ঐবু আশীর্বাদ পীনবীরো প্রাণনাথ।
উতথ্য—করি আশীর্ব্বাদ পাম্বগে প্রেয়সী?

মিংকুপ খরদংগীদমক করিনোমা খল্লি থাবলস্না' মমৈথংদা হায়জৈ—আশীর্বাদ পীনবীয়ু, নহাক্লা তরাম্না অমদি খৌরাংনা কৌবিরকপা নুমিত্তুদা ননাক্তা ঐনা য়ৌজরকপা ঙম্নবা। খোইরুম মোমোন তৌহুনা উতথ্যনা হায়—অহুবু ইবেম্মা, নংবু ঐগী ইনাক্তা কৌবগী করিগুম্বা মথৌ ঐগী পুন্সিসিদা তারখিত্রনে?
থাবলস্না—মথৌতাবা থোক্লরবদি, থাবলস্না ঐনা হায়জবসি নিংশিংবিহুনা নহাক্কী অমোংপ পক্তুব: থম্মোইগী কোচিন্দা নোংমতগী ওয়রসু করিগুম্বা মুংশামপী হৌরক্লবদি, মুনিগী আশ্রম অহাংবগী মতৌ ওয়রক্লবদি, নহাক্কী কুশকী খুজি শিজহুনা য়াইফবী ওয়বী থাবস্নাবু কুবিহুনা অমুক্তংদি কৌবিয়ুকো। উতথ্য—অতম্মক ওয়রসনু।

ফিজ্ঞওবা শক্তম পুরহুনা থাবলস্না তুমিন্না লেপ্তুনা লৈহৌই। আশ্রমগী শুমাংদা থাল্লিবা কপূরগী থাওমৈদূদি ঙসাইনা মুংখিরম্লে। অহুওয়রবসু চৈত্রগী চঙাওনবা মুংশিংতি হৌজিকফাওবসু লেপ্পা লৈত্রি। আশ্রমগী শুমাংদা লেপ্লহুনা তপোবনগী উরি-ওয়ারিশিংগী মনামতোন্ন হায়হুম্বগী তপ্লপ্পা মনিন মনানা তারি থাবলস্না, থাবলস্নাগী মপুন্সিদা অরেম্ব-লাইনিং অহুনা অনাবা পীবনা তেংথা নাওয়বগী খোঞ্জেলনা অত্রিগী তপোবন অহু ইনিন নিল্লিমাল্লে হায়না খম্বা য়ায়।

মপুক্লিং-ইচোয় চোয়রবী নুপীমগী মত্তৌগুম্না গুমাংহ্ লাম্হো-ক্তুনা তপ্প-তপ্পা চংথংখি থাবলস্না। তপোবনগী লম্বীসু লৈত্রে। অহাংবা লম্পাক্কী মচিন্দা য়োথিবদা থাবলস্না উখি—লাপুনা লৈরিবা ঈশিংন চাংজোচোম্ন-চেল্লিবী যমুনাগী ঈশিংদো থাজগী মঙালনা ঈরুখিহুনা মনিমুক্তান-লৈতেংলবী মথোংকারবী নুপী অমগুম্না। চঙরুনা অতিয়াথক্তা য়েংথংলি থাবলস্না, থক্তা-থোক্লিবা থাগী মাইথোংহুবু মপীন থুম্নবা মমিংনা মুম্না য়েংই, অমসুং মাগী থম্মোইনা থাংব পুব-ঙমখিত্রবা অঙয়া-মুংঙাইতবা ক্ষোংদোকক্তুনা ওয়াকৎ-ওয়াহৈনা থাবলস্নানা হায়—অরেম্ব লাইনিংগী মৈচাক্তগী ঐবু ঈহনবিয়ু পাবুং।

যমুনাগী ঈথক-ঈপোম-কোঙ্গোনগা লোয়নহুনা থাবল্স্না শাম্নহুন। মুংঙাইনিঙি যমুনাগী ইংলবা অমদি লংলবা ঈশিংনা মাবু ঈঙ্গিত তৌহুনা কোরমাল্লে থল্লি থাবলস্নানা। তপ্পপ্পা মা দা চংথংলি থাবলস্না। লাইনিং-কাইখিবগী ইকাইব-মৈচাক্তো ঈশিংদা ঈরুপ্পনা ঈংহঙ্গে থন্দুনা যমুনাগী তোর্বান্দা লেপই থাবলস্না। কাইনথংদা খোংথাং তপ্পবী কাংঙা অমোমগী খোংথাংগুম্না মখোং থাংহুনা তপ্প-তপ্পা যমুনাগী গর্ভদা কুমথই। নিংথিজনা ঈরুথোক্লে থাবলস্না। থম্বাল লৈরাংগী লৈরিকশিং তাওথরক্তুনা থাবলস্নাগী ঈশিংন-চোংলবা শমজিদা পক্তুনা শমজি অহুমক থম্বাল মচু মানথি। থম্বাল-লৈথোকমা মথুংনা পায়রহুনা লেপ্পা লৈ থাবলস্না, অমসুং যমুনাগী ঈরাওখোলগী মুংশি-ঈশৈ মনিন মনাথাঙ্গক্তুনা তারি। ঈরুজবা লোয়রহুনা কাং-কান্দা কাথংলে থাবলস্না, অহুবু থংহৌদনা অকীবফংগুম্না থং.য়ং য়েংথোকপদা উবা ফংখি, মমাংদা লেপ্তুনা লৈরম্বা শকথংদবা নিপা অমগী ফিজত্রবা শক্তম। থাবলস্নাগী ঈশিংন-চোংলবা অমদি অনৌবা মশাগী ফজলেমজবু য়েংলহুনা ইরং-লংনা লৈরম্মি শকথংদব-দুগী মমিং অনিমক্তো।

ইকাইমনখিহুনা থাবলস্নাগী থম্বালমচুমাল্লবা মাইথোংদে। জবা-কুসুমগী মচুনা রং তৌবগুম্না ঙাংখি, মথুং অমনা থংখুম খুমখি শারীগী

মঙ্গংচল্লিবা যৌবনগী সম্ভার অনিবু। শাওনিংবগা লোয়ননা আয়াকপা খোঞ্জেলনা ওয়াহংঙি নৈরম্মিবা নিপাদুদা- নং কনানো ?

—ঐ ঈশিংগী নিংথৌ বরুন দেবতানি। ঐ নোংচুপমাইকৈ ঙাকপা বরুননি।

ইস, নংহাক্কী ব্যবহার মতাসিদি ওঙ্গোক্লা তুক্কচখ্রেদকো ; নহাক্লা অসিদা লাকপদি তাঞ্জা থংখিদ্রেদকো।

—চুম্মি থাবলম্না।

থাবলম্না ইঙক-ঙকৃই ;—ঐগী পরিচয় থংন থংনমক-নংনা ঐগী ইনাক্লা লাকপদি করিগীনো।

বরুন—ওয়া'মতং হায়জগে লাকপনি।

থাবলম্না—নহাক্লা ঐঙোন্দা করি হায়জদোরিবা ?

বরুণ—অমুক্তংদি মনিমুক্তাগী মঙাল্‌ন-ঙাল্লবা বরুন পুরীদা লেপ্লিরো, অসিদনি।

থাবলম্না—করিগী দমকনো ?

নপুন্সিগী খোরাংবমগী ঙম্‌থৈ ফংবা হায়বদূ ওয়গনি, পুন্সিগী থংখিদ্রিবা সত্য অদু খংবা ঙমগনি। থংঙমদন নৈরম্না মরোলম্ব শেংনা থংবা ঙমগনি। কৈদৌঙদম্ব নংনা তাথিদ্রিবা, থংখিদ্রিবা মরোল লোন্দবা থম্বাল অপোম্বগী মরোলম্ব শেংনা তারগনি, থংলগনি।

থাবলম্নাগী অঙকপা পুম্নমক্তুনা অকীবা ওয়হুনা মচিন্দগী খোকখি—নহাক্লা ওয়রবোয়রে ?

বরুণ দেবতানা হায়—হুঁম্, থাগী থাবাতোন থাবলম্না। ঐমক্লা নংগী থোংজিন্দা মুমিংখুদিংগী সন্ধ্যাদা থম্বাল অপোম্বা অম'মম খুদোল-পোং ওয়না মী থাতুনা থঙ্কনখিবনি। নহাক্তনি ঐগী পুন্সিনা খোরাং-লবী নায়িকাদি।

থাবলম্না—মখোরাংচাদে নংগী খোরাংবদো ; মতিকমপা চাদবগী খোরাংবনি। ঐসে উতথাগী লোয়নবীনি, অসিমদি নংনা থংঙমখি-রোয় নত্রা ?

বরুণ—করিগী খঃঙোয়দবগে ? নিংথিজনা থংবা জাংনি।
থাবলম্না -খংলবদি, সিদা করিগী খোংদাররিবগে ? চংখ্রো সিদগী।
বরুণ—চংকনি—চংলবস্ম ইঙোম্ভদি চংলোয়য়ে থাবলম্না। যমুনাগী ঈ'লব ঈশিংনা চোংলনী, থাজগী নিংথিজবা-মঙালনা য়ৈবনা হক্চাংগী কান্তি নিংথিরবী অমমুং খোংলবী থম্বাল-থাবলম্নাবু থবাক্তো চেং-চেং কোম্লহুনা পুখিগে খল্লিয়ে।
থাবলম্না—চংখোকউ, চোংলমচাদবা, লমচং-লৈতবা, নোংচুপ-ম্নাইকৈ ঙাকপা লাই-চঙাল।

থীনা চৈরম্নগা শাথীনা ওয়াম্থহুনা তাখ্রে থাবলম্না।

+ + + +

বরুণ দেবতাগী মনি-কোম্নুংনি। মফমসিদা মুমিং থাজগী মঙালগী খোয়না মথৌ তাদে। লিল লক্ষামগী মকোক্কী মনি-মঙাল্না ঙাচিং-মুংথিন খায়দনা পুমঙালত-ঙান্দুনলৈবা বরুণগী ভবননি। সমুদ্রদা পোক্লবা প্রবাল কোবা তিল ময়ামগী মথবাক্কী শরুন-শারবা ফুরা-দলাল মরকতমনিনা থাম্ন-হৎনশেম্লবা লিক্লাইগী য়ুম্বী পরেং, সনা-লুপানা পুম্নোননা শারবা বেদিশিংনা নিংথিহল্লবা বরুণ ভবন্নি। মঙীলাংলবা চুমথাংগী মচুদগীম্ন হেন্না ফজবা মচুনা রং থাহনা নিংথিরবা পাতালগী রত্নপুরীগী ফজ-নিংথিববু করিদা পান্দম্মরসিগে ? অহুঙম্লবা কোম্নুং-হুগী মনুংদা লৈহনা অঙকপনা শুন্দ্ধংলবা ম'মিংকী কুপত্রবা মিংয়েংনা মাইকৈ মরিমক্তা কোঈয়েং য়েংহুনা মংম-মরি খংজগে হায়হুনা য়াম্ন-কম্না হোৎনজৈ থাবলম্না। অহুবু করিমতা খংবদি ঙমজখিদে। অসিদমক মাগী মপুক্লিংদা খল্লি—য়াম্না ফৎংদ্রিবা মং অমনা মাগী অনাবাপীরবা মথওয়াই মঙাঅদো যমুনাগী লুববা ঈশিংদা ঈরাক্লহুনা অঙকপগী মশক ওয়রবা কোম্নুং অসিগী চীক্লবা মফমদা থুংলরমাল্লে হায়বসে।

খোংলবা লৈরাংশিংতনা শেম্লবা নিংথিজবা শয্যানি। সনাগী কম্বিদা কর্পূর-আগর-কস্তুরী য়াল্লবা ধূপ্না চাক্কুনা মুশি মনম্না কোম্নুংদু

হান্দুনা থম্লি। কনাগুম্বা লাইনিংবা অমনা মাগী মপুন্সিগী লাইনিং-ফমগী হেক্ ময়াইচবুকমক্তদা থাজগী মমোম থাবলস্নাবু ফমহন্দুনা থনম্বগুম্না তৌখি। থাবলস্নানা উবা ফংখি, লৈঙোয়লমগী মরিচীকাগী মমিনক্তে, মমাংদা লৈরিবা পুখিমগী মন্থুংদা মহীলাংলবা লিক্লাইগী মতৌগুম্লবা ঈশিং, ঈশিংদুগী ময়াইদা শাংলহুনা লৈরি সনামচুমাল্লবা থম্বালশিং।

অতৈ হেম্না খংজম্বগী মথো তাদ্রে থাবলস্নাগী। পাতালদা লৈবা লমচং লৈত্রবা প্রেমিক অমগী খৌরাংবা অমনা থাবলস্নাগী জ্ঞান-ম্লাওদ্রবা হকচাংহু লুঠ তৌরহুনা অঙকপগী মশক ওয়বা রত্ন-মণ্ডালগী মায়ানা কুপ্লবা জগৎ অসিদা পুরক্ন্না লাক্লবনি।
—ঈশিংগী নিংথৌ বরুণ। অকিব-অখংবা অমদি অঙকপনা নক্ষংলবা খোম্থোক্লা খংলাউ-লাউরুরগা থাবলস্নানা উবা ফংখি—মমাংদা লেপ্নুনা লৈরম্বা বরুণ দেবতাবু।
থাবলস্নানা হায়—ঐবু হৌজিস্মক থাদোকউ।
থাবলস্নাগী মাইথোংদা শুক্ষংলবা অমম্থুং নুংশিবনা অভিষেক তৌরবা মমি কী ইংলবা মিৎয়েংনা কুপ্পলৈতনা য়েংহুনা বরুণনা হায়—কনাগী মকমদগী মুক্তি পাম্মিবনো অপংবী।

থাবলস্নাগী মমিৎ অনিমক্তা ঙমথৈলৈতনা অঙকপগী মণ্ডাল অমা ঙাইহাক্কী উবা ফংই। প্রেম-পামজরবা প্রেমিক অমগী মুংশিবা-খোম্থোক অমখক্লা থাবলস্নাগী মনাকোং মরৈদা অহাম্বগী ওয়না ঙসি লৈশিন্দুনা লৈরমাল্লে থম্লি।

থাবলস্নাগী মনাকোংদা খোইহীখিকপগুম্না থুম্লবা খোঞ্জেলনা বরুণনা হায়—আশ্রমদা চাওরক্লবী থাবলস্নাগী খোংথাংগী নুংশিবা মনিন তাজনিংহুনা ঙমথৈ লৈতনা খৌরাংববু থম্মোইদা পুহুনা মতম-লৈখিবিক্তা লৈরিবনি রত্ন-কোম্বংগী নিংথৌ বরুণ ঐহাকসে। নহাক্কী থরো অশংবমচু ঙমজনা নিংথিরবা নমিৎ অনিমক্কী মণ্ডালগী অমৃত-অহুবু পুক্লিংপেন্না থকচনিংহুনা নংগী আশ্রমগী উগী মরম মরমদা

য়াম্না খৌরাংবগা লোয়ননা মিংকী মিংকুপ লক্কা লক্কাগী মতম লেনখ্রবনি, মনিলক্কামগী মঙালনা ঙাল্লবা বস্ত্র কোম্নুংগী মবুঙো ওয়বা বরুণ অসিগী খোঁগংলবা মমিং অনিমকসে। ঐগী ওয়াখল-মনয়া নুংশিরবা থম্বাল অপোম্বশিংম্নুনা নহামক্কী নখোং-থম্বাল অনিগী অমৃতবু চুপচগে থন্দুনা নীতি খুদিংগী সন্ধ্যাদা নংগী আশ্রম শংগী থোংজিন্দা থুংশিরম্বনি। ঐসে নংগী প্রেম খৌরাংলবা পেমিক অমনি তুম্ব-অমম্নুং উইবা লৈখিম্নবা অহিং নোংজাই চান-চামগী মিংকুপ পুম্নমকপু ওয়াখল অতুমক্কা মন্ত্র ওয়ম্নুনা ঐনা ঈড়াচ্চখ্রবনি নংগী নোংমচু-ঙমজরবা শমজিগী অমদি লৈহাউ মচু-মাইথীহন্না নখজাইগী কামগী লৈরুং মিংথীহন্না পীগুম অনিমকী, মুক্তাগী মঙাল মকশিল হন্না দন্ত পরেংগী অমদি যৌবনগী রাগনা মচুশংলবা নচিম্বাল অনিমক্কী।

প্রেমগী নুংশিরবা ঈশৈ অসিগী খোম্লিক্কা থাবলম্নাগী মনাকেংদা স্বর্গগী ঈশৈগী সুরগী মুর্ছনাগুম্না চংশিনখি।

মাগী থম্মোই মিংশেলদা বরুণ দেবকী নিংথিজবা মাইথোংগী মমি তাবগুম্না তৌখি, থরো-অশংবগী মঙালপুরবা মমিং অনিমক্কী মঙালদম্নু মনিগুম্না ইরং-লংখি। বরুণগী মথুক্তগী সনাথম্বাল মথুৎ-থম্বালনা লোরে হায়রগা নোকফেং তৌদুনা অমদি মিংচীনা পৈরপ য়েংদুনা মাগী শমজিদা থেক্চল্লি থাবলম্না।

থাবলম্নানা নুংশি-মীকোনা কৌই—ঈশিংগী নিংথো। বরুণনা খুম্মি—হায়য়ু হায়নিঙাই লৈতনা নিংথীবী।

থাবলম্না—নহাক্কী ননিং থুংজরো।

মুংঙাইবনা মশা-তনিক তনিক্লবা বরুনগী মচিম্বাল খোইরুম তৌই ভাঙ্গাদুদা।

\+ + + +

থংহোঁদনা বরুন-কোম্নুংগী তুম্বা কাইখ্রে। লমন খুম্নিংবগী কম্না-হোন্দোরক্লবা মুংশাশোর অমনা কম্বি কাখিদুনা পাতাল রাজ্যগী

মথণ্ডা নোং-মুংশিংকুমা কামথরক্লে। থক-থক নিকখি বরুণ-কোম্বংগী লিক্লাই মরকতমনি, লিলমনি পুম্নমক।

বরুণ নিংথৌগী চেংন-থিংলিবা থোংজাওদা মথুংনা কম্না থারকই। কনাগুম্বনা কৌবগুম্নম্ন তৌই। লৈরাংন-শেম্লবশয্যাদা উৎসব লোম্বরক-পগী চোকথরবী নাম্বিকাগুম্বী বরুণগী ওয়গী পাম্বোং মোন-থাংনরম্বী থাবলম্নাগী মুংঙ ইমমং মাংখিহনা ইথং-থংই। কনানো কৌরিবা?—কনানা কৌরি?—বরুণ নিংথৌম্ন হর ও-মুংঙাইবগী মনম্না হারবা শয্যাগী মুংঙাই-ওয়াথল পুম্বা পুম্মাংমাংখিহনা থংপ্রেক থংনা শয্যা-দগী চোংথই অমদি হিপফম কাদগী মপান থোরক্তুনা লেপই। কাইন থংদা মাংদা চংখত্তুনা কোম্বং-চংশিনফম সিংহদ্বারদু হাংদোকই। চংশিল্লকই মুনি নারদ। নারদনা হায়—বরুণ দেবতা, উতথ্য মুনিনা থংখে, নহাক্না মাগী লোয়নবী থাবলম্নাবু হুরহুনা পুরক্লে হায়বসে। করেম্নব-খোম্বোক্না বরুণনা খুম্মি—চুম্মি, জ্ঞানলৈবা ঋষিনিনা থংংম্বম্ন য়ায়, অহুবু অসিগুম্বা করিম্ন মমল লৈত্রবা পাউ থংহম্নগীদমক মফম-সিদা নহাক্না লাকপগী থোয়না মথৌ-তারমদবনি জ্ঞানী-নারদ। নারদ—ঐ-ইশানা লাক্কে হায়না লকাপা নত্তে বরুন,

উতথ্য মুনিগী মপাউ পুহুনা লাকপনি। থাবলম্নাবু হৌজিম্মক থাদোকউ বরুন।

বরুণ—থাদোকওয়।

নারদ—উতথ্যগী অশাওবা অমদি অভিশাপকী মৈশাদগী হিংগে থল্লবদি হৌজিকমক মাগী লোয়নবীবু থাদোকউ বরুণ।

বরুণনা হায়—থাদোকওয়।

নারদ—প্রেমিক উতথ্যগী প্রেমিকা থাবলম্নাবু থাদোকত্রবদি নথওয়াই থাদোকপা তারেদনা পোয়চংনবা ঈশিং নিংথৌ।

মমিং অনিমক্কী মিংয়েংদা থেক-খোইন-করেম্নবা অমদি থাজদবা ফোংদোক্তুনা বরুম্না হায়—ওয়াহৈ—ওয়াতা হৈরবা হে নারদ পাউপুবা, নহাক্কী ওয়াহৈ-ওয়াতা ম্নাম্না নিংখিজবা অরেপ্পনি, অহুবু

নংগী ওয়াহৈহুমক্তি তশেংনা অরেম্বনি। কল্লবা নুংগী থম্মোয়দম্ভু শ্যামালতা হৌব য়ায়, অতুগা রস-য়াওদবা জ্ঞান মথৈনা থম্মোই থম্ম সৈরবা উতথ্যগী মথবাক্তদি, কৈদৌঙৈদম্ভু প্রেম-ওয়াখলগী অমি য়েক্লরোয়-ত্রবনি।

নারদ—নংগী নপুক্লিংন শাজন্নবা ওয়াখলছ থাদোকউ। অত্রি আশ্রমগী সিন্ধুবার পামেলগী মথাদা হৌজিকম্ভু ভাইহুনা লৈহৌরি প্রেম থৌরাং বন-খৌ গংলবা প্রেমিক উতথ্য মুনিদে।

ইওকওক্লে বরুণ—করি হায়য়ে নারদ ?

নারদ—মানি, মাইকৈ ভাকপা দেবতা।

উতথ্যগী মখোংদা খুরুম্বদা নোম্বখবী থাবলম্নাগী সংগ্রেংদগী নাম্বখিবা সিন্দুর মকুপকীচিহ্ন হৌজিকম্ভু উতথ্যগী মখোংনিদা পক্তুনা লৈরিবা, অতুগুম্বী থাবলম্নাবু মপুরোইবগী মরান্দা চৎননবা থৌশিনশিল্ল প্রেমগী মরমদা শিংলবা ঈশিংগী লাই।

থংলাউ লাওই বরুণ—থারোয়।

নুংনাবগী খোম্বোক্লা নারদনা হংই—থাজগীমমোম থাবলম্নাবু কৈদনো ?

বরুণ—করিগীনো মাবু হংবদি ?

নারদ—উতথ্য মুনিনা নুংশি খুদম ওয়না খুদোল অমা পীরকই, মসি মঙোন্দা অতুক পীরমগে তৌবনি।

বরুণ—করম্বা পোৎশকী খুদোল পোৎনো ?

নারদ—তিংথৌ মতোলগী নাচোমসিনি বরুণ।

বরুণ—করিস্তু মমল লৈতবা নাচোমহুদি উকুলমরক্তা লংশিল্ল ঋষি, মনিগী শমজিংথেল্লিবী থাবলম্নাগী শমজিদা তিংথৌগী নাচোম্না করি তৌরুগনি ? মহুদি মীচমগী মোমা চিনগদবা-থেৎকদবা ইচম-চম্নবা নাচোমনি। মহুগীম্ভু মথক্তা তাইবংনা ফংওমদ্রবা সনাথম্বাল শমজিদা থেংলদনা মু ভাইমপোয়কানা লৈরিবী থাবলম্নানি। পাউ অসি পুহুনা নহাক্লা অপংবা মুনি উতথ্যদা খংহল্লচো। অসিদ অমুকহন্না নহাক্লা লাকপগী মথৌ তাররোয়,—তারব্রা নারদ ?

জনখে, নারদ মুনি ?

খংহৌদনা মাইকৈ অমরোমদগী অওয়া খোঙেল্‌না খংলাউ লাউহুনা অকিব-কংলবী বনগী শক্তি অমোমগুম্না চেনসিল্লক্‌না বরুনগী মমাংদা লেপ্পরে থাবলস্না। পাইখংপগা লোয়নন্য ওয়াহংই—কনাবুনো-হল্‌হন-খিববু বরুণ দেব ?

বরুণ—উতথ্য মুনিগী পাউপুবা মথোংচাদবা, ওয়াকাঈ-পাম্বা অমদি লাঙ্গাই ঈশৈ শকবা নারদমুনি।

থাবলস্নানা—ঐস্নু খংই, ঐ লোয়না তারবনি, বরুণ নিংথৌ।

অওয়াবন-নক্কংলবা খোঙেল্‌না লাউই থাবলস্না অমসুং উবা ফংই, মাইথোংলাং-শিন্দুনা মরাইলুকথহুনা নারদমুনি চংলি, মখুত্তা তিংথৌ-মতোনগী নাচোম অমা পাইরি। লাইহৌ লাইনন নৈহক্‌না চোয়রোল লোল্লবী নুপীমগী মতৌগুম্না খংপ্রেক-খ না থাবলস্নানাকোই হো নারদ ঋষি! অমুক্কং হঞ্জিল্লকখো-ও, পীরমখো ঐগী প্রেমিকবী ফংঙমদ্রবা খুদোলদো, থাবলস্নাগী পুন্সিগী ইমং অমদি শিবদা ইম দা লোয়নগদবা নাচোমদো।

নারদমুনি থাপতোকখিবনা থাবলস্নানা কৌবা তাখিদ্রে। হাং-দোক্‌না লৈবনা ইহাং-হাংনা লৈরিবা থোংরোমদা হন্ন হন্না য়েংহুনা হিক্ল হিক্লা কপ্লক্লে থাবলস্না। অনাবনা থুম্মংলবা মমিংকী মিংয়েংবু মখুংনা থল্লহনা কালেস্থাগী লুংশামৈশানা খুইথরবী উরিগী মতোলগুম্না মরাই লূকথহুনা অমদি নোলুক্লা হায়জে—ঐবু থাদোকপীরো ঈশিংগী দেবতা। পৃথিবীগী আশ্রমদা চাওরক্লবী নুপীজা ঐহাকপু নহাক্কী পাতাল কোন্নুংদগী থোক্লনবা য়াথং থাবীরো।

বরুণ—নংনা অশুক নুংনাংনরিবা করিগীনো থাবলস্না ?

মমিং অনিমক মপীন-থুল্লবী থাবলস্নানা খুম্মি—পৃথিবীগী তিংথৌ মতোম্না ঐবু তরাম্না কৌরক্লে। উতথ্য মুনিগী লোয়নবী—থাবলস্না ঐবু থাদোকপীরো।

বরুণনা হায়—থাদোক্লোয় থম্মোইগী লাইরেম্বী থাবলস্না। থুদক্‌দা

লৈঙোয়লম অমগী শারবা সুংশিংনা উকুল-ওয়াইকুল খোম্‌লহনা বরুণগী কোম্নুং মমুংদা হুমজিল্লকই। মৈরী লঙ্কামগী মৈশা অমনস্তু প্রলয়-মতমগী তুমিং তরানিথোইগী মৈশাগুম্না বরুণ রাজ্যগী পুখি্‌-পুম্নমকী ঈশিংবু তুংশিং ওয়না পাম্বহনখে্‌। সনাথম্বাল-অপোম্বপুম্বা ভস্ম ওয়না মাংলক্লে।

তুমিন্না লেপ্লু্না অমদি লেংত্রবা মিংয়েংনা পৃথিবীগী আশ্রমগী ভমথৈলৈত্তনা শাওরবা ঋষিমগী অভিশাপকী কুম্মৈ য়েংলি অমদি খাংলি পাতালগী লিলমনি খোংনেৎনরবা বরুণ দেবতাদো।

নোঙ্গনা হায়জৈ থাবলস্নানা—ঐবু থাদোকপীরো ইবুঙো।

বরুণনা হায়—থাদোক্লোয়।

বজ্রলঙ্কামগী মখোল্‌না অমত্তং ওয়না তিনবগুম্না হৌরবা খোল্লাউ অমনা বরুণ-কোম্নুংগী রত্নমপৈ পুম্নমকী মথক্তা লাউথরকই—থক থক নিকই রত্নগী মপৈ।

থাবলস্নানা হায়জৈ ঐবু থাদোকপীরো।

বরুণনা হায়—থারোয়য়ে থাবলস্না।

বরুণ-কোমুংগী থম্মোই মমুং উকুল ওয়হন্দুনা খংহৌদনা খৌগংলবা থনাউ লঙ্কাদগী থোরকপা মীকপ মীরাওখোল্‌না পুম্নিন নিনখি। উতথ্য মুনিগী য়াথংদগী বরুণ রাজ্যগী মবুক্তা মরেক-মতাউচেন্দনবগী অভিশাপ থ জন্দুনা সরস্বতী তুরেলনা মাগী ঈশিং-ঈচেল পুম্নমক থাপ্না পুথোক্লু্না চেল্‌হল্লে অথাপ্পদগী অতৈম্ব হেন্না অথাপ্পদা। অশিবগী যন্ত্রনানা তুজুংলক্লে ঈশিং-খৌরাংলবা বরুণগী রাজ্যদো। হন্দক্তি লাংতক্লবা ওয়রক্লে বরুণ নিংথৌ, অকিবগী খোম্থোক্লা লাউখি—অশাওবা থাদোক্লো উতথ্যমুনি।

থাবলস্নানা হায়—ঐবু থাদোকপীরো।

ঐবু থৌজানবিবা, ঐবু সুংশিবিবা, ঐগী কাঙৈনমৈচাক্লচাক্লবা অমদি ঐবু তরাম্না কৌবিরিবা উতথ্যগী মনাক্তা মাগী চরণধূলি ইকোকথক্তা হাপচনিংলবী থাবলস্না ঐহাক ম্লোজরগো—পামজত্রে মনিগী মঙাল,

পামজদ্রে অপোম্বা থম্বাল, পামজদ্রে লিক্লাইগী দালানম্ব, য়োঁহম্বিরো ঐবু উকুশেং জটাপুবা উতথ্যগী আশ্রমদা।

বরুণনা হায়—চংখ্রো।

+ + + + +

অত্রি-আশ্রমগী সিন্ধুবার পাম্বীগী মখোদা লপ্পুনা থাজবুহেন্না নিংথিরবা থাবলম্নাগী মাইথোংথাজবু শুঙ্কাৎলবা মিংয়েংনা ইকুপ-কুপ্পনা য়েংলহুনা উতথ্যনা মুংশিখোঙ্গেলনা হায়—নগী প্রেম ধন্যনি ঐগী অতিথ্যাশোক্ক ওয়াংলবা নাপলগী তুমলবা মচিন থুদেক্কুনা উফুল ওয়হল্লে হায়রগা উফুল মরক্কুদা প্রেমগী তিংথৌমতোল নিংথিজনা ঐবু উহল্লে।

প্রেমগী ঈশৈমক্কি ; উতথ্য মুনিগী খোম্বোক্লা প্রেমগী ঈশৈমক ওয়না খোক্লকপনি। অতুগুম্বা ঋষি অতুমক্তি মমাং-ভৈদা অত্রি মুনিগী আশ্রমগী শুমাংদা, কর্পূর-কস্তুরীগী মুংশিমনম্ন থুঙ্কাৎলবা সন্ধ্যা অমগী মতমদা নূপীজা অমগী মপীন থুমলবা মমিং অনিনা হায়জবদা হন্না য়েংলমদনা চংখিরম্বনি। অতুবু ওসিদি সামদদি মপুন্সিগী মতমলৈব খিবিক্তা খৌরাংজরবা প্রেমগী ঈশৈ অদুমক মনাকোংনা তারবম্ব থাবলম্নাগী মমিং অনিমক্কুদি থুঙ্গোই শাবোই কেংবোই তৌবগুম্না মখুৎ অনিনা কুপশিন্দুনা থাংজরি থাবলম্নাদি।

উতথ্যনা হায়—নংনা মুমিং অতুদা হায়জখিববু ওয়াওয়-থৌওয়দনা খল্লুরম্বা ঐগী প্রেমপক্কুবা থম্মোইসিনা মতমহুদা খংবা ভমখিদে মহুদি পৃথিবীসিগী উরি-ওয়ারি অমম্নুং অমম অঙালগী মায়ানা ঐগী পুন্সিগী লম্বীদা নংবু নিংশিংবগী মতুং ওয়না শক্তম অমা পুহুনা খোক্লকনি হায়বদো। ঐনা খংবা ভমখিদে, মুমিত্তুগী কর্পূরগী বর্ত্তি অমম্নুং আগরবর্ত্তিগী মুংশি মনম্না ঐগী ইমং অসিবু মতম্মদা হাহল্লগনি-হায়বহুম্ব।

থাবলম্নাগী মখুৎবাক অনি মপীগী ঈচেলনা চোংখি। মানা খল্লি, মহাক ওসিদি তশেংবা থাবলম্না নত্রে, উতথ্যগী প্রেমগী মুংশিব-

ঈশেগী অশেংবা ফিভমহুবু লৌনমুদনা গুঙ্গৎনবগীদমক থাবলম্নাগী শাঞ্জমবা শক্তম লোতনা মীরেন অমনা লৈরিবনি।

উতথ্যনা হায়—ঐনা খম্বদা মতমহুদা লাম্বা কংথিদে—নুংশি-প্রেমগী থোইঙীন থল্লবা নংগী হকচাং-লৈরাংনা ঐগী খুয়াদা খুরুম-খিবদা নংগী সংপ্রেঙ্গী-শেংলবা সিন্দুদ-মকুপ্পা রং তৌহনা ইম্নমথাগী অতিয়াগুম্না নোংমচেংম পকখিদ্রবা ঐগী থম্মোই অতিয়াগী পুংফম পুম্নমক্কী ওয়াখলবু নিংশিহনগনি হায়বদো। ঐনা শংবা ঙমখিদ্রে থাবলম্না, কস্তুরী-জাচন্দননা মনমগুংশিংহল্লবা নংগী তনৌৱবা নশাদু থবাক্তা কোন্‌শিননিংহনা উতথ্য ঐহাক্কী প্রেম মরিকমপক্তুবা হকচাং-দগী মফম-মরাংনাইদনা হোন্দোরক্লবা নুংশাশোর অসিমক ঙসিসিদা মঙংঅমা ওয়রক্কনি হায়বসিসু। ঐগী ইয়ুম ইহাং-হাবগুম্না তৌরে থৌরাংব পোক্লক্লে ঐগী ওয়গী-পাম্বোমগী, নংগী শমজিদা তিংথেগী নাচোম থেংনিংবনা লাংতক্লবা ওয়রে যেৎকী খুৎশাচরোংগী, কপ্লক্লে ঐগী কপ্পহৈজদ্রবা থম্মোই, ঐগী শোরমপী হোন্দোকপগী নু শিংনা তপথবা লৈখিদ্রবা তপোবনগী নুংশিত্তা শাদোং ওয়রহনা নংবুদা থিরহনা চৎপগুম তৌরক্লে।

মমাই থাক্তনা য়েংই থাবলম্না।

উতথ্যনা হায়—অদুবু, ঐসে ঙসিদি থঞ্জ ওয়রবনি। নুংঙাইরবনি, পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি। ঐগী অঙাইবগী লাইনিং ঙসিদি মতোন লোয়ে।

থৌরাংলবা মিংয়েংনা থাবলম্নাগী শমজিদা মুন্না-য়েংনা লৈখি উতথ্য। কাঙ্গনথংদা তিংথোগী নাচোমদু মথুৎনা পায়খৎনা থাবলম্নাগী মনাক্তা তপ্পপা চংশিল্লি। অদুবু অঙকপগী মতৌনি—খংহৌদনা অকি অখং ফংলবী নুপী অমগুম্না ইখং খংনা মখুৎ অনিনা শমজিদু শং পায়শিল্লি থাবলম্না।

তেংথাবগী থোম্তোক্লা উতথ্যনা হায়—ঐনা নোংমতংদং ওম্নবল-ম্বীদা চৎলুবহুবু নংনা হৌজিকফাওবা কাওথোক্কে খনদ্রি থাবলম্না?

থাবলস্নানা হায়—
লোয়না কাওথোকখ্রবনি ঋষি।
উতথ্য—অদুগদি ?
থাবলম্না—অদুবু, ঋষি, নহাক্কী নখুত্তগী তিংথৌ মত্তোনগী নাচোম শমজিদা থেংনবগী অধিকারদো ঐগী লৈত্রবনি।
উতথ্য—করিগী ?
থাবলম্না—ওম্নব-লম্বীগী লমচৎপী ওয়রুবী ঐহাক্কী ঈরাল্বু মুনিনা কাওথোকপা ঙম্বিরব্রো ?
উতথ্য—ঐ থংই, পাতালগী মুপীন-মুংশিত্রবা অমদি নুপী পামগল্লবা লমশি অমনা নংবু হুখিরম্বনি—মতুদি নংগী নরালনি হায়বা য়াদেনকো থাবলম্না। ঐ থংই, লমচং লৈতবা বরুন্না নমজা-নমথেক তৌদুনা নংগী প্রেম-ফংগদোবগী ফত্তব-ওয়াথল অদুমক্কা ঙসিফাওবদম্ম পান্দমনিংঙাইলৈত্রব প্রেমগী মপু ওয়রিবী নহাক্কী থম্মোইদা লোত্তুনা থল্লিবা প্রেম-লন শোকপা ঙমখিদে। প্রেম-হুরান্বহৈবা বরুণগী হুরাম্বদা মখুৎ লোয়রবা মখুৎনা নংগী শমজি শোকচবা ঙমখিদে—ঐ তশেংনা থাজই।
থাবলম্নাগী মপীন থুম্নবা মমিৎ অনিমক্তুদা সিন্ধুবার লৈরাংগী মমি নিংথিজনা তাখিবনা মমিৎকী মঙালদু অতৈম্ম হেন্না নিংথিগুম্না উখি। ফিজ্ঞংপা লৈতে, অওয়া-খোঞ্জেলনম্ম লাউদে, ঙাকপীহৈতবা চৈরাকমগী জগত্তা য়াম্না তপথনা থাংজগে হায়না খল্লিমাল্লে থাবলম্না। নিক্তুব-খোম্থোক্লা থাবলম্নানা হায়—মুনিগী থাজবদুগী থম্মোইদা অরেম্নগী ময়েকমতম্ম য়েক্কে।
থংপ্রেক থংই উতথ্য। মহাক্ন থাজবসি অরেম্ব ওয়থুবকো, অদু ওয়রবদি মর্ত্তদা চাওরক্লবী থাবলম্নাগী থাবলহেন্না নিংথিজবা মশাগী ঈ-বু তশেংনমক মবুকথন্না থকখ্রবরা পাতালাগী ঈ-খোয়াং-লবা মী-লিল অমনা ?
নেম্নবা খোঞ্জেলনা উতথ্যনা হায়—অদুগী ঈকাইবা, মীনোক-চংবা

অমদি-মীচোপ তাবহুদি ঐ ঈশাগীনি, নংগী নত্তে ইবেম্মা থাবল। অহুগী অনাবহুনা ঐ ঈশামক্কী প্রায়শ্চিত্ত ওয়খ্রবনি। মপুরোইবা নিংলবী থাবলস্নাগী অতিয়াগুম্না অমোংপ পক্ত্রবা থম্মোইগী প্রতিবাদ থৌওয়দহুনা পাপী ডাকু অমনা মাগী খোঁরাংবা ঙাকচথিবনি—নংদি নশাদা পাপ-পক্তবীনি।

থাবলস্না—নহাক্কী থাজবহুস্তু মথওয়াই য়াওদবনি ঋষি ?

ঙক্লে উতথ্য—অরেপ্পা নত্তে ?

থাবলস্না—অরেপ্পা নত্তে, থাজগী কুমারী ওয়বী থাবলস্নাদি মশাগী ওয়াথল মতুংইন্না বরুণ দেবতাগী লৈরাং খুদোল শমজিদা থেংলুরবনি। উতথ্যনা অওয়াবা-নুংঙাইতবগা লোয়ননা হংই—নশামক্না পামজহুনা ? থাবলস্না—মানি, ঋষি ; ঈশানা পামজহুনা য়াম্না থওয়াইয়াওশিন্না ঈশিং-নিংথৌ বরুণগী নুংশি-ওয়াৈনা অপেন্না অমসুং শুক্কাংপা ওয়খিবনা মাগী পুম্বুম তারবা পান্থোম্ অনিগী আলিঙ্গনদা ঈশা কংথোক্লুরবী থাবলস্নানি।

থংহৌদনা শাথীন করেম্নবমগী কল্লবা শক্নুনা থাংবা ঙমখিদ্রহুনা উতথ্যগী থম্মোইনুংগী খোঁরাংলবা ওয়াথলগী আশা-পুম্নমকক্তুন থরকন্নুংদা তেংথাহুনা কপ্পগুম তৌখি। নুংশুক-নুংশাননা অমদি ওয়াহৈমচেংমতংস্তু ঙাংদনা থাবলস্নাগী মপীনথুম্লবমমিংনা নিংখিবগী লৈথেং হাপ্পবা মাইথোং থম্বালদা ওয়থোক্তবগী মশক ওয়বা অঙকপমনা শুক্কাংথ্রবা মিংয়েংনা য়েংখি উতথ্যনা।

উতথ্যনা হায়—থাবলস্না, উতথ্যগী খোঁরাংলবা মংগী মশক ওয়বী থাবলস্না, নংদি পাতাল কোম্নুংগী প্রেমিক অমগী জয়ধ্বনি ঐঙোন্দা ঙসি তাহনগে হায়না লাকই-বোয়রে ?

তশেংনা ঙসিদি ভয় ওয়খে, পাতাল লৈপাক্কী রত্ন-কোম্নুংগী রত্নগী থয়াক্রবা মণ্ডালগী মৈশানা শোকপদা থাবলস্নানা শিরিবা কুশনা শারবা থুজিদো।

অহুগা কবিগীদি হুল্লকইবানো মর্মদা থাবলসনা মহাক্না ? রত্ন-

কোন্নুংগী রম্নগী মঙালনা তরাম তরায়-ওক্লবী নুপী মহাক্না করিগী হুল্লকইবা অমদি করিগীদমক লৈশাং-খমথেংনা শাংলবা সিঙ্ধুবার পামেলসিগী মথোংদা লেপ্পরিবা ? খম্বা যায়, পুন্সিগী পামজখ্রবা অথেম্-ওয়াহৈ পাম্নক্লে থাবলস্নাগী থম্মোইনা। অসিমক নত্রগা, বরুণ রাজ্যগী ইংন-মুংঙহৈবা ফিভমগী মথক্তা উতথ্য ঋষিগী অশাও-বগী নৈশা অমুকহন্না থাজন্দনবা, অমুকহন্না রাজ্যদা শান্তিগী মশক ওয়না ফজবা, অমদি, রম্নগী মঙালনা বরুণ কোন্নুংগী মঙাল হাপকৎন-বগী ওয়াশক ওয়ারেপ্পমা মুনিগী মক্মদগী ফংজরগা পাতালদামুক হনগে হায়না লাক্লম্ম ওয়মাল্লে হায়না খন্নবস্থ য়ায়।

উতথ্যনা মুংশিনা কোই—মুংশিবী থাবল।

থাবলস্না—হায়বিয়ু ঋষি !

উতথ্য—নং করি পাম্বগে ? হায়য়ু করি নিজনিংবগে ঐঙোন্দগী ?

থাবলস্না—অভিশাপ পামজৈ প্রাণনাথ। খুদকসিদা ঐগী শিবা ওয়র-সম্নু, অতৈ অতোপ্পমা পামজখিদ্রে।

লৈশাংয়োনা শাংলবা সিঙ্ধুবার পামেলগী মথোংহদা থাজগী থাবাতোন থাবলস্নানা মতমকুইনা য়োক-চরক্লবা প্রেম তপস্যানি, অহুবু, ঙসি হায়বা শুমিংসিদা অহুঙন্নবা পামেলগী মথোং তমক্তদা অহুঙম্বা তপস্যাহুবু উতথ্যমুনিগী মক্মদা খুদোলপোং ওয়না কথোক-চহনা নুপী-মপোক-পোকপগী মহৈয়ালহুল্লগে হায়না থল্লিমাল্লে থাবলস্না। উতথ্যনা উবা ফংই, মক্ন লূকথহনা লৈরিবী থাবলস্নাগী মমিংকী মুরবা মপাশিংহদা মপীন মতুম মতুম য়াল্লহনা ইরং-ইরং লংলি, মথবাক্নী শারবা মুংশাশোর ফুদোক হনগদগী হোৎনজবদা তনৌবা মশাহ তনিক-তনিক তৌরি, অওয়াবা-মুংতাইতবগী কল্লবা শাফু-খাংবা ঙমজ্রহনা মনিম্বাল অনিমক নিক্লি নিক্লি তৌরি, ঈকাইব অমদি মিংচৎখীবনা বার্তোন তৌহনা কৌরক্লবা অশি লাইগী শউম ফংবগুম্না তৌখিহনা মথজাই তাইফেং তায়খি অমম্নং মাগী নিংখিজনা পুন্নিবা শমজি অহস্ন অশি-লাইগী শারবা মুংশাশোংগী

শউম ফংবগুম্না লেং-লেং তৌই।

খুদক্তুদা উতখ্যানা থংখি, থক্তালৈরিবা অতিয়াওয়া শেংলবা, পাক্লবা অমদি লূরবা থাবলসনাগী থম্মোইগী মত্তিকমণ্ডল অমনা থাবলসনমকী শক্তম লৌরহনা লৈমায়দা লৈরি, থজিক্তং চিহ্নিথ লৌনবা অমদি অমুপ অরোনবগী উক্লুস মফোলমতং পকপদা অহুণ্ডবা থম্মোইহনা থাংবা ওমখিত্রবান। পুন্সিগী অশেংবা পুম্বনা মশাদা পুন্নপণ্ডম্না লৈখিবনা মন্ত্রগতিয়রবা যজ্ঞগী আহুতিগুম্না অমাংব পক্তুবী নূপীজা থাবলসনানি। চুম্বি, তশেংনা পাপ পক্তুবীনি। মমিংকুপ্প লৈতনা য়েংই উতখ্যানা। উতখ্যগী খোরাংব-ওয়াখলগী ওাইহাক্কীদমক মমবিল্লবা আশাশিংদো থংহোদনা ওান্থোরকপগুম্না তৌরক্লে। থাবলস্নাগী মমাংতৈদগী উরক্লবা মাইখোং অদূমক মাগী মকমদা ইনৌ-নৌনা উবগুম্না থোক্লে। অওকপা, হুংওাইবা, তুক্লুংবা অমদি হুংশিবা পোক্লক্লে মাগী থম্মোইদা। লুলুকথহনা লেপ্তুনা লৈরি থাবলসনাদি—মাগা পান্দম্নবা য়াবদি ইকাইব অমদি হরাওবনা তোংলবদা নাম্বরপতৌবী য়ো অনৌবী অমপনিখ

খোংথাং তপ্প-তপ্পা থাবলস্নাগী মনাক্তা চংশিল্লি উতথ্য অমদি য়াম্না হৈসিংবগা লোয়নন। তিংথো অনৌবগী নাচোম থাবলস্নাগী নোং মতুমগুম্না নিংথিজবা শম্মজিহুদা থেজিনবিবগা লোয়ননা হুংশি বনা নম্মংংবা থম্মোয়দগী থোরক্লবা তনিকপা খোঙ্গেলনা কৌই, হুংশিবী শেংলবী, এগী থম্মোইগী অমাংবপূম্বা শেংদোক্লবী থাবল।